# মণিপুরী শৈরেংগী

## শক্লোন অমা




আর জে মীতৈ

## আর জে মীতৈ (১৯৭৪-)

লাইবিক ইবদা আব জে মীতৈ কৌবা না ওতম বগ্রন সিংহ আসামগী নগাওঁ ডিষ্ট্রিক্টী মনুং চনবা লমদিংদা পোকই অদুগা লোইতাং খুনৌ, ইম্ফাল- ৭৯৫ ০০২ দা য়ুম হোংলক্লুনা লৈবে। অইবসি ডি এম কলেজ, ইম্ফালদগী ১৯৯৬ তা বি এ পাস অদুগা ১৯৯৮ তা এম এ (মণিপুরী), মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, কাঞ্চীপুরদগী পাস তৌববা মতুংদা পিঐচ ডি তৌবি। সাহিত্যগী সংস্থান কয়ামকমগী মকওইবা ঘৌদাং লৌবম্মী। অইবগী ফোঙথ্রবা লাইবিকশিংদি ১।। চোইজায়নরবা লৈরাং (শৈবেং, ১৯৯২), ২।। অক্রিকাগী অশংবা চীংশিং (শৈবেং, ১৯৯৬) ৩।। শীংনদুনা চৎকনি (শৈবেং, ২০০০) ৪।। দি নিউ ভোইসেস ( শৈবেং, ২০০০) ৫।। মণিপুরী শৈরেংগী শক্লোন অমা (নৈনবা, ২০০২) অমদি ৬।। মণিপুরী সমাজ অমসুং সাহিত্যদা ফেমিনিজম ( নৈনবা, ২০০৫) ৭।। পোষ্টকলোনিএল মীতৈলোনগী সাহিত্য ( নৈনবা, ২০০৮) অসিনি।

Manipuri Sheirengi Shaklon Ama

a collection of critical essays

on Manipuri Poetry

by R J Meetei



মণিপুরী শৈরেংগী শক্লোন অমা

হায়বা নৈনবা বারেংগী লাইরিক অসি আর জে মীতৈনা ইরগা

দিজিট কম্প্যুটর টাইপ সেটিং তৌরগা,

বিসাল ওফসেট প্রিন্টরস, কাঞ্চীপুর, ইম্ফালদা

অনীশুবা খূৎনম নম্লগা খৃষ্ট কুম ২০০৭ দা

এন আর পব্লিকেসন্স

লোইতাং খুনৌ, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০২ না

কপি মশিং ৫০০ লৌরগা পুথোক্লিবা



লাইরিক্কী মখুম্মা

অরাম্বম অশোকুমারনা দিজাইন তৌবনি

লাইরিক্কী মমলনা লুপা ১৭৫ নি ।

# ব্রাহৌদোক

নৈনবা ব্রাবেংগী লাইবিক মচাসিগী অহানবা খৃৎনম ২০০২ দা পুথোকচখি। অদুবু লাইবিক্কী কপি লোইথোকখিবদগী কনাগুম্বশিংনা হংবি-থিবিবকপদা পীজবা ওমজদবগী নুংঙাইতবা মতাং মতাংদা থোকখি। অমহিকসু লাইবিক মচাসি ঐগী অহানবা নৈনবা ব্রাবেংগী লাইবিক ওইবনা নুংশিনা খঞ্জবনা অনীশুবা খৃৎনম অসি পুথোকচবি। অনীশুবা খৃৎনম অসিদা অচম্বা মতাং খবা নত্তনা মপূং ওইবা শরুকশিংদা থোইদোক্লা শেমদোক শাদোকচবা তৌজদ্রে। লাইবিকসিদা মণিপুরী শৈবেংগী থিওবী হায়বা বাবেং অমনা ১৯৮০ মতুংগী মণিপুরী শৈবেংগী খোঙচৎত্তা যাওবকপা মপূং ওইবা কবি মঙাখক্কী মপূং ওইবা শৈবেংগী হীবম অমদি মফোঙদোক্তা মীৎযেং থমদুনা নৈনর্জাববা কার্বশিং অসিগী অনৌবা শৈবেংগী পোথোকশিং পুথোক্লবকপা কবি খবসু যাওবে অদুনা ব্রাবেংশিং অসিদা কবিশিং অসিগী অনৌবা লাইবিকশিংসু কোনশিন্দুনা নৈনবগী তঙাযফদবা লৈববসু ঐগী ফোঙখ্রবা অর্মাদ ফোঙদোক্লবা থৌবাং তৌদুনা লৈববা লাইবিক খবগা হঞ্জিন্নবা যাওবকদবা লৈবনা মদু তৌজদ্রে। অহানবা খৃৎনমদা উবিখিবা অদুদগী থোইদোক্লা মশক কাযদনা থমর্জাব।

ৱারেংশিংঃ

# মণিপুরী শৈরেংগী থিওরী

সাহিত্যগী টেক্স অমা পাবা মতমদা নুংঙাই-নুংঙাইতে, ফজে-ফজদে, অসুম তৌরবদি হায়বনচিংবা বাখল খরদি সধারন অপাবশিংগী বাখলদসু পোকই। মী অমা হায়বসি মশামক্কী কলাকার অমা ওইনা নৈনরোলগী নিয়মশিং খঙবদা মতোমতা পেঙবা ঙম্মী। কলাকার অমা হায়বসি কাঙলোন থুগাইবদা মশক লেপ্পা নত্তে, অনৌবা কাঙলোনশিং শেমগৎপদা লৈ। নৈনবোয় অমনা সাহিত্যগী লাইরিক অমা পারগা মদুগী মমল অমদি মগুণ পুথোকপদা য়ামদ্রবদা কাঙলোন খরগী যুম্ফমদা থমদুনা চোয়-চাং ওন্দুনা য়েংদবা য়ারক্তে। সাহিত্যগী টেক্স অমগী অহোংবা হায়বসিগী যুম্ফম সমাজগী পুক্সিনা ওই, অদুগা নৈনবা সাহিত্যগী অওনবনা ক্রেটিভ সাহিত্যগী অহোংবশিংনা পুরকই। থিওরী অমগা চাননবা য়েংদুনা সাহিত্যগী লাইরিক ইগাদবদি নত্তে, অফবা সাহিত্যগী টেক্স অমবু মশক চুম্না খঙদোক্কুনা অশেংবা মমল পুথোকপা ঙম্নবগীদমক থিওরী খরদা যুম্ফম ওইদুনা নৈনবদি তাই। অদুবু নৈনবগী থিওরীদু মতম চুপ্পদা হোংবা য়াদ্রবা মসিনা অরোইববনি হায়বদি লৈতে। টেক্স অমগী অশেংবা মগুণ নীংথিজনা তাকপা ঙম্নবা হান্না লৈরম্বা কাঙলোনগী মথক্তা অনৌবা কাঙলোন কয়ামুক মরম চাবা মচাকশিং লৌদুনা শেমগৎপা তাই। সাহিত্যনা সমাজগী পুক্সিবু অশেংবা মশক পুথোক্কবা লাক্লে। ক্রেএটিভ লিটরেচরদি সমাজগী পুক্সিবু নুং য়ৌনা লূপশিন্দুনা থিরকপদগী থোরকপগুম নৈনবা সাহিত্যসু টেক্সশিংগী অওইবা মতৌ অমদি ফজববু শকখঙবদগী নুংয়ৌনা লূপথদুনা চঙশিন্দুনা য়েংবদগী থোরকই। সাহিত্যনা সমাজগী পুক্সিদগী পোকই, নৈনবা সাহিত্যনা সাহিত্যগী টেক্সতগী পোকই। করি করিগুম্বা মতমদদি নৈনবা সাহিত্যনা ক্রেএটিভ রাইটিংবু হুমদুনা পুবসু ওইথোকই। সাহিত্যগী কাঙলোন শাগৎপা মীওই অয়াম্বা মশক মমিং নাইবা অইবশিংনি। নৈনরোয় অমগী নৈনবগী মীৎয়েং নৎত্রগা যুম্ফমসি লিটরেরী টেক্স অমদি সোসিঅল বেকগ্রাওণ্ড অনীদা পেরেল্লেল ওইনা লৈ।

মণিপুরী শৈরেংদা মশাগী শৈরেংগী থিওরী অমা হান্না পীথোক্লগা কবি অয়াম্বনা শৈরেং ইনদে। কবিশিংগী মথোয় মথোয়গী মীৎয়েংদি লৈনবা ঙাক্তনি, মদু নিয়ম নাইনা মপূং ফাবা মশক অমদা শাগক্তুনা ইথোক্লদবগী বাদনি। য়ুরোপকী সাহিত্যদদি মশাগী পোইটিক থিওরী পীথোক্লগা শৈরেং ইবা কবি কয়ামরম লৈ। মমিং খরদং পল্লবদা - Philip Sindey, William Wordsworth, S T Coleridge, P B Shelley, Matthew Arnold, Octavio Paz, Ezra Pound, I A Richards, T S Eliot অসিনচিংবা। মণিপুরী সাহিত্যগী কবি খরদি মথোয় মশা-মশাগী শৈরেংগী থিওরী শাগৎনরম্মী। হীরমসিদা মশাগী কবিতাগী থিওরী অমা পীথোক্তুনা ইরম্বা অহানবা কবিদি খাইরাকপম চাউবনি। মহাক্কী বাবেং অনী- *কবি, কবি অমসুং কাব্য* দা শৈরেংগী কলাদা কবিগী মীৎয়েংদু উৎলম্মী ঃ

> ঐখোয়না তেংবানবা অসিদা কনাবু কবিনি হায়না খণ্ডুনা মহাক্কী খুয়াদা কবিগী মতিক চাবা খুদোল নৎত্রগা লৈরাংগী খুজোক অমত্তংসু কত্তুনা পেন্নসিগে, ফনা লুবা পাউখুম্নী ।[১]

মসি ইংরেজি সাহিত্যগী রোমান্টিক পোইট বার্ডসবার্থকী **Lyrical Ballads** কী বাহৌদোক্কা য়াম্না মান্নবা থোকই ঃ

> What is meant by the word Poet ? What is a Poet ? To whom does he address himself ? And what language is to be expected from him ?[২]

মসিদা মীৎয়েংগী মান্নবতা নত্তনা ফোঙদোকপগী ষ্টাইল ফাওবা মান্নরি । মসিনা তাকপদি কুনশুবা চহীচাগী অঙনবা মতমগী হিষ্টোরিকেল বেকগ্রাওন্দা চাউরকপা নোংচুপকী শিক্ষা তম্নকখিবা চাউবনা ইংরেজি সাহিত্যগী রোমান্টিক পোইট বার্ডসবার্থকী লিরিকেল বেলেড্স কী বাহৌদোক অসিগী য়ুম্ফমদা মশাগী ওইবা মীৎয়েং খরগা হাপচিন্দুনা মশাগী কবিতাগী থিওরী শাগৎখিবনি । চাউবনা *কবি* হায়বসি কনাবুনো হায়বসি তাকই ঃ

> কবি হায়বসি, ধ্যান তৌরিবা মুণি নৎত্রগা লাইতোংলবী মাইবীনি । কবিনা বাখলগী ঈপাক্তা হেক তাউবা মতমদা ... বাখলগী ঈচেলদা পুক্লিং থম্মোয়নচিংবা থুক্কৎখিদুনা মহাক্কী বা ঙাংথোক্লবগী পাঙ্গল মাঙখি, নৎত্রগা লাইতোংবা মাইবীগুম্না মরী লৈতবা বাহে মঙা তরাদং ঙাঙবা নত্তনা মহাক্কী অতৈ পাঙ্গল লৈতে ।[৩]

মখা তারকই - *কবিনা বাখলগী ঈপাক্তা তাউবা মতমদা মহাক্কী থম্মোয়দা বাখলগী ঈচেল চামা চামনা ফাংনা চেম্বরকই*[৪] বার্ডসবার্থসু হায় -*all good poetry is the spontaneous overflow of powerful feelings.*[৫] চাউবনা *তম্নকপা নৎত্রগা নৈনরকপদগী* অমদি *মতৌ তমদুনা* ফনা চঙখোন্না লেংশিন্নবসু কবিতা ওইনা লৌনীংদে । মহৌশাগী নীংথীবা মশক অমদি ফীদমগী মশক খরা য়েকপনসু কিবনি হায়নিংদে । প্রতিভা লৈবা মীশক্তনা ইন্সপায়র ইন্সপরেসন লাক্লবা মতমদা ইরকপা অদুত্তবু কবিতানি হায়নীংই । *প্রতিভা* হায়বসিমক্তি মী পুম্নমক্তা পীরমদে, মসিদি *পূক্লিংগী নীংবগী মখা পোন্দে* হায়বসিনি । ভারতীয় কাব্যশাস্ত্রদসু

---

১। [illegible], মণিপুরী বারেং, (সম্পাদক) অরিবম কুমার শর্ম্মা, দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, অহুমশুবা খূৎনম : ১৯৮৮, লা: ১৩

২। William Wordsworth, Preface to Lyrical Ballads, **English Critical Text, (ed)** D J Enright & Ernst De Chickera, Oxford University Press, Delhi, Twentieth impression 1998, p 171

৩। খাইরাকপম চাউবা, কবি, মণিপুরী বারেং, ওপ সিৎ, লা: ১৬

৪। ইবিদ

৫। William Wordsworth, Preface to Lyrical Ballads, op cit p 165

৬। শ্রীদ্বিজমণি দেবশর্ম্মা, সাহিত্তমীমাংসা, শেখর ব্রাদাস, ইম্ফাল, অহানবা খূৎনম : ডিসেম্বর, ১৯৭৬, লা: ৯৬

কবিদা লৈগদবা গুণশিং-প্রতিভা, বুৎপত্তি অমদি অভ্যাস ' ( inborn, study, practice) চঙই হায়রি। অমসুং - *লৌনম য়াওদনা অশেংবা পুক্নিংগী ইথিলদু ফোঙদোক্লবদি অতোপ্পগী পুক্নিংদা পালহনবা ওমদে* হায়রদুনা চাউবনা সাহিত্যদা সেপ্সিরিটিগী কোইসন তৌই। প্রতিভা লৈবা - *মপুগী থৌজাল ফংলবা মীশিং অসিত্না অশেংবা কবিনি অমসুং মখোয়না হায়দোরকপা ৱাহৈশিং অদুনা অশেংবা কাব্যনি।*[৭] ৱার্ডসৱার্থনদি কবি হায়বসি মশাগী অকনবা নুংফাও (sensibility) না হেন্না ফজবা মশক্তা অচুম্বা শব্দোক্তুনা মীয়ামদা হায়রিবা, প্রকৃতি অমদি মীওইবগী মরমদা হেন্না কুপ্না খঙবগা লোয়ননা পুন্সিবু হেন্না ফজনা, নুংঙাইনা খনবা, উবা মীশক্তি লৌই।[৮] রোমান্টিক পোইট্রিগী শীংথানরবা কবি ডা লমাবম কমলসু তাম্নানা তম্বুবা য়াওদনা মরোমদোম খোঞ্জেল নুংশিবগুম কবি হায়বসি প্রতিভাগী মথক্তা নক্সি হায়বসিনি - *One is not made but born a poet.*[৯]

*রিয়েলিজমগী মতুংইন্না কল্পনা ফোঙদোক্লবদি কবিত্ব শক্তি ময়েং তাই।*[১০] হায়রদুনা চাউবনা কুনশুবা চহীচাদা লাকখিবা সাহিত্যদা রিয়েলিজমগী মুভমেন্টদা থাজবা ওমদে মরমদি তাইবঙপানবসিদা মী মীগী এক্সপরিয়েন্স খেন্নবনা তাইবঙপানবগী মশকসু খেন্ননা উই অদুনা পুন্সিগী অশেংবা মশক (actuality of human life) উৎপদা পান্দম ওইবা রিয়েলিজমু থাজবা নৎত্রগা য়াবা ওমদে। পুন্সিগী মশকসি মসিনা মরোইরে হায়না লেপথোকউফম লৈতে। চাউবা রোমান্টিক পোইটনি। রোমান্টিক ওইবা মই হায়বসি অশেংবা থোকপদগী হেন্না মশক থোকপা, থৌনা অমদি মরীংজেন ফবা উৎপা; অকনবা পুক্নিংগী ঈহৌদা শাফু পীবা; লনাই মীওই অমগী পুক্নিংদা কল্পনাগী খূর্জি মনীংতম্না থাদোক্তুনা থৌবা খূৎইনি। রোমান্টিক কবিশিংনা - ফজববু ঈথৌ লাংজবা, অসিগুম্বা ফজবসিবু থিবদা খোঙনা খূৎনা লাম্বা ফংদ্রবা সমাজ অমা শাগৎনবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা কল্পনাগী লৈরাংবু মনীংতম্না শাৎকায়হনবা রোমান্টিসিজমগী খোঞ্জেলনা কুনশুবা চহীচাগী হৌরকপদা মণিপুরী সাহিত্যদা নিনখি। কল্পনা হায়বসি তাইবঙগী পোৎলমশিংদা য়াওরিবা অহিংবা মতৌদু শেম-শাদুনা পুথোকপনি।[১১] মণিপুরী সাহিত্য নৎত্রগা শৈরেংদদি ইংরেজি সাহিত্যগুম্না নিয়ম-নীতিনা পুনবা ৱাখলগী শক্লোন ফোঙদোকপা ক্লেসিসিজমগী মায়োক্তা রোমান্টিসিজম লাকখিবা নত্তে। মণিপুরীশিংনা ১৮ শুবা চহীচাদা মশাগী অরিবা লাইনীং থাদোক্তুনা রামান্দি বৈষ্ণবিজম

৭। খাইরাকপম চাউবা, কবি অমসুং কাব্য, মণিপুরী ৱারেং (সম্পাদক), অরিবম কুমার শর্মা, দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, অহমশুবা খূৎনম : ১৯৮৮, লা: ২৭

৮। William Wordsworth, *Preface to Lyrical Ballads*, op cit p 171/172

৯। লমাবম কমল, অহিংগী চেক্লা তাম্না, ডা: কমলগী খোমজিনবা লাইরিক, পোক্লফম পব্লিকেসন, ইম্ফাল, ১৯৯৩, লা: ২৬৪

১০। খাইরাকপম চাউবা, কবি অমসুং কাব্য, ওপ সিৎ, লা: ২৭

১১। জগৎকী মখল মখা অয়াম্বা পোৎশিংদা লোত্তুনা লৈবিবা অহিংবা শক্তিশিং অদুবু মওং তানা শেমজিন্দুনা পুথোকপা অসিনা কল্পনাগী হৌকপ্নি। - চোংথাম মণিহার, চাউবগী কবিতা, (সম্পাদক)চোংথাম মণিহার সিংহ, ৱারেংগী শক্লোন, দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, অহানবা ফোঙবা : ১৯৭৫, লা: ৬৫

লৌরুব্দগী জাতিসিগী লোন, ময়েক অমদি সাহিত্য মসিগা শাগোন্নবা সংস্কৃতিনা শিথরকখিবা; ১৮৯১ দা মণিপুরনা মশাগী শাংলবা চহী লীশিং অনীরোম মনীংতম্না হিংজরকপগী মতম লোইখিদুনা বৃটিশকী মখা পোনখিবা; নৌনা চঙলকখিবা নোংচুপকী শিক্ষা ফংনরকপগা লোয়ননা হীরম খুদিংমক্তা জাতিসিগী পুন্সিরোলদা হান্নগী মমল থাদোক্লুনা অনৌবা মমল থিরকপা, নবজাগরণগী মতম (revivaling period) গা মতা চানরুদুনা ইংরেজি সাহিত্যগী রোমান্টিক পেরডকী ফীলিংসকা তিন্নরুবনি। মসি ক্লেসিসিজমগী লোন, ছন্দ, অলংকারগী নিয়মদা লালহৌবা অদুমক্তি নত্তে। অদুবু অলংকার শাস্ত্র (poetics) গী নিয়মগী অফা-অপুন্নবা অদুদগী নাম্থোক্লীংবগী মীৎয়েং খরমখৈদি য়াওরি ঃ

> কবিদি-কনাগসু মরী লৈতবা, তোঙানবা জগৎ অমদা চৎথ্রবা জীব অমগুম্বনি শম্না হায়রবদা - কবিবু করিগুম্বা ব্যাকরণগী নিয়ম্না পুনবা ঙমদে অমসুং পুনশিনহনবসু চুমদে।[১২]

শৈরেং ইবদা মশাগী থিওরী অমা শাগত্তুনা ইরকপা কবিনি রা কু সুরেন্দ্রজিৎ। মহাক্কী বসন্তগী বাঁশীগী ৱাহৌদোক, *শৈদম* দা মশাগী কবিতাগী থিওরী পীবতা নত্তুনা *নত্তে শন্দ্রেম্বীদুদি* হায়বা শৈরেং অমদসু মশাগী শৈরেংগী মীৎয়েং পী। কবিনা ৱাহৌদোকসিদা সমাজগী ওল্লক্লিবা ইতিহাসকা শাগোন্ননা শৈরেংগী হোংলক্লিবা মশক নৈনরদুনা হায়- *অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা ... মণিপুরী কবিতাগী অনৌবা য়াওন অমা লাকপা হৌখিবা - রোমান্টিসিজমদগী রিয়েলিজমদা ট্রেডিসন্দগী মোডর্নিটিদা চঙশিল্লকপা হৌখিবা।*[১৩] লাঞ্জাও মতুংদা শাগৎলকখিবা নন-রোমান্টিক ওইবা লিটিরেৱী মুভমেন্টদা চঙশিল্লিবা কবিতাগী থিওরীদা মোদর্নিটিগী মায়কৈদা চঙশিল্লিবা মতমগী কবিশিংনা *ট্রেডিসনবু হৌজিক্কী মতমগা মরী লৈনদ্রবা কান্নদ্রবা পোৎশক ওইনা য়েংবগী মীৎয়েং অমা উবা ফংই।*[১৪] হায়রদুনা মশাগী ওইবা কবিতাগী মীৎয়েংদু পুথোরকই - *ট্রেডিসনবু মোডর্নিটিনা তোঙানবা পোৎশক ওইনা লৌদুনা মরী লৈনদ্রবা অমা ওইনা য়েংবসি অরানবা মীৎয়েংনি।*[১৫] মসি নোংচুপকী কবি অমনা পীখিবা মশাগী পোইটিক্সপু নীংশিহল্লি ঃ

> ... we do not quite say that the new is more valuable because it fits in; but its fitting in is a test of its value - a test, it is true, which can only be slowly and cautiously applied, for we are none of us in infallible judges of conformity.[১৬]

কবি অমবু মশক লেপ্পা হায়বসি হৌখিবা হায়বদি ইতিহাসকী ওইবা অইবশিংগা চাংদম্নদুনা লেপ্পনি হায়বা মীৎয়েং য়াওরি। হৌথ্রবা হায়বসে হৌজিক্কী মীৎয়েংদা বিচার তৌগদবা নত্তে,

---

১২। খাইরাকপম চাউবা, কবি, মণিপুরী ৱারেং, ওপ সিং, লা: ২৭

১৩। রা:কু: সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ,শৈদম (ৱাহৌদোক), বসন্তগী বাঁশী, অহানবা থোঙবা : নবেম্বর ১৯৭৬, লা: XIX

১৪। ইবিদ, লা: XX

১৫। ইবিদ

১৬। T S Eliot, Tradition and Individual Talent, English Critical Text, op cit p 295

হৌজিক হায়বসি হৌখিবদুদগী কবম্না শমথবকপগে হায়ববোমদা মীৎয়েং থিংজিন্নবা হোৎনগদবনি হায়বা কবিগী মীৎয়েং যাওরব। মসিমক্তি লাঞ্জাও মতুংদা শাগৎলকখিবা মোদর্ন পেবডকী মতমদুগী নহা ওইরিবা কবিশিং শ্রীবীরেন, ইবোপিশক, ইবোমচা, মধুবীরনচিংবনা মণিপুরী কবিতাগী হান্নগী য়ুম্ফম থুগাইদুনা নৌনা শাগৎলকপা মখোয়গী কবিতা অমদি মদুগী থিওরীদা রিয়েক্ট তৌরকপনি। মখোয়না শাগৎলিবা সাহিত্যদা রিয়েলিজম হায়রবসিমক্তি পুন্সিদা তশেংনা থোকই-ওইরিবদু থোইনা শেমজিল্লুবা তৌদনা অতারীদু উৎপা মইহনি।[১৭] সুরেন্দ্রজিৎকী *নত্তে শন্দ্রেম্বীদুদি* হায়বসি চুম্নগী শৈরেং অমা ওইরবসু মসি মহাক্না শাগৎলিবা কবিতাগী মীৎয়েংগদি থাইদোক্লবা য়াদ্রবা শকক অমনি। শৈরেংসিদা মণিপুরী জাতিগী লোক-সাহিত্যগী মনুংচনবা ফুঙ্গা ৱারী শন্দ্রেম্বী চাইশ্রাগী *শন্দ্রেম্বী*বু অশেংবা কবিতাগী সিম্বোলদা লৌখত্তুনা-সমাজগী মপাম্ছোংদা তাওরিবা মশক যেকপা; ছন্দ তালগী নিয়ম ঙাক্তবা মোদর্ন পোইটশিংনা ইবা কবিতাবু কবিতানি হায়নীংদে, মসি ক্লেসিকেল ওইবা মইদা থাজবা থম্বনি। কবিনা হায়ঃ

অচাইবা চোইবোল মযামগী
লৈচল নাইদ্রবা নাচোমসে

. . .

লংলা য়াওদনা চোইরেং লেংবা
নিংদোল পোম্বা ৱাখলগী
চোইখোঙ পরেং
সমাজগী অকায অতোয
পুন্সিগী অথীবা শকক
পুম্নমক্সিগী মমি তাবা
মতমগী খৃৎশেম।[১৮]

অমদি ঃ

সমাজগী মথক মথক্তা তাওরিবা
কাং-খোং চাইবা শক্তম্বু
কবিতা মিংথোল পীরিবা
কবি নত্তবা কবিশিংনা
ফনা কবিতানি হাযদুনসু
নত্তে ঐগী শন্দ্রেম্বীদুদি।[১৯]

১৭। term applied to literacy composition that at an interpretation of the actualities of any aspect of life free from subjective prejudice idealism or romantic colour The oxford Companion to American Literature, (ed ) James D hart New York Oxford University Press 1995 p 698

১৮। বা কু সুরেন্দ্রজিৎ, ওপ সিৎ, লা ১২১

১৯। ইবিদ, লা ১২৪ ২৫

মোদর্ন পোইটশিংনা হান্নগী রাইম ভর্স থুগাইদুনা ব্লেঙ্ক ভর্সতা খোনচোপ শীজিন্নদুনা কবিতা ইরকপবু য়ানীংদে ঃ

অতোনবশিংগীদমক অশাউবা ফুদোক্তুনা
য়ুঙাওবগী চোইরোলগুন্নবা
মীচৈগী নোং হৈথরিবা - [২০]

অসিগুন্নবা মোদর্ন পোইটশিংগী শৈরেংগী রিদমদা য়ানীংদবা উৎপনি। কবিনা চেংনা থাজে অশেংবা কবিতাদি মীৎনা উবা ফংদ্রবা, মপূং ফাবা, শোকপা পায়বা য়াদ্রবা, লেঙদ্রবা অচুম্বা অমদি ফজবা ফীদম শাগৎপনি ঃ

অনৌবা য়ুগকী লায়থুংনা,
পুমথরবা সমাজবু
শোয়দনা হিঙৎহনগনি
হিদিঙ্গা লল্লোনবগী মচাগুম।[২১]

অফবা শৈরেংদি সমাজগী ওইরিবা মশক উৎপদা নত্তে, হেন্না ফবা সমাজগী মশক অমসু শাগৎনবা হোৎনবদা কবি অমগী ক্রিএটিভিটিগী মমল লেপকদবনি লৌই। মীৎয়েংসিদা মায় পাক্লবা শৈরেংতবু অফবা কবিতানি হায়নীংই। কবিনা মশাগী কবিতাগী মরমদা হায়জে ঃ

ট্রেডিসন অমসুং মোডর্নিটি অনীমক্কী সুর পুদুনা শক্তি মতম পুম্নমক্কী ওইনা হোংবা নাইদ্রবা অচুম্বা অমদা শাদোং ওইরগা মতম মতমগী ওইবা অহোংবা অওনবগী মরক্তা লোইনাইদ্রবা খোঙচৎ অমদা শৈফম হোংনা হোংনা খোংলি।[২২]

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্গাও মতুংদা খোঙচৎ থুনা হোংলক্লিবা মণিপুর সমাজদা মীগা মীগা লৈনরিবা মরীদা অচৌবা অহোংবা লাকখিবনা সমাজগী য়ুম্ফমদগী শাগৎলক্লিবা সাহিত্যগীসু অহোংবা লাকখ্রে; মশানা তাবনি ঃ

Change is the condition of art remaining art. Art is never transfixed, never stagnant. It is a fountain rising and falling under the verying pressure of social condition.[২৩]

লাঙ্গাও মতুংসিদা ১৯৪৮ দা এলাংবম নীলকান্তনা হান্নগী রোমান্টিক পোইট্রিগী মশক্তগী হোংহন্দুনা ইবা *মণিপুর* শৈরেংনা মোদর্ন মণিপুরী শৈরেংগী ঈহৌদা অহানবনি হায়না লৌনরকখি। অনৌবা কবিতাগী ঈহৌ শাগৎপদা মপূং ওইরিবা নীলকান্ত অমদি সমরেন্দ্র মখোয়গী ওইবা শৈরেংগী থিওরী অমমুক ইথোক্লমদে। নীলকান্তনদি শৈরেং হায়বসি - *নুং-পানগী শাফূশিংনা থেংজিন্নকপসিদা ঐঙোন্দগী খোকখিবা চৈনাখোলগী মখোল অদুনা শৈরেং ওইনা থোরকপদনি।*

---

২০। ইবিদ, লা: ১২৩
২১। ইবিদ, লা: ১২৪
২২। ইবিদ, লা: XXI
২৩। Adams Herbert, The life of George Cabot Lodge, 1911,p 27
২৪। এলাংবম নীলকান্ত সিংহ,অইবগী বাহৈ খবদং, পুক্লিং লৈকোলগী অথুম্নদা, বাজ পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা : ২০০০, লা: IX

*ফজবা অথীবা, অচুম চুমদগী পাদমদা শৈবেংবু বিচাব তৌবমকসু হেঞ্জিনবা ওইগনি ।*[২৪]
মসিমকসু কবিতা ইবগী মীৎয়েংদা হেঞ্জিনবা ওইনা থোকই । কবিনা মখা তানা হায় ঃ

সাহিত্যনা সমাজবু শেমদোক্কনি অহোংবা অমা পুবক্কনি হায়বসি হেনজিনবনি সাহিত্যনা ঙন্নসি সমাজগী চপচাবা মশক অদু ইথোবকপশিং অদুদা মিংশেলগী মতৌগুম্না মমি তাহল্লগা সমাজবু য়েংহনবা ফাওবদনি । মসিসু অবাযবা থবক নত্তে ।[২৫]

*মসিসু অবাযবা থবক নত্তে,* ইম্পোবটেন্স লৈ হায়বসিনা আশাগী মাযকৈদা মীৎয়েং থন্নি হায়বসি তাকই- *ঐহাক্কী শৈবেংশিংনা ওল্লকইবা সমাজগী শক্লোন কযা পুথোক্নুনা তাক্লবা হোৎনবক্লি ।*[২৬] সমবেন্দ্রসু হায় ঃ

কবিতা কবিতাগী তোঙান তোঙানবা মিৎযেং লৈজবম্না যাই অমগা অমগা ওন্ন- তৈনবা, মাইগৈ তিন্নবমদবা লৈবম্নসু যাই । মদুগী নুংঙাইতবা লৈজদে। .... ঐগী ৱাবু মী পূম্নমক চপ মান্ননা খঙলমগনি হাযবা অসিসু থাজদে ।
You are forever you and I forever I হাযবদুনি ।[২৭]

মসিদা সমবেন্দ্রনা সেট্যাবিকেল টোন শীজিন্নদুনা মাগী শৈবেংদা ক্রিটিসিজম পীবা অমগী পাউখুমমক মান্না ইবকই । অদুবু ক্রিটিসিজম হাযবসিমকসু মনীংতম্বা কলা অমনি, প্রিজুদাইজ য়াওদবা ক্রিটিসিজম্না লিটবেবী টেক্স অমবু মশক শেংনা তাকইবনি । কবিনা শৈবেং ইবদা কন্সিসটেন্সিগী কবিমতা খন্দে হাযবিবসিদি ৱাবেপ লৌবদা থুমল্লি ।

মখোয়গী খূৎইগী মখা শমথবক্নুনা, বোমান্টিক ওইবা কুযোম যাওদোক্নুনা অনৌবা যুগকী সেন্সিব্লিটি ফাওবা ঙমদবা অনৌবা যুগকী ৱাখল, মীৎযেং চঙবা ঙমদবা বোমান্টিষ্টশিংবু য়ানীংদবা উক্নুনা অনৌবা শৈবেংগী মুভমেন্ট শাগৎলকখিবা কবিশিংগী লুচিংবদি কবি শ্রীবীবেননি । কাবিসি মণিপুবী শৈবেংদা মশাগী পোইটিক থিওবী অমা মযেক শেংনা, মওং তানা পীথোক্লগা শৈবেং ইবকপনি । মাগী শৈবেংগী থিওবীনা মাগী শৈবেং পূম্নমক কোনশিনবা ঙম্না হাযবগী ৱাহং থাদোক্লগা চাউবদা ৱার্ডসৱার্থকী *লিবিকেল বেলেডস*কী ৱাহৌদোক্লা অচৌবা ইথিল পীখিবগুম টি এস এলিয়টনা ৱার্ডসৱার্থকী শৈবেংগী থিওবীবু কক্নুনা শাগৎলকখিবা ৱাবেং *Tradition and Individual Talent* না শ্রীবীবেনগী শৈবেংগী থিওবীদা প্রভাব কন্না লৈখিবনা শ্রীবীবেনগী শৈবেংগী থিওবীনা চাউবগী থিওবীগী মায়োক্তা লাকখি । কবিনা মাগী তোল্লবা শা-দুগী ৱাখলগী ৱাহৌদোক্তা মথক্তা পনম্রিবা ৱাবেংদগী পবেং খবা কোট তৌবি ঃ

Poetry is not a turning loose of emotion, but an escape from

২৫। এলাংবম নীলকান্ত, ঙসিগী সমাজ অমসু ঐ, ৱাইটর্স মীট, মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমি, মার্চ, ২৯, ১৯৮৭, লা ১
২৬। ইবিদ
২৭। লাইশ্রম সমবেন্দ্র, ৱাহৌদোক, মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে, পি এস পব্লিকেসন্স, মণিপুব, অনীশুবা খূৎনম এপ্রিল, ১৯৯১, লা ২

> emotion; it is not the expression of personality, but an escape from personality. [২৮]

হায়রদুনা ৰার্ডসৱার্থকী *ডিভাইন ফেজ্ঞি* লাকপা মতমদা কবিতানা মতোমতা পূক্লীংদগী পাথোক্তুনা চেম্থজরকপনি হায়বগী মায়োক্তা থোইদোক্লদুম পূক্লীং ঈহৌদগী নাম্থোক্কদবনি হায়বদু শ্রীবীরেননা য়াম্না পামজনা লৌখৎলি । কবিনা মতমগী পুন্সি মহীংনা পীরকপা লম্মাংনবা, নাইতোম তাবা, তম্বা ঙমদবা, খোয়শাওনবা, ঈশ্বর অমদি পুন্সিবু থাজবা ঙমদবা অসিনচিংবা ফোঙদোকপনা কবিগী পোইটিক আসপেক্ট ওইরকই । মেট্যারিঅলিষ্টিক সোসিএল সিষ্টেম অসিনা মীওইবগী মোরেল লৈখা তারকপা, মীগা মীগগী মরক্তা মরী কোমথরকপা, মী পূম্নমক অমাঙ-অতোংগী হিসাবতা হিংবা পুন্সি অসিগুম্বা মতমগী তাক্কক্তা থোরকপা অনৌবা যুগকী অনৌবা ৰাখল, চৈথেং, পুন্সিগী মশক মখোয়গী সেন্সিব্লিটিদা ফাওবা ঙমদনা রোমান্টিসিজমগী ওইবা কল্পনাগী জগৎ অমদা মচু মচুগী কুরাকশিং তান্নদুনা লৈবা সাহিত্যগী মচল অদু য়ানীংলকখিদে । কবিনা মশামকসমাজগী শরুক অমা ওইনা সমাজগী পুন্সিরোলদা মশামক লূপশিন্দুনা য়াওশিল্লগা ইনভোলভমেট অদুগী রিএক্সন অদু ইন্টলেকচ্যুলি, ক্রিটিকেল্লি ইনকারী তৌবগী ৰাফম মাগী পোইটিক থিওরীসিদা য়াওরি । রোমান্টিক ত্রেডিসন্দগী শাগৎলকপা শৈরেংবু এস্কেপিষ্ট ওইবা খুৎইনি লৌরদুনা অনৌবা সভ্যতাগী ঈচেলনা চেনশিল্লকপদগী ওইরকইবা সমাজগী অহোংবা মশক উৎলি । শ্রীবীরেন্দি কলাগীদমক কলা হায়বসিদা থাজবা ঙমদে ঃ

> - কলা তাবদা নুংঙাইনবা, য়েংবদা নুংঙাইনবা, পোত্থাবদা নুংঙাইনবা নত্তে; হিংবগী ফিভমবু মশক মুন্না খঙনা হিংবনি । অদুনা দরকার ওইরিবসি কলাগী অচেৎপা নিয়ম নত্তে; পুন্সিগা খ্বাইদগী নক্লবা শরুক্তনি । [২৯]

অদুনা সমাজগী অশেংবা মশক্তু পুথোক্তুনা উৎপা ঙম্নবা হোৎনরকপদা শৈরেংদা ইমেজ, সিম্বোল শেমগৎলকপদা নুংগী রিএক্সন পুথোক্লবা হোৎনবদা অমোৎপা, অমাঙবা, অথীবা মশক, কায়-তোইরবা মুর্ত্তিশিং শীজিন্নবনি অমদি হিংলিবা পুন্সি মহীং অসিদা হকথেংননা চোংশিন্দুনা মহীং অসিদগী থোক্লকপা নুংগী চৈনাখোল অদু কয়াম শোক্লবগে উৎপনি লৌই ।[৩০] রোমান্টিক পোইট্রিগী মুভমেন্ট মখা শমথদুনা লৈববু য়ানীংদবা উৎলি ঃ

> চাউবগী শৈরেংগী ফোর্মেলিটিজ ময়ামগী খোংজিনা পুনবা শৈরেং অদু চোকথবা পোক্লরে; চাউবা কমলগী শৈরেংগী মনুংগী মচাক্তি পুন্সিদগী খরা থাপতোক্লা,

---

২৮। T S Eliot, Tradition and Individual Talent, English Critical Text, op cit, p 300

২৯। শ্রীবীরেন, *ঐগী শৈরেং* (ৰাহৈদোক), মসিনা ইম্ফালগী ৰান্নীনি, দি ইউনিভর্সেল লিটরেরী এসোসিয়েসন, মণিপুর, জনুৱারী, ১৯৭৮, লা:১

৩০। হৌজিক্কী মতমদা লৈবাক মচা তাবা, মহৈ হৈবা চাউখৎপা মী হায়বসি মাগী সমাজ অদুদা মশামক য়াওরি হায়বগী ৰাখল চেনবা ঙম্না থবক তৌরিবা মহাক্তনা ওইবক্নে । - শ্রীবীরেন, অনৌবা শৈরেংগী অচুম্বা, তোল্লবা শা-দুগী ৰাখল, দি মণিপুর কোওপরেটিভ পব্লিসিং সোসাইটি লিমিটেদ, পাউনা বাজার, অহানবা ফোঙবা : সেপ্তেম্বর, ১৯৭০, লা: ১২

মীওইবদগী লাপথোক্লা চৎলগা প্রকৃতিগী পোৎ- চৈগা মীওইবগী পুন্সিগা চংদম্লদুনা ইবা শৈরেংশিংনি; ফিলিংগা থোংকা পুশিন্নবা ওমদবা *ডিসসোসিয়েসন ওফ সেনসিবিলিটি* গী শৈরেংশিংদা হৌজিক্কী পুন্সিগা মরী লৈননা উবা ওমলক্তে। ইন্টেলেকচুঅলগী শরুক বাৎলবা ইমেজরি, ইদিয়ম, রিদমদা ঐখোয় পেনবা ওন্নক্তে। [৩১]

হায়রদুনা কবিনা মশাগী শৈরেংগী থিওরী অমা শাগৎপদা নত্তনা অপূনবা মোদর্ন পোইটশিংগী মীৎয়েং পীরকই। অদুবু সাহিত্য নৎত্রগা কলাগী অহোংবা অওনবা ঈহৌ অমা লাকপা হায়বসিতবু হান্না চৎনরিবা সিষ্টেমগী মায়োক্তা লাকপনিনা য়ানদবা খরদি হকথেংননা নৎত্রগা নাকোয়ননা থোরকই। [৩২] কবিনা হায়ঃ

পুন্সিগী খ্বাইদগী নক্লবা হিংবগী ফিভম্না অচম্বা ইনোসেন্ট ওইবা লনাই থবায় অমদা অমদি জাতিগী অপূনবা পুন্সিগী শক্তমদা য়েরকপদা মচিন থৌবা ইন্দ্রিনা তুমিন্না লৈথোকপা ওমদে- মওং অমদবু ওইরে রিএক্ট হেক্তা তৌরকই। [৩৩]

ইন্দিভিজুএল অমনা সমাজদা হিংলিবা পুন্সিরোলদগী থোক্লকপা ইনর রিএক্সন অদুবুনি। মাগী পোইটিক থিওরীনা হায়রি- কালাকার অমা হায়বসি আইক্লোক্লাষ্ট ওইগদবনি। মপূংফাবা (perfection) অদুবু তান্নবগী লম্বীদা অনৌবা মশক শাগত্তুনা পুথোরকপদা হান্না লৈরম্লিবা মশক্তু থুগাইহরকই[৩৪] হায়বসিনি। সাহিত্য কলাবু সেরিয়স ওইনা লৌজবা কবিনা মতমগী পুন্সি মহীংদগী থোক্লকপা একচ্যুলিটিজ অদু ফোংদোক্কদবনি লৌই ঃ

পুন্সি অসিদা থোক্লিবা ময়াম অসি ইমা ইপা ইচা পূন্না ফম্মিন্নরিঙৈদা তাবা অমদি থোকপা য়ারিব্রা ? কান্নদে কমিটৈদ ওইবা ওমবা সাহিত্য অদু অকামপেৎ ওইরবসু নত্তে; অচোপ্পা ওইরবসু নত্তে; অফবা সাহিত্যনি। [৩৫]

অসিগুম্বা অনৌবা সাহিত্যগী মুভমেন্ট শাগৎলক্লিবা অসিবু মতমদুগী ক্রিটিকশিংনা

---

৩১। ইবিদ, লা: ১৫

৩২। অনৌবা মূর্তি অমা শাগৎপদা, অনৌবা থবায়, অনৌবা মিহুল হাপ্পদা য়ানদবা খরদি অদুম মথোরকই। হান্না লৈরম্লিবা মূর্তিগী মওং, মদুগী থবায় মিহুল অদুগা অনৌবা শাগৎলিবা মূর্তিগী মওং, মদুগী থবায় মিহুল অদুগা অনৌবা শাগৎলিবা মূর্তিগী মওং ; মদুগী থবায়, মিহুল অনীগী মরক্তা য়ানরক্তবা মুক্লবা অমা থোরকই। - ইবিদ, লা: ১০

৩৩। শ্রীবীরেন, মসিনা ইম্ফালগী ব্রারীনি, ওপ সিং, লা: i

৩৪। অশেংবা কলাকার অমা হায়বসি ঐনা থাজবদি, মফমদুদা লৈরমম্রিবা মূর্তি খরা নৌনা শাগৎপগী থবক তৌরিবা, মদুবু ঐ ঐ হায়বা ইতোমতগী ১দি লনাইগী ওইবা শরুক অসিদগী লাপ্থোক্তুনা পূম্নমক্কী (universal) ওইবা অমদা লূপশিনবা ওন্না অনৌবা মখলগী থবায়, মিহুল হাপ্তুনা মাগী খুৎশেম অদুবু অহিংবা ওইহনবা ওমলিবা মী অদুনি। - শ্রীবীরেন, ভোল্লবা শা-দুগী ব্রাখল, ওপ সিং, লা: ৯

৩৫। ইবিদ, লা: ১৪

৩৬। লান মমাঙগী কবিগী সুরদি ঈশৈদি মতম কুইনা মশাবু মশক খণ্ডজরুদবদগী নোংমা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা মিংশেলদা মমি তাবা উরুবদা মখোয়দা পোক্লকপা নুংশিবা, নুংঙাইবা অমসুং হায়ওমদবা বাখলগী জগৎতা ঙাওজবগুম্বনি লান মতুংগী কবিশিংগী সুরদা পুনশিবু মশক খণ্ডগে তাল্লকপা থেংনরকপা অৱা-অনা কয়া অমদি মতম কুইনা উরক্লবা পৃথিবীগী অৱা-অনা কয়া উরক্লবা অশিংবা মী অমগী মমি তাই। - বাসি, কৃষ্ণ চূড়াগী অঙাংবা মপান, ট্রাইমভরেৎ পব্লিশর্স, ইম্ফাল, আগষ্ট, ১৯৭৭, লা: ৫১

থোইদোক্না মমল পীনরকখি ।[৩৬] অদুবু হেঞ্জিন্না অকাম্বা মশক অমদি লোন শীজিন্নবদি য়ানীংদে ।[৩৭] শৈরেং হায়বসি অচুম্বা, ফজবা অমদি ফিদমতমক ইগদবনি হায়রবদি সাহিত্য অদু শোয়দনমক পুন্সিগা মরী লৈনদবা ওইরক্কনি হায়বা মীৎয়েংসিবু য়ানীংবা ক্রিটিক কয়াসু চোংথোরকখি ।[৩৮] শ্রীবীরেননা সাহিত্যদা শীজিন্নগদবা লোনগী মতাংদা পল্লি ঃ

> শৈরেংদি থোৎ মেঙগদবনি, তাবদা নুংঙাইনবা নিয়ম্না পুনগদবনি, সাহিত্যগী মনুংগী মচাক অদু ঐখোয়গী হিংলিবা পুন্সিদগী থাপ্না চৎথোক্তুনা থিরুরগা হিংলিবা পুন্সিসিগা চানদ্রবা মচাক্না ওইহনবনচিংবা অসিদা ঐ থাজবা ঙমদে, থাজবসু পামদে ।[৩৯]

অদুবু কবিগী শৈরেংগী থিওরীদা অহোংবা লাক্লে হায়বসি অকোনবা যোঙলকপা শৈরেংগী লাইরিক সনাগী কৈরাক কী ৱাহৌদোক্তা ময়েক শেংনা তারক্লে ঃ

> মথক্তা তাউখৎলকপা সমাজগী মশক রাজনীতি অমদি শেল থুমগী মশক্তা ইবা শৈরেংদা পেনবা ঙল্লক্তবা অমসু য়াম্না কন্না তৌরকই । পুন্সিগী মনুং হুজিন্না লৈখ্রবা থৱায়গী লমদমদুদা কুমথদুনা ইবা আত্মাগী ওইবা শৈরেংগী অপাম্বা পোক্লকই ।[৪০]

মপাম্থোংগী ওইবা পুন্সি অসিদগী নাম্থোক্তুনা আত্মাগী ওইবা এসাইলম (asylum) অমা থিরকপনি । কবিগী মীৎয়েংসি এগজিস্টেনসিএল পোইট ওইরম্বদগী মেটাফিজিকেল পোইট ওইরকপনি । কবিনা সাহিত্যদা সেন্সিরিটিগী ৱাফমসিদগী ইম্পর্সোনেল থিওরীগীসু হৌরকফম ওইবদু পল্লি ।[৪১]

অসিগুম্বা অনৌবা কবিতাগী খোঙচৎ অসিদা ইবোপিশক, ইবোমচা, রঞ্জিৎ অহুমগী পূনশিনবা শীংনবা হায়বা বুকলেটসিগী অনীশুবা মশীংগী ৱাহৌদোক *অনৌবা মণিপুরী*

---

৩৭। যুগ অসিগী অৱাবা উৎলিবনি, নুংঙাইতবা পুথোক্লিবনি, অথীবা মশকতু উহল্লিবনি, মাঙদা তারিবা, ঐখোয়না থেংনবিবা সমস্যা..... উৎলিবনি হায়দুনসু মীমাঙদা পুথোকপা য়াদবা, তাব য়াদবা, সভ্য সমাজদা শিজিন্নদবা মওংগী ৱাঙাং, ঈঙ্গিৎ ফিবমনচিংবদু উৎলবদি কা হেন্না পুথোক্লবদি মদু মীওই সমাজকী পুনশিগী মশক উৎনবা হোৎনবগী মহুত্তা লেখক অদুগী কবি অদুগী নাববা ৱাখল, পুকনিং অমসুং মীৎয়েংগী মশক অমা শোয়দনা ওইগনি - ইবিদ, লা: ৬৭

৩৮। মখোয়গী শৈরেংশিংদা হঙ্গোয়না উরবা ইমেজরি কয়া, তাবদা হৈনদ্রবা ৱাহৈ কয়া অমদি শাথেক কায়রবা ছন্দশিং শীজিন্নরকই । মসিদা কবিসু ঙক্লিংঙাই ওইদে । মরমদি হৌজিক্কী পুন্সিগী ওইদ ওইরিবা শকওই চাদবা মরিং মরাংবা মূর্তি কয়াদগী অনৌবা শৈরেংগী মশকসু থোরকপা তাবনি । - কে, হেমচন্দ্র, ৭০ দা হুন্নকপা নোঙলৈ, অইবশিংগী শীল্লুপ, লা: ১৩

৩৯। শ্রীবীরেন,অনৌবা শৈবেংগী অচুম্বা (ৱাহৌদোক)তোল্লবা শা-দুগী ৱাখল, দি মণিপুর কোওপরেটিভ পব্লিসিং সোসাইটি লিমিটেদ, পাউনা বাজাব, সেপ্তেম্বব, ১৯৭৮, লা: ১৫

৪০। শ্রীবীরেন, লাইরিকসি ৱা (ৱাহৌদোক) সনাগী কৈরাক, ২০০১

৪১। Poet can not reach this impersonality without surrendering himself wholly to the work to be done - T S Eliot, Tradition and Individual Talent op cit, p 301

*শৈরেংগী অচুম্বা খোঙথাং* দা কবিশিং অসিগী মেনিফেষ্টো অদু থিওরী অমা ওইনা শাগৎনবা হোৎনবকই । মসিদা মপূং ওইনা নৈনরিবা - কলা হায়বসি পুন্সিগা শাগোন্নবনা অহোংবা নাইবা পুন্সিদগী শাগৎলকপা কলাসু অহোংবা লৈবা তাবনি হায়বসিনি ঃ

> পুন্সিগী মনুং হুজিন্না লৈত্রবা থবায়গী লমদমদুদা কুমথদুনা ইবা আম্মাগী পুন্সিগী নুংগী শক্তম অমসুং পুক্লিং পুথোকপগী অরোইবা লৈত্রবা খোঙচৎ অসিগী, থবায়গী মরীনা শোক্তুনা থিবা পুকচেল শেংবা, শক্তি লৈবা, মপূং ফাবা খুৎশেম[৪২]

অমদগী শৈরেংগী হৌরকফম ওইগদবনি হায়বা ৱাফম পুখৎলকই । মীওইবগী পুক্লিংগী তারদা মতমগী খুৎশানা থেংলুবদা থোক্লকপা খোঞ্জেল অদু ফোঙদোকপনা *অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী অচুম্বা খোঙথাং*নি লৌই । অইবা অমগী কলাগী খুৎশেমদি সোসিঅল ফেক্তরশিংনা ওইহনবনি ।[৪৩] মথক্কী বুকলেটসিদা কবিশিংসিনা *সেন্সিটিভ মাইন্দ* অমদি *সেন্সিরিটি* লৈরবতদা কলাগী মচন্স অদু ফোর্সফুল ওইবগা লোয়ননা মপূংফাবা খুৎশেম (craftsmanship) লৈ ফোঙদোকই ঃ

> অশেংবা ফীভমশিং অমসুং শক্তমশিং অসিবু নমশিন্দুনা লাপথোরক্লগা অশেম্বা তৌশিন্নবা ফজরবা মঙগী জগত্তা, অশেম্বা ফজববা ৱাহৈগী শক্তম্না শাগৎকদবনি হায়বসিদা য়াবা ঙমদে। এক্সেপিষ্ট ওইবা অসিগুম্বা কলাগী সাহিত্যগী পোৎ হৌজিক্কী মীওইবদা করিমতা দরকাব ওইদে ।[৪৪]

মখোয়না মমাঙদগী মখা শমথদুনা চখরক্লিবা মইদা থাজবা থম্বা অইবশিংগী মীৎয়েংদা, মখোয়গী খুৎইদা য়ানীংদবা উত্তুনা বিয়েক্ট তৌবকই ঃ

> হান্নগী কলচর কলা অমসুং সাহিত্যগী মশক্তা কোনশিনদুনা ফমজিন্দুনা শোকপা পায়বা য়াদ্রবা মঙ হাগী জগত্তা পূক্লিংনা মাষ্টরবেট তৌদুনা ময়াই কাদুনা লৈবিঙেদা, ঐখোয়গী শৈরেংনা অয়েৎপা পীরকপা শাফূ অমা ওইবকপনি । পূম্নমকসি মশানা ওইফম থোকপনি; মখোয়দি মশানা শাওফম থোকপনি । পূম্নমক অসি থেংন থেংননা ঐখোয়গী খোঙচৎসু লেপ্তুনা, মায়োক য়াদুনা, হনবা লৈতনা চঙশিনগনি ।[৪৫]

কবিশিং অসিনা মখোয়গী ৱাহৌদোকসি মখোয়গী ওইবা পোইটিক থিওরী নৎত্রগা মেনিফেষ্টো ওইবগা মখোয়গী মীৎয়েংগী ঈহৌ শাগৎলকখি । অসিগুম্বা খোল্লাও অসি লাক্লবগী মরমদি লমদমসিগী সংস্কৃতি অমদি কলাগী আইদিএল অসি গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগা শাগোন্নদুনা শাগৎলকপা কলচর অমদি বুর্জুৱা মেন্টালিটিদগী থোক্লকপা পুন্সিগী তশেং তশেংবা মশক

---

৪২। থাংজম ইবোপিশক, য়ুমলেম্বম ইবোমচা, বঙ্কিৎ দবলিউ, শীংনবা (অনীশুবা মশীং), নবেম্বব, ১৯৭৪, লা: ১

৪৩। সমাজ অমসুং সাহিত্য অনী অসিগী মবী অসি পীথোক পীশিনগী মবীনি । সমাজদগী সাহিত্য পোক্লে; সাহিত্য অদুমক্লা অনৌবা সমাজ শেম্মী, পোকহল্লি । - চীংঙাখম পীশক, সাহিত্য অমসুং সমাজ, মণিপুবী ৱাবেং, ওপ সিৎ লা: ৬৭

৪৪। থাংজম ইবোপিশক, য়ুমলেম্বম ইবোমচা, বঙ্কিৎ দবলিউ, শীংনবা (অনীশুবা মশীং), ওপ সিৎ,লা: ৪

৪৫। ইবিদ, লা: ৫

(actuality) পুথোকপনা মখোয়গী পান্দম ওই । মদু ফজবা নৎত্রগা অথীবা অমা হেক্তা ওইবা য়াই । অসিগুম্বা সমাজদা হিংলিবা মীয়ামগী রিপ্রজেন্টেটিভ অমা ওইনা হায় ঃ

> ঐখোয়গী সমাজসিগী, ঐখোয়গী মীওইবগী ৱারবা, শোক্লবা, থীরবা, নুংগী শক্তমশিংসি পুথোক্লুনা শাগৎলকপদা, অথীবা ৱাহৈ, অথীবা লোন্দা মশানা কোন্ননা অদুম থোরকই; অকামপেৎ চঙদবা য়াদদুনা তঙাইফদনা চঙবা তারকই । অথীবা ইমেজরি, সিম্বোলশিংসি ঐখোয়না হেক্তা নম্ফুদা তৌশিন্নদুনা শেমগৎখিবা নত্তে ।[৪৬]

অসিগুম্বা লোন, ইমেজরি অমদি সিম্বোলশিংনচিংবগী মবমদদি সমাজদা থোক্লিবা থৌদোকশিংসি মচীন-মনাও, মমা মচা পুন্না তামিন উমিন্নবা য়াদবনা, সমাজদুদগী, শাগৎলিবা সাহিত্যসু মশানা মচীন-মনাও তামিন্নবা য়াদবা তাবনি হায়বসিনি ।

অনৌবা মণিপুরী শৈবেংগী থিওরীদা কাংজম পদ্মকুমারনা মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি গী ৱাহৌদোক্তা কবিনা Ezra Pound গী ৱাহৈ- *Poets are the antenne of the race* মফম মতমগী পশ্খেদা কাঙলূপকী পুক্নীং ফোঙদোকপা হায়বসি কোট তৌরদুনা মশাগী কবিতাগী মীৎয়েং কোম্না ময়েক শেংনা ফোঙদোকপা ঙমখি । কবিনা - *ঐদি শৈরেং ইবসি অহিংবা পোৎ অমা পুথোকপনি লৌই , দাইনামিক ওইবা পুক্নিগা সুৎশন্নদুনা চৎমিন্নবা ঈচেলনি থম্লি ।* [৪৭] হায়রদুনা কল্পনাগী চুক্লি খূরুপ থাদুনা থৌবা অশেংবা পুক্নিদগী লাপথোক্লুনা ইবা রোমান্টিক পোইটশিংগী মীৎয়েংদা থাজদবা অমদি মোদর্ন সেন্সিব্লিটিগী মরমদা পল্লি ঃ

> মীওইবগী পুক্নিগা কলাগা অনীগী মরক্তা অহোংবা, কলাবু মীনা ফাগী ওইনা লৌনরিবা, মেনশিন্নবা অমত্তা ওইনা পূনশিন্নবা হোৎনবনি ।[৪৮]

অদুবু কবিগী শৈরেংশিংদা রোমান্টিক ওইবা মশকশিংসু ময়েক শেংনা উবা ফংই । কবিসিদি - শ্রীবীরেন, ইবোপিশক, ইবোমচানচিংবগুম্না মশাগী খোঙফম অমদা চেৎনা লেপ্পুনা লৈবগী মহুক্তা মূক্নবা অনীগী মরক্তা লেপ্পুনা মশাগী পোইটিক থিওরী অমা শাগৎনবা হোৎনৈ । অসিগুম্বা কবি কাঙলূপসিগী মরক্তা য়াওরকপা মধুবীরসু রোমান্টিক ওইবা শৈরেংগী মশক্তা য়ানীংদে ঃ শৈরেংদু য়ামদ্রবদা খরমখৈত্র ওইরবসু কম্মিটেৎ ওইবা মীৎয়েংগী পাদম লৌরগা পুথোক্লদবনি ।[৪৯] মখা তারকই- *ৱারেম, মঙদ্রং হাদ্রং তৌশিন্নবা ৱাখলোন কয়া উভুনা কলা বিদ্যাগী য়ুম্ফম থক ওইহল্লোইদবনি*।[৫০] হায়রদুনা কলাদা মাগী সিন্সিরিটিদু পীরি । সমাজগী রাজনীতিগী অশোয়বনা সমাজদা অর্থনীতিগী ফীভম শাথীনা শোকচিল্লকপদগী মীওইবনা মশাগী হিংনবগীতা হোৎনরকপদা মোরেল লৈখা তারকপা মী হায়বসি *চরাগী মী* ওইরকপা অমদি মীওইবগী

---

৪৬। ইবিদ, লা: ৩

৪৭। কাংজম পদ্মকুমার, মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি, কে, পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর, ১৯৯২, লা: ১

৪৮। ইবিদ

৪৯। রাজকুমার মধুবীর, মমিগী মমি, ভাগ্য পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, মার্চ, ১৯৯৬

৫০। ইবিদ

মৰক্তা লৈনবিবা মৰী শাথীনা শোকচিল্লকপনা মহাক্কী সাহিত্যগী হীৰমনি হায়ৰদুনা মখা তাবকই ঃ

> সাহিত্যনা সমাজগী মিংশেল ওইবা তাবৰদি জুগোৎ চাদ্রবা শক্লোন কয়াগী মতমসিগী লমদমসিগী অইবা খৰগী মৰীদা শোয়দনা খৰমখৈদা ওইববসু মমি তাবা তাবনি ঐসু মতমসিমক্কী, মফমসিমক্কী মীওইনি, থম্মোয়সি ওইহাক্তা পোৎথাফম খণ্ডদে।[৫১]

অদুবু কবিনা শৈবেং ইবদা মশাগী অকক্লবা থিওৰী লৈতে পল্লি ঃ

> ঐগী শৈবেংগী শকতাক যুম্ফম ওইবা মচোবিৎ লৈতে, নীতি নিযম, মওং মতৌ কবিগুম্বা অকক্লবা অমগী মখা পোন্দুনা খক ইদে।[৫২]

অসিগুম্বা কবি কাঙলূসিদা য়াওবকপা বা কু ভুবনস্লাসু থোইদোক্লা মশাগী ওইবা পোইটিক থিওৰী শাগৎনবা হোৎনদে অদুবু শৈবেংবু পামজবগী মৰমদি হায়- *শৈবেংগী ৱাহৈশিংগী মকমদা কবিগুম্বা খৰা লোক্তুনা লৈ।*[৫৩] তশেংনমকসু অতোপ্পা সবজেক্টশিংদা লোন হায়বসি আইদিয়া কম্যুনিকেট তৌনবা ওইববসু সাহিত্যগী মতাংদদি ফিলিংস কম্যুনিকেট তৌনবা হোৎনবনি। মদু ঙম্নবা হোৎনবদা ইমেজৰি, সিম্বোল, সিমিলি, মেটাফৰনচিংবা শীজিন্নবিবনি। লান মতুংগী কবিশিং অসিনা শোকচিল্লবা সমাজগী পুক্নিংবু বিযেলিষ্টিক ওইনা উৎনবা হোৎনৈ।[৫৪] মখোয়বু মণিপুৰী সাহিত্যদা মোদর্ন পোইট ওইনা লৌবি।[৫৫]

থাংজম ইবোপিশকনা খৃ ১৯৬৯ দা অপাইবা থৱাই ফোঙথ্রবা মতুংদা ইবোমচা অমদি বঞ্জিৎকা পূনশিন্নদুনা ফোঙবা শীংনবা (১বা অমদি ২শুবা মশীং ১৯৭৪) গী মতুংদা **নোবোক পতাল পৃথিবী** ফোঙলকপদদি মহাক্কী ওইবা কবিতাগী মীৎযেংদা *শৈবেংনা সমাজগী সিষ্টেম কযাগী মাযোক্তা শীংনবগী খূৎলায ওইগদবনি* হাযবদুগী মীৎযেংদা অহোংবা লাকখি ঃ

> অপাবশিংগী পূক্লীংদা য়ৈবা ঙম্নবনি খন্দুনা ইমোসন্না নমংৎপা মফোঙদোক শীজিন্নবা, শৈবেংদা সবওলটি যাওহনবা ঙমদবা অসির্নাচিংবনা শৈবেংগী মচৰীৎ ওইখি। হৌজিক্তা এনা থাজবির্বাদ শৈবেংনা সমাজগী সিষ্টেম কযাগী মায়োক্তা শীংননবা খুৎলাই ওইবা ওল্লোই। অদুগা লাউখোংনা হাযবা লাউবসু

৫১। আৰ কে মধুবীৰ, ঙসিগী সমাজ অমসু ঐ, বাইটবস মীট, মণিপুৰ ষ্টেট কলা একাদেমি, মার্চ ২৯, ১৯৮৭ লা ৪

৫২। ৰাজকুমাৰ মধুবীৰ, মমিগী মমি, ওপ সিৎ

৫৩। বা কু ভুবনস্লা, ৱাহৈদোক, মমিশিং পাম্বোমশিং, মে, ১৯৯৬

৫৪। মণিপুৰী সমাজ অমসুং পুন্সি অমসুং মওং তানা শাগৎপা ঙমদ্রিবা পলেফমগী নুংনাংবা অমসুং লাংতক্লবা সুৰ অসিনা শৈবেংগী টেক্নিক, ইমেজৰি অমদি সিম্বোল শীজিন্নবগী অনৌবা চাংয়েং কয়া পাক্তখৎলকই অমসুং হায়নগী লৈৱাং খোইফুগী শৈবেংগী মন্দিৰদা মথুন ওনশিল্লকখি। অসুম্না চংবকইবা খোঙচৎ অসিদা য়াওবিবা আধুনিক কবিশিং অসিবু চুম্নতন্না নন ৰোমান্টিক ওইবা কবিশিংনি হায়না তয়াং তশোইনা লৌবদি মখোয়বু শক খণ্ডবা তাগনি। কে হেমচন্দ্র, ৭০ দা হুন্নকপা নোঙলৈ, ওপ সিৎ লা ১১

৫৫। মণিপুৰী শৈবেংগী খোঙচৎ অসিদি মোদর্নিজমগী লম্বেলদা চংবকপনি হাযবদা থোইনা চিংননীংঙায় লৈতে। ইবিদ, লা ১২

*শৈরেংগী মপাঙ্গল হাপ্পসু নত্তে; শৈরেংগী শক্তিদি মপাঙ্গোংদা লৈতে, মনুংদা তুমিন্না লৈজবনি । মপাঙ্গল লৈবা মথৌদাংনা কলা অমত্তং ওইবা নত্তনা অতৈ করিসু তৌবা ঙমদে ।*[৫৬]

মসি স্পিরিটনা রিএলিটিগা থেংনরকপদা শৈরেংদা য়েংলম্বা মীৎয়েংদা অহোংবা লাক্লুনা *আর্ট ফোর লাইফ সেক* অ থাজরম্বদু থাজরক্লদুনা *আর্ট ফোর আর্ট সেকত* অ চঙশিল্লকপনি । মসিমক্তি কবিনা হান্না থাজরম্বা ঃ

মতম অদু শৈরেংনা খূৎলাই ওইরগা পুন্সি মীৎয়েং অমদি পান্দমদা চঙশিনবদা অকিবা পোক্তবা, থৌনা লৈ হায়না খঞ্জখিবা, নুংঙাইখিবা মতম অমনি ।[৫৭]

কবিনা হায়- *সাহিত্য হায়বসি শুপ্পতগী কলা অমা ওইবদগী হেন্না করিসু ঙমদে ।*[৫৮] মসিদা কবিনা থাজরকই । মসিমক্তি Auden গী - *Poetry can do nothing* অমদি P B Shelley গী - *Poets are unkown legislature of the world* হায়বগী থোঙ্খাংগুম তাই । কবিনা মখোয়গী সাহিত্য, শৈরেংদা হায়রিবশিংদু কনানসু অপাননা লৌবিদ্রে হায়বা ৱাখলসিদগী পেসিমিষ্টিক ওইবা মশকসি থোরকপনি । অদুনা সাহিত্যদা পাডিজেল পীবগী সিষ্টেম শেমদোক্লুনা শৈরেংনা সমাজগী লম্বী অমা শেমগনি খল্লুবদা মায়থীরকপগী চৈনাথোলনি । শৈরেং ইবগী মতাংদদি পল্লি ঃ

নুংদা কাওরকপা পুক্লীংগী ইহূলশিংবু, ইশাগী হান্নদগী চথরকপা মীৎয়েংগী পরিং অমা থল্লগা, য়েংলগা, শাগৎলগা, অমসুং খন্দোক-খজিন তৌদুনা বুদ্ধিগা থম্মোয়গা থেংনহল্লগা কবিতা শাগৎপগী থবক্তা চঙশিঞ্জবনি। সমাজগা মীগা লৈনবা মরীনা ঐঙোন্দা রিয়েক্ট তৌহল্লকপা; মতমগী মীওইবগী কীতম্না পুক্লীংদা য়ৈরকপা ঐ ইশাবু য়েংজবা, অমসুং মীওইবগী পুন্সিবু খিজবা; পুন্নমক অসিনা ঐগী শৈরেংগী মশক ওইরি ।[৫৯]

মসিদি শৈরেংগী থোঙচত্তা কবিনা মশাগী কন্সিসটেন্সি থম্বা, ঙাকপগী ৱাকল্লি । অদুবু - *হৌজিক কাওবদা ঐ ইশাগী মসিমদি মশোয়ন্দ্রে হায়বা কবিতাগী অকক্লবা থিওরী অমা লৈজদ্রি ।*[৬০] খূৎশেম হৈবা, লোন খন্দুনা মচু তানা ইং-যোন্দুনা কবিতা ইবগী মায়কৈদদি মণিপুরী শৈরেংদা কবিসি *মাষ্টর ওফ ক্রাফটমেনসিপ্ট* নি হায়বা কাওবা য়াই । কবিগী ৱাখল মীৎয়েং হোংলকই ঃ

---

৫৬। থাংজম ইবোপিশক, লাউনা হায়রমগা হৃয়রকপা, নোঙ্গোক পতাল পৃথিবী, তি আই পব্লিকেসন ১৯৮৫, লা: ৯/১০

৫৭। থাংজম ইবোপিশক, ৱাহৌরোক হুলংনা য়েংবা, ভূত অমসুং মায়থুম, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, ১৯৯৪, লা: xiv

৫৮। ইবিদ

৫৯। ইবিদ, লা: xvii

৬০। ইবিদ

> ঐগী মাওদা থোঙ অহম লৈরে - আত্মা, ঈশ্বর অমসুং প্রকৃতি ।-থোঙ অনীদি হৌজিকসু লোল্লি । অমদি হাংলে -অদুবু থোঙজীন কানশিল্লগা মনুং য়ৌশিনবদি ঙমদ্রি হাংলবা থোঙ অদুদসু । [৬১]

হায়রদুনা নাষ্টিক ওইনা হৌরকপা কবিনা ৱাখলগী লমদম (realm of mind) দা আত্মা, ঈশ্বর, প্রকৃতি অহমসি থেংনরবসু -আত্মা অমদি ঈশ্বরবু থাজবা ঙমদবা অদুবু প্রকৃতি, মহৌশারোমদা চঙশিন্দুনা কবিগী পূক্লীংগী চঙজফম (mental asylum) থিরকই ।

কবি য়ুমলেম্বম ইবোমচাসু মশাগী শৈরেং ইবগী মীৎয়েং ফোঙদোক্লদুনা হায় ঃ

> ঐনা হিংলিবা অশেংবা তাইবঙ অমসুং মসিদা থেংনরিবা মীশক মীওই থৌদোক ৱাথোক কয়াবু মঙদ-মঙ ওইনা পূক্লীংদা ফাওবসি য়াম্না তোয়না থোকই । অসিগুম্বা পূক্লীংগী ফিভমদগী লৌখৎলগা ঐনা ঐগী ... শৈরেং খরদা মঙগা তাইবংগা চয়েৎনখিবা নৎত্রগা খাইদোক্লফম খঙদমখে তোৎশিন্নখিবগী শক্তম শাগৎপা হোৎনৈ, চাংয়েং তৌই । অদুবু, ঐগী পূক্লীংগী মীৎতা উরিবা মশক অদুগা য়াম্না নকশিন্নবা শক্তম ওইনা থোরক্তে ৱাহৈগী শক্তম্না । [৬২]

সমাজগী ওল্লক্লিবা লোইশিন-খোমজিনবা য়াওদ্রবা, মশক থীরবা কায়- তোয়রবা মশক্লা পুক্লিগী মশক্তা য়াওশিনবা ঙমদবদগী নাইতোম তাবকপা থোরকই ফোঙদোকই । সাহিত্যগী কলাদা মেসেজ পীবগী ৱাফমু মাঙদা থমদুনা শৈবেং ইবা য়ানীংদে ঃ

> হিংলিবা সমাজদুদা মরেপ থুম্না লূপশিল্লুরগা মরম্নাই থোকচরকপা মপূং ফাবা নীংথিবা কলা অমা মশা মদোম কবিগুম্বা খূৎলাই ওইবক্লবদি মচীন থৌরবা খূৎলাই শোয়দনা ওইরুগনি । কলাবু কবিগুম্বা অমনা ফাজিন পুনশিল্লবদি মপূং মবৈ ফানা চাউখৎপা ঙম্লোই; অশেংবা নীংতম্বা লৈহাউদতা কলানা মপূং মবৈ ফানা শাৎকায়জবা ঙম্মী হায়বসি ঐনা থাজবনি । [৬৩]

কবিনা রোমান্টিসিজমগী এক্সেপিষ্ট ওইবা মইদা থাজবা ঙমদবদু ফোঙদোক্লকই - *ওইবা অমনা মশামক হিংদুনা লৈরিবা সমাজদুদগী লাপথোক্লা লৈরগা য়েংফম থোক্তে । মদুদা নুং-পান থুম্না লূপশিনবা তাই ।* [৬৪] অদুবু সমাজগী মশক্তা লূপশিনখিদুনা মশাগী মশক মাঙহঙ্খিবদুদি নত্তে । মশামক্তুনা মশা ওইনা লৈরগা ইনর রিএক্সনদু পীগদবনি ঃ

> তৌবতদি সমাজ অদুনা মহাকপু চুপশিনখিদনবা, মশা অমত্তা ওইশিনখিদনবা মশাগী ওইবা অচেংপা থোঙফম অমদা লেপচবা তাই ।

---

৬১ । ইবিদ

৬২ । য়ুমলেম্বম ইবোমচা, ঐগী সমাজ অমসু ঐ, রাইটর্স মীট, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি, মার্চ২১, ১৯৮৭, লা; ১

৬৩ । ইবিদ, লা: ৬

৬৪ । ইবিদ, লা: ৭

মসিনা খরদং হন্দোক্লগা য়েংবসু অদুম য়াহনগনি। মদুদগী মরম্না থোবকপা সাহিত্য
অদু শোয়দনা মীয়ামগী সাহিত্যসু ওইগনি।[৬৫]

নীলবীর শাস্ত্রীনা- *মীওইবগী পুনসি সমাজগী থৌদোক কয়াগা মরী লৈনবনা সাহিত্যগা সমাজগা অচেৎপা মরী লৈনৈ*[৬৬] হায়রদুনা কলা হায়বসি পুন্সিগীদমক লৌশিনগদবনি পল্লি - *মণিপুরী সমাজগী ওইরিবা ফিভম অসিদা সমাজগী লমজিং মৈরা ওইবা য়াবা সাহিত্য থোকহন্দুনা মাঙশিল্লক্লিবা সমাজবু কননবা হোৎনবা মতম য়ৌরে।*[৬৭] অদুবু কবিনা শৈরেং ইরকপা মতমদদি উরিবা সমাজগী ওইরিবা অশেংবা মশক্তু চপ চানা থম্বা ঙাক্তনা পেন্দে। মসিমকপুদি কলাকার অমনা শাগৎলিবা আর্টকী পোথোক অদুদা সমাজ অদুবু অমুক হন্না শেমগৎ-শাগৎ (recreate) তৌবগী মচাকসু য়াওরিবনি। কবিনা মশাগী শৈরেংগী মীৎয়েং পীরি ঃ

> ঐগী ৱাখল অসি যথার্থবাদতগী আদর্শবাদলোমদনা খরা হেন্না চঙশিল্লকপগুম তৌই। সমাজগী অমোৎ অকায় অমসুং অপুম-অশাশিং অদু অপাবশিংগী মমাঙদা ইকোক কোক্লা থম্বসি ঐহাক কয়া হৈনদে। মদু ফত্তে হায়বসু নত্তে, ঐনা পারিবশিংবু অৱাংবা আর্দশ অমগী মাইকৈদা হেক হেক পুনবা হোৎনৈ।[৬৮]

হায়রদুনা কবিনা সাহিত্যদা রিএলিজমদগী আইদেলিজমদনা হেন্না থাজবদু ফোঙদোকই।

মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচত্তা ৮০ গী অথেংবা মতমদগী নহা ওইরিবা কবি কাঙলূপ অমা থোরকপগা লোয়ননা মণিপুরী শৈরেংদা মমাঙগী ঈচেলদগী থোইদোক্লা অহোংবা মশক অমথক উবা ফংলকখি। অহোংবা অসি কাঙলূপসিগী কবিশিংনা মখোয়গী ওইবা মেনিফেষ্টো অমগা লোয়ননা থোরক্তুবসু মখোয়গী শৈরেংশিং, নৈন-ৱারেংশিং অমদি ৱাহৌদোকশিংদা মখোয়গী মীৎয়েং ফোঙদোরকই। মোদর্ন মতুংদা থোরকপা কবি কাঙলূপ অসিনা মোদর্ন পোইটশিংগী খূৎই অমদি থিওরীগী অশোনবদা মখোয়গী মীৎয়েং নৎত্রগা থিওরী পুথোরকই। মতমসিদা নহা ওইরিবা কবিশিং অসিনা পূনশিল্লগা শেম্বা অসৈলুপনা ফোঙবা সৈরেং (১বা মশীং, আগষ্ট, ১৯৯২-৯৩) দা মেমচৌবীনা ইবা *মণিপুরী শৈরেংগী ঈহৌদাঃ অনৌবা য়াওল* অকোনবদা অইবীগী লাইরিক ৱাকমা মাইবী দদি *মণিপুরী শৈরেংগী অনৌবা য়াওল* (৮০ দগী হৌজিক ফাওবা) হায়না মমিং ওন্দুনা ফোঙই মসিদা হোংলক্লিবা মণিপুরী শৈরেংগী অওনবা মশক পুথোরকখি। ৱারেং অসি অইবী মশাগী ওইবা পোইটিক থিওরী অমদি কাংলূপসিগী ওইনসু অপূনবা মীৎয়েংনি হায়না লৌবা য়াই। ৱারেংসিগী অহৌবমক্তদা অইবীনা Mikhail

৬৫। ইবিদ
৬৬। নীলবীব শাস্ত্রী, ঙসিগী সমাজ অমসুং ঐ, রাইটর্স মীট, মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমি, মার্চ ২৯, ১৯৮৭, লা: ৩
৬৭। ইবিদ
৬৮। ইবিদ

Palivanov গী ৱাহৈ কোট তৌবি *-Art must speak of its epoch.* আর্ট হায়বসি অকক্নবা মতমদুগী ৱা হায়গদবনি অদুনা সাহিত্য কলাগী মচল অমা ওইরিবা শৈরেংদু মতমগী সমাজগী ৱা ইগদবনি হায়বসিনি । সাহিত্যগী টেক্স অমবু কবম্না মমল লেপকদগে (value determine) হায়বসি লিটরেরী ক্রিটিসিজমদা ইচেনতা চেন্নদুনা লৈরিবা ৱাফম্নি । কলাগী পোৎ অমগী এস্থেটিক্স (aesthetics) দিটরমিন তৌবা হায়বসিদা কলচরেল ইকোলোজি (cultural ecology) গী অচৌবা মফম কল্লি । মী অমা হায়বসি মাগী সোসিঅল ইনভাইরোমেন্টনা অচৌবা প্রভাব পী ঃ

> This environment affects creativity and also in the process effected by it ..... Men's life depends upon and is conditioned by all that surrounds him and sustains him. The environment includes both Prakriti, nature which acts upon the ecological community and samaj, the aggregate of social and culture conditions that influence the life of any individual on community. [৬৯]

*অওইবা* হায়বসি *ওইফম থোকপা* হায়বদগী লাকপনি । *ওইগদবা* অসিসু *ওইফম থোকপা* দগী শাগৎপনি । অমুকসু ওইফম থোকপা হায়বসিনা বেসিক কন্দিসন ওফ এগজিষ্টেন্সনা পীবকপনি । অইবীনা সমাজগী ইতিহাস (social history) কী য়ূম্ফমদগী মথৌ তারিবা মতম্না দিমান্দ তৌরিবা কবিতাদি জাতিসিবু মশক তাকপা ঙম্বা ন্যেসনেল ইসুদা এটেন্সন পীবা; মীচমশিংগা কম্যুনিকেত তৌবা ঙম্বা শৈরেং ওইগদবনি লৌই । অদুনা শৈরেং ইরদা অচম্বা লোন শীজিন্নবগী পান্দম থম্মী । মসিমক্তি - মোদর্ন পেরডতা কবিশিংনা কমপ্লেক্স ওইবা হীরম অমদি পোইটিক ষ্ট্রকচর শীজিন্নবদগী সাহিত্য কলাগা মীয়ামগা পাউ ফাওনবা ঙমদবা মওংদা লাপথোক্লহনখিবগী অহাঙবদু শমজিন্নবা হোৎনরকপনি । কুনশুবা চহীচানা হৌরকপগী মতমসি মণিপুরী সমাজদা বৈষ্ণবিজমনা য়ূম্ফম চেৎনা লৈবা মতম্নি; বৃটিশকী মখুত্তা মণিপুরনা মশাগী মনীংতম্না মাঙখিবা অসিগুম্বা মতমসিদা নৌনা চঙলকখিবা শিক্ষাগী ফীভম্না মপূং ওইনা বাংলা সাহিত্যগী ইথিলদগী শেমগৎলকখিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যনা মণিপুরী সমাজগী মতম মতমগী পুন্সি মসিগা শাগোন্নরিবা কলচরগী ৱাফম নেগ্লেক্ট তৌখিবনা লীরবা জাতিসিগী ইতিহাস অমদি সাহিত্যগী পরম্পরাবু ফোঙদোকপা ঙমদবদগী, ৱাটকা শমুদ্রবা চৎনবী পরীং অমদা মণিপুরী সাহিত্যনা চত্থবা হৌরকত্রে ফোঙদোক্নুনা অইবীনা হায়রি ঃ

> মখোয়গী মমালোন নুংসিবকপগী পূক্নীংমতা অদু মীঙোন্দগী পূকবা মতৌ তমলুবা নৎখিদবা অমদি ওইরক্লিবা মতমগী য়াওন্দা হূমলক্লিবা নুংশিৎপু

---

৬৯ । Indra Nath Choudhuri, Environment and Literature (Aesthetics Determines Cultural Ecology), **Indian Literature**, (ed) H S Shiva Prakash Sept- Oct 1999 No 193 Pp 172- 173

> মতম চানা থম্মোয় থোংগান লাওনা হংদোক্তুনা ওকতুনা থাম্মোয় পেন্না তৌসিন্নদনা
> সকখিবা মখোয়গী ঈশৈ মখোয়গী শৈরেং, মরুওইনা মণিপুরী অপাবশিংগী
> নুং য়ৌনা চংবা ওমখি ।"[৭০]

হায়না- চাউবা, কমল, অঙাংহলগী মতমগী মণিপুরী শৈরেংবু মশক তাকই ।

ইতিহাসকী মায়োন হোংলক্তুনা অনীশুবা লাঙ্গাও মতুংদা মণিপুরনা ইন্দিয়াদা তিনখিবা; ১৯৬৫ দা চাক তাঙবা থোকখিবা; মণিপুরগী লম কবো তম্পাক অমদি মোলচাম মাঙখিবা; মণিপুরনা মশাগী *টেরিটোরিএল ইন্টিগ্রিতি* ওকপা ওন্নক্তবা; অচৌবা কাঙলূপ অমগী মনুংদা অপীকপা জাতিসি মশক মাঙখিদুনা জাতিসিগী হিংবা শিবগী মিপাইবা, লাংতক্নবা পূম্নমক নাথৈরন্নগা নোংচুপকী শিক্ষা ফংলবা লাইরিক-লাইশু খরা হৈরবা ৭০ গী মতমদা থোক্লকপা কবিশিংনা মশাগী সমাজগী পোক্লকপা নত্তবা নোংচুপকী সাহিত্যগী ঈহৌ মোদর্ন সেন্সিব্লিটিদগী শৈরেং ইরকখিবা - মখোয়গী শৈরেংগী হীরম্না-ঈশ্বর লৈত্রে লৌবকপা, ভেল্যুদা থাজরক্তবা, নাইতোম তারকপনচিংবা উংপনা ওইখি । অদুনা মোদর্ন পোইটশিংগী মরমদা হায় - *চাউবা, কমলগী শৈরেংগী ঈহৌগী মতৌওম্না থম্মোয়দা কাওওমদনা হক্তুনা থমবগী মওনদি য়াংখি ।*"[৭১] অদুনা অইবীনা মোদর্ন পোইটশিংবু মখোও লৈবাক তাদবা বোরো সেন্সিব্লিটিদা চাওরকপনি হায় । মোদর্ন পোইটশিংনা মখোয় ইন্টেলেকচ্যুঅল লাইভ অমদা হিংলে হায়বদু অইবীনা মখোয়গী ক্রাইসিস ইন্টেলেকচ্যুঅল ক্রাইসিস নত্তে, ন্যোসনেল ক্রাইসিসনি পল্লি । শৈরেংদা মশাগী অশেংবা মূমকমদা হক্তিদুনা জাতিসিগী অনৌবা থরায়বু মতমগী নুংশিত্তগী ওকথোক্তুনা হিংনবগী লম্না বিদুনা মমাঙদা শং শং উরিবা তাইবঙপানবগী মশক অমা শাগংনীংই । ফোঙদোকপদা য়াইদগী লায়বা লোন্দাদা পূক্নীংগী লাংতক্নবা, পোত্থাফম খঙদবা বাখলগী চক্রিশিং পুবা ওন্নবা হোংনবগী বা পল্লি । মসি মণিপুরী জাতিনা জাতি ময়ামগী মরক্তা মশাগী মফম থঙনা হিংজবা; সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদসু মশাগী রূট লৈজদবগুম তৌবদু কোকহন্দুনা শৈরেং হায়বসি ইন্টেলেকচ্যুঅল সার্কলদগী লাথোক্তুনা মীচমশিংগা ফাওনবা ওমগদবা হীরমদা পূক্নীং বিরজিনবা পান্না উখনি । অইবীনা মতম অমগী মরৈবাক্কী লংলবা ইতিহাস, মপা মপুগী য়ৌনা লিংজেল শীংখাদুনা মজাতিনা জাতি ময়ামগী মরক্তা মতীং লৈনা লেপ্না পাঙ্গনচিংবগী মরমদা ৮০ গী অহেনবদা থোক্লকপা কবিশিংগী শৈরেং কোট তৌরগা বায়েংসিদা নৈনরদুনা মখোয়গী মমলদু শীন্নি :

> মখোয়গী মপূং ওইবা বাকলদি মমা লৈবাক মণিপুরগুবু নুংসিরকপগীনি,
> মীওইবা জাতিবু অমনা অমনা ইকায় খুম্না হিংমীনবগীদমক্নি । মমা লৈবাক
> অমদি মীওইববু হিংহীনবা মীংহৌরেং অসিনা য়াওরি, অবাংবা মমল লৈবা
> ভেল্যু অমবু খিরকপগী মসক, মরমসিবা মীংহৌরেং অসি চত্রোং চুমথংলক্নিবা
> কবিশিংগী পোংথোক খুনিমজন থেংনগনি ।"[৭২]

---

৭০। নেমচৌবী, বাকনা মাইথী, নর্থইস্ট নোয়ন, ইম্ফাল, মতম অহানবা নোজন ১৯৯৯, জুন, লা: ৮১

৭১। ইবিদ

৭২। ইবিদ, লা: ৮৪

কবি দিলিপ্ ময়েংবম্না মাগী কিরাল্ অমসুং উকুল্গী বাহৈদোক্তা সাহিত্য একাদেমিগী প্রসিদেন্ট ওইরম্বা U R Anantamurte না হায়রম্বা বাফম খবা কোট তৌবি :

> ঐখোয়গী সাংলব চংনবী অম লৈশ্রে নোংচুপকী মতৌ তম্বগী । অদুন ঐখোয়ন্ পৃথিবীগী সাহিত্যদ লেমজনিংঙাই ওইব মফম ফংবিদবনি । অদুবু হৌজিকতি মদুদগী নানখোক্প হৌরক্লে ।[73]

দিলিপ্না মজাতিলোনগী বাখল্লোন শাগংপগী তঙাইফদবগী মতাংদা ফোঙদোকই :

> ঐখোয় নীংতমন্ বাখল খনব ঙমবগী ওইরবদি মতৌ অমনিংব, পূনীংবগী বাখলসি সোয়দনা মাঙখিগনি । ঐগী ঐগী অকোয়বদ লৈরিব লনসিংবু মসক খঙদোকপগা লোয়নন, মফমসিগী লৈহাওসিদ হিংলিব ঐন মীবমগী চাকচা-য়ুথক চংনবীদ চাসিল্লন হিংব ঙমদবঙ নত্তন ইসান ইসাবু খঙজদে হায়বসি খঙনব হৌরক্লে ।[74]

মীৎয়েংসিমক্তি ৮০ গী অথেঙবদা থোরক্লিবা কবিশিংগী অপূনবা মীৎয়েং অমনি । কবি মতোমতগী নত্তে ।[75] অদুগা শৈরেং ইকপী মতাংদদি কাঙলূপসিগী মাল্লবা মীৎয়েংদু দিলিপ্সু ফোঙদোকই - *সৈরেংবু লূহুনব হোৎনবসু পামদে । কা হেল্লা মকে সেবসু পামদে ।*[76] বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমসু - *কলা হায়বসি মতম মতমগী ওইনবা মাল্লবা মিতমনা পূরকপনি ।*[77] হায়রদুনা কবিনা মাগী শৈরেংদা লমদমসিদা হিংলিবা পুন্সিবু ফোঙদোকপা ঙম্বা অমদি মীচমশিংগা পাউ ফাওনবা ঙম্বা হায়বসিদা পান্দম ওইরকই :

> ফোলার অমা ওইনা অবাংবা কলাগী পান্দম লাজুনা পাবিববুদি, লমদমসিদা চৈনা কয়না য়োমশিন্দুনা হিংলিবা মীচম অমা ওইনা পাবিবদুনা হেন্না ঐনা তৌজরিবা থরসিগী মহে কাবলে ।[78]

কাঙলূপসিগী কবিশিংগী মনুংদা য়াওরকপনি কবি শরৎচান্দ থিয়াম । মফম মতমগী পখেংদা মশাগী অকোয়বগী থীতমদগী মাগী কবিতাগী মশক হায়বা লূই তকই :

> **For, me, to be frank, it is very defficult to describe the**

---

৭৩। দিলিপ্ ময়েংবম্, হয়নীংব বা খয় (বাহৈদোক), কিরাল অমসুং উকুল, রাইটর্স ফোরম্, ইম্ফাল্, ১৯৯৫, লা: xv

৭৪। ইবিদ

৭৫। মশাগী জাতিগী মশক থিনলবগীদমক লমলম অসিগী পুন্সিরোন্বা অমূক হন্না চঙশিন্দুনা য়েংনীংবগী অফনবা ইহৌ শেংক্লরকই । অসিগুম্বা সমাজিক ইতিহাসকা লোয়ন্ ওইরিবা সাহিত্যসু ইহৌ অসি য়ৌরকই । নৌনা থিনগৎলক্লিবা পূন্সিং মতমিং পূনশ অশিন্দুনা অনৌবা মায়োন অমনি হায়না লাউথোকপমক্তি নংন্দ্রবা নহা ওইরিবা কবিশিংগী পুন্সিদা অনৌবা থৌ অমগী লাকল্লবা কাওথি । - নহাকপম অরুনা, লোংথাংলৈমা অমসুং অহিংবু, চুখাম কামতা সিংহ, ২০০১, লা: ১০৮

৭৬। দিলিপ্ ময়েংবম্, কিরাল অমসুং উকুল, রাইটার্স ফোরম, ইম্ফাল, লা: xvi

৭৭। বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, বাহৈদোক, লাইহুইনবীগী লাইহী, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা : ফেব্রুয়ারী, ২০০০, লা: ii

৭৮। ইবিদ

characteristic of my poetry in the context of my time and the society I live in. [৭৯]

লনচেনবা মীতৈনা শৈরেংগী কলাগী মবমদা মত পীরদুনা হায়- *শৈরেংগী কলা অমদি কবি হায়বসি সমাজদা থৌ অমা পাংলিবনি* [৮০] হায়রদুনা -*ঐনা চেংনা থাজজবদি সাহিত্যনা হৌজিক্কী সমাজ অসি শোয়দনা অফবা মায়কৈদা পুগনি হায়বসিদা চেংনা থাজজজে।*[৮১] মখা তাই - *ইমিদিয়েট রিয়েক্সন অমবুদি লালহৌ অমনা পীবা ফলদৌনা লৈতবা য়াই অদুবু ঐগী শৈরেং পাবু পাবিব্রবদি মীদুগী ৱাখলদা ঐগী শৈরেংসি লৈত্রবনি হায়না লৌজে। শৈরেং ইবসি চপ য়ূংনা খল্লগা ইজরিবনি।*[৮২] ৱাফম অসি হেদোনিষ্টিক খোত অমদা তাওদুনা লৈত্রবা য়ুগসিগী মীয়ামদা শৈরেংনা করি তৌবা ঙমগনি হায়না হংবা ৱাহং অমগী পাউখুম পীরদুনা হায়খিবনি। কবিনা *আর্ট ফোর লাইফ সেক* তা থাজবগা লোয়ননা ইবদা কন্সিসটেন্সি থমগদবনি লৌই নৎত্রগদি আর্ট ৱার্ক অদুদা অশেংবা আর্টিষ্টটিক ভেল্যু শেমগৎপদা অহোবা লৈগনি। কবি মশামক্লা বিলোং তৌরিবা মোদর্ন মতুংদা থোরকইবা পোইটিক ত্রেন অসিবু মীওই খরনা য়ানীংদনা য়েংলিবা মীৎয়েংদা রিয়েক্ট তৌরকই ঃ

> মণিপুরী মোদর্ন মতুংগী কবিশিং অমসুং মখোয়গী খুৎইদা মোদর্ন কৃতিকশিংনা মখোয়গী তোঙানবা মফম অমা পীবা পামদ্রি। মরমদি অসিগুম্বা শৈরেংশিং অসি লালহৌববু শৌগৎপা ওইনা মখোয়না উরি। মতমগী নুংশিৎনা হুম্বদা য়াওরকপা অপাইবা উফূলগুম্না খল্লি। [৮৩]

নহা ওইরিবা অইবা রঘু লৈশাংথেমনা শৈরেংগী কলাদা মহাক্লা থাজবা থল্লদুনা সাহিত্যনা সমাজগী পুঙ্সিদা অওনবা খরা পুরক্কনি হায়বা ফোঙদোক্লকই ঃ

> শৈরেংনা নোংমা করিনোমা খরা শোয়দনা তৌরকখিগনি। ৱাহৈ অমগী মমল য়াম্না য়ামই। মসি শৈরেংদা থেঙনগনি। ঙসিগী শৈরেং ইবশিংনা ইরিবসি ৱাহৈগী মণি মুক্তানি। ঐখোয় ইবগী খোঙচৎতা চৎলি। ঐনা থাজবদি ঙসিগী শীংনবগী অকিবগী মৈরী অসি শোয়দনা শৈরেংগী নোংলীক্লা মৃৎহনখিগনি। [৮৪]

অদুনা কবিনা হায়জে - *ঐ শৈরেং ইখিগনি।*[৮৫]

---

৭৯। শরতচান্দ থিয়াম, My Poetry My Society My Time. য়ুমলিংদবশিংগী য়ুম, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, নবেম্বর, ২০০১

৮০। আর জে মীতৈ অমসুং ইমোজিৎ নিঙোম্বম কবি লনচেনবা মীতৈগা উন্নরবা, মৈরীং, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, খৌরাল মশা, নবেম্বর, ২০০১

৮১। ইবিদ

৮২। ইবিদ

৮৩। লনচেনবা মীতৈ, পোষ্ট মোদর্নগী কুয়োম্না য়োল্লবা কবি অমা, সাহিত্যগী পাউ, (সম্পাদক) বি এস রাজকুমার, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, ২৬ শুবা মশীং, ফেব্রুৱারী/ মে, ১৯৯৮, লা: ১০

৮৪। রঘু লৈশাংথেম, ৱাহৌদোক, হনুবীগী ঈশিং পুন, সনথোঙ্ পব্লিকেসন্স, অহানবা ফোঙবা: আগষ্ট ৫, ২০০২

মোদর্ন পোইটশিংনা একচ্যুলিটিজ ফোঙদোকপগী মতাংদা শৈরেং অমদা হায়রি ঃ

> বাহৈগী লৈকোলদা নুমিৎ চুপ্পা অম লৈশিংগা শান্নবদা পুক্লীং হঙ্গানরক্লদুনা কল্পনাগী লৈতেং পুন্নমক লৌথোক্লুনা লংথোকখ্রগ নশাগী অশেংবা শক্তম য়েংজনবা ফিজোল থোংদনা মিংশেন মমাঙদা লেপ্লুবদ নশাগী অশেংবা শক্তমদা নশামক্লা ইকায়জরক্লদুনা চেষ্ঠোরকই নহাক্লা ।[৮৬]

মখোয়সিগা লোয়ননা চৎমিন্নরিবা নহা ওইরিবা কবি অনী- থৌদাম নেত্রজিৎ অমদি মথংসনা নোংথোম্বমসু মখোয়গী শৈরেংগী মীৎয়েং ফোঙদোরকপা থেংনৈ । নেত্রজিৎনা হৌজিক্কী মণিপুর সমাজগী লৈতাদ্রবা পুন্সিরোলনা মাগী কবিতাগী হীরম্নি ফোঙদোক্লদুনা শৈরেং ইবদা মনীংতম্না ইবা খুৎইদা পামজবা উৎলি - *তশেংনা হৌজিক ঐ শৈরেং ইবদা নিয়ম নিতিদা কুপশিন্দুনা মফম অমা শেমনীংলুদে ।*[৮৭] মখা শমথরকই - *শৈরেং হায়বসি অকক্লবা ঙমখৈ য়াৎলগা অসুম্না তৌগদবনি হায়বগী লো লৈতে হাযবসিদা ঐদি চেৎনা থাজে ।*[৮৮] মথংসনাসু হায়-ঐখোয়না ঙসি থেংনরিবসি ঙরাংগী মমিদুনি, সমাজগী ইতিহাস হাযবসি হঞ্জিল্লকই অদুনা ঃ

> মীওৎ মীনৈগী চৈথেংগী মরুমদা তোংদুনা নত্তে যেক্কদবদি মসিগী মরুদা তুমিন্না লৈরোম্নুংদা চেল্লিবা নুংগী ওইবা সমাজ অদুগী মশক্তুনি ।[৮৯]

মসি কবিনা সমাজগী অশেংবা পুন্সিদগী শাগৎপা সাহিত্যদা রিএলিজমনা ফিদমগী মশক-মচু শঙজিনবা পামদবা অইবশিংগী মত্তা য়ানীংদবা ফোঙদোকপনি । সাহিত্যদা রিএলিজমগী মতাংদসু উৎকদৌরিবা অশেংবদুসু মশাগী ঙমখৈ অমদি লৈফম থোকই হায়বসিনি । পুন্সিগী ওইরিবা অদুতা নত্তনা ওইফম থোকপা হায়বা মায়কৈরোমদসু চঙশিনবা তাবনি । সমাজ হায়বসি অচুম্বা ফজবা, নুংশিবা হায়বসিদা য়ূম্ফম ওইদুনা শাগৎপনি । ওইরিবা থোক্লিবা পুম্বসি ওইবম্বা ঙাক্তা নত্তে । সমাজ হায়বসি ওইফম থোকপা হায়বা মায়কৈরোমদসু খোঙফম শেমদুনা কাখৎনবা হোৎনরিবনি । যুগকী মীওইবগী পুক্লীংগী ইতিহাস (spiritual history) উৎপগা লোয়ননা ওইফম থোকপা মায়কৈরোমদা লমজিং পীবা ঙম্বা সাহিত্যবু অফবা সাহিত্যনি শীংথানৈ ।

---

৮৫। ইবিদ

৮৬। আর জে মীতৈ, শীংনদুনা চৎকনি, এন আর পব্লিকেসন্স, লোইতাং খুনৌ, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা : ২০০০, লা: ৯৩

৮৭। থৌদাম নেত্রজিৎ, বাহৈদোক, ঐ খুৎলায় পায়দে, মার্চ, ১৯৯৭, লা: ৬

৮৮। থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ, কংশিনম্রবা মীৎকী পি, ২০০০

৮৯। মথংসনা নোংথোম্বম, বাহৈদোক, মায়খুম অমা বাহং অমা, নোংথোম্বম ওংবী ইবেমহল দেবী, অহানবা ফোঙবা : মে, ১৬, ১৯৯৭

# লনচেনবা মীতৈগী
# শৈরেংদা মণিপুরী জাতিগী মশক

অইবা অমনা হৈরিবা পুম্নমক মহাকপু নাউকোন্দুনা য়োক্লিবা সমাজ অমদি মফম মতমদুগী পুন্সিদা মশামক লূপশিন্দুনা য়াওশিল্লুবদগী মহাক্কী সেন্সিব্লিটিদা ফাওরকপশিংদু নীংথীজনা কেপচর তৌরগা ককথোক-ককশিন তৌদুনা টেক্লিকেল ডিসটিংটিভনেস (technical distinctiveness) হাপ্তুনা শৈরেংশিংদু অপাবশিংগী মফমদা লাম্থোকপা মরম্না শৈরেং হায়বসি কনাগুম্বা কবি অমগী মরোমদোমগী ওইবা পুক্নীংগী পোখোক (mentifact) অমদি মশাগী ওইবা খুৎশেমগী পোখোক (artifact) ওইরবসু মহাক্কী কবিতাদুদা মতমদুগী সমাজদুদা হিংলিবা মীয়ামগী থম্মোয়দা লৈবা, ফাওবা অৱা-নুংঙাই, চৈনা-চৈথেং অদু মাগী সাহিত্যদা ফোঙদোরকপদা নত্তনা ওইফম থোকপা হায়বা মায়কৈরোমদসু কঙাওনরবা মীয়ামদা আশাগী থোঙজাওসু হাংদোকপী। কলাগী মমলদু জেমস জোইসনদি অসুম্না পীনীংই—*The Function of art is to recreate the conscience of the race.* অদুনা কবি নৎত্রগা অইবা অমা হায়বসি লনাইগী অৱা নুংঙাই অদুগীসু মথক্তা সোসিঅল কন্সিয়সনেস (Social conciousness)লৈবা; সমাজ অদুবু নীংথীজনা চেকশিন্না য়েংবা, উবা গুম্বগা লোয়ননা সমাজ অদুগী অৱা নুংঙাইসু মাগী সাহিত্যদা চঙখোন্না ফোঙদোকপা ওন্নবতদা সাহিত্যগী পোখোক অদু মীয়াম্না মমল য়াম্না লৌনরক্নুনা কবি অমগী মশা মরোমদোমগী শৈরোলদু মানবতাগী ওইবা মীৎয়েংনা মফম অমদি মতমগী গুমখৈদগী লাম্থোকখিদুনা অপূনবা মীওইবা জাতিগী মরল ওইখিবা গুম্মী।

T S Eliot কী *present is directed by the past* হায়বা মীৎয়েংসি থম্লগা হৌজিক হায়বসিবু খঙনবা হোৎনবদা হৌখিবা চঙবনা কবি লনচেনবা মীতৈগী শৈরেংগী মশক লেপ্লবা হোৎনরকপদা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎ অসি শম্নপ্না নৈনরবদি কবিবু মশক খঙবদা হেন্না ময়েক শেংগনি। কুনশুবা চহীচাগী হৌরকপদা শতাব্দী অনী শিথরুরবা মণিপুরী লোন, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিবু নৌহৌননা হিঙ্গৎনবগী ঈহৌ অমা লাকখি। মতমদুগী সমাজদা রাজনীতি, অর্থনীতি অমদি সংস্কৃতিগী ওইবা চৈথেং কয়া লৈদুনসু মদুগী ময়েক শেংবা খোল্লাওদি মণিপুরী শৈরেংদা তাবা ৱাৎলবসু অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মেকরশিং অসিনা মমালোন *মণিপুরী* গী মতীক-মগুণ শক-শোন্দুনা ৱাংনা থাঙ্গৎপগা লোয়ননা চাওখৎনবা হোৎনবা, মীওইবা অমদি প্রকৃতিগী পোৎলমশিংগী মরক্তা লৈনরিবা অচেৎপা মরী উৎপা অমদি লনাই মীওই অমগী পুক্নীংদা লৈবা কল্পনাগী লৈরাংবু মকা লাম্না শাৎকাইহনবা *রোমান্টিসিজম* গী ইৱায়-ইনিলনা মণিপুরী শৈরেংদা নিনখি।

অনীশুবা পৃথিবীগী লাণ্ডাও মতুংদদি খোঙচৎ থুনা হোংলক্লিবা সমাজ, রাজনীতি, অর্থনীতিগী ফীভম হোংলকপগা লোয়ননা পূম্নমকসিগী ইথিলনা পুন্সিগী মশকসু হোংহল্লকপনা মতমসিগী কবিশিংগী সেন্সিটিভ (sensitive) ওইবা থম্মোয়দা য়ৈক্নবদা অনৌবা মুড, অনৌবা মফোঙদোক থোবকপগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদা *মোদর্নিতি* হায়বসি থোবকখি। সেভেন্টিজকী মতম য়ৌবকপদদি অনৌ-অনৌবা কবিশিং থোবকপগা লোয়ননা মোদর্নিতিগী মশকসু হোংলকখি। মতমসিগী কবিশিংনা হ্যুমেন ভেল্যু পুংমাঙ মাঙথ্রবা, মীওইববু এগজিস্টেন্সকীদমক লাম্থেংনবিবা বাইওলোজিকেল এনিমেল অমগুম্নতমক লৌবক্তুনা মীওইবগী তশেং-তশেংবা মশক (actuality of human being) উৎনবা হোৎনবকপদা চৎনবী, থাজনবী, হেন্না চাউবা শক্তি (supernatural force) অমদা থাজবা অমদি মোবেলিটিগী ওইবা মফিজেৎ পূম্নমক লৌথোক্তুনা লংথোকথ্রগা মীওইববু ইকোক-কোক্লা য়েংনবা হোৎনবকখি। মরমদি মখোয়না সমাজদা হিংবদা, উক-তাক্নবা পূম্নমক্তা নীংবা কাযবা, আশা মাঙবা, নাইতোম তাবা, পুন্সি মচেৎ মচেৎ কায়থবকপা (fragmentation of life) অসিতমক ফংই। মখোযনা রোমান্টিক পেবডকী ওইবা লনাই মীওই অমগী পূক্নীংগী মনীংতম্বদু হেন্না মফম পীবকখি।

চৎথরক্লিবা শৈবেংগী খোঙচৎ অসি মবিফুগী অথেঙবা য়ৌবকপদদি নৌনা থোবকপা কবিশিংগী রাখলগী মওং (attitude), শৈবেংগী মতৌ (poetic temprament), মফোঙদোক (technique) তা মমাঙগী ঈচেলদগী অহোংবা মশক অমখক থোইদোক্লা নহা ওইবিবা কবিশিংগী খূৎইদা থোবকখি। মসিমক্তি মতমসিগী সমাজ, পুন্সি মহিংনা পীবকপা ইতিহাসকী লীশাং শীৎপা রাখল পবীং অমগী যুম্ফমদগী শাগৎলকখিবনি। অপীকপা চৈথেং খবা নংথ্রবসু মণিপুরনা জাতি মযামগী মবক্তা মশাগী মনীংতম্বা ঙাক্তুনা মরোমদোম তবামাপলশুবা চহীচা ফাওবা লৈবকপদু খৃঃ ১৮৯১দা বৃটিশকী মখুৎতা মাযথীথ্রবা মতুং খৃঃ ১৯৪৯দা ইন্দিয়াদা তিনখিবদগী লমদমসিগী আইদেন্টিটি তাক্লবগীদমক পলিটিকল পার্টিজ অমসুং সোসিঅল ওর্গনাইজেসন্স (political parties and social organisations) লিংখৎনবকখিবা, মীয়াম্না তান্দুনা পার্ট সি ষ্টেট ওইবম্বদগী খৃঃ ১৯৭২ দা ষ্টেটহুদ ফংদুনা মশানা মশাবু লৈঙাকচবা অসিগী মনুংদসু রাজনীতি, অর্থনীতি অমাদ সংখ্যাতগী ওইবা ষ্টেটস ফংদুনা ইকায়খুম্নবা মতীক চানা ফংবা ঙমদ্রে খনবদগী হান্না লৈঙ্গবম্বা, হিংজবম্বা পুন্সিরোল অদু অমুক হিঙ্গৎহল্লবতদা জাতিশিংগী মবক্তা ইকায়খুম্নবা ফংবা ঙমগনি খনবদগী জাতিসিগী য়েলহৌঙৈদগী লৈজবম্নবা জাতিসিবু মশক তাক্লিবা লোক সাহিত্য, লাইনীং অমদি সংস্কৃতিগী মচলনচিংববু যোকখৎনবা হোৎনবগী লীশাং শীৎপা রাখল পবীং অমা হৌজিক্কী সমাজসিদা হিংলিবা সেন্সিটিভ ওইবা মীওইশিংগী রাখলদা শাগৎনবকপা মতমনি। কবি লনচেনবা মীতৈ নাইনটিজগী মতমদগী চেম্থবক্লিবা অনৌবা শৈবেংগী ঈচেলসিদা বিলোং তৌই। অনৌবা শৈবেংগী খোঙচৎ অসিবু অসুম্না মশক তাকইঃ

আধুনিক কবিতাগী ঈহৌগী মতুংদা লাকখিবা অতোপ্পা জেনরেসনগী শৈরেংশিংদা অহোংবা লাক্লে। ... মখোয়গী মীৎয়েং, ৱাখল, রেসপোন্স অনৌবনি। মখোয়বু আধুনিক মতুংগী কবিশিং কৌবা য়াই।[১]

অমুকসু লনচেনবা মীতৈগী ছি নওবু হোন্দেদা হায়বা লাইরিকসিদা ন্যেসনেল সাহিত্য একাদেমি এবার্ড পীবগী সাইটেসন (Citation) দা লাইরিকসিবু অসুম্না শীংথাই :

His style is homely and simple yet capable of bringing out the conflicts between tradition and post modern elements.

অদুনা কবি লনচেনবা মীতৈ মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচত্তা নোংচুপলোমগী মীৎয়েংদগী ক্যেরেক্তরিষ্টিকেল্লি য়েংদুনা *রোমান্টিসিজম, মোদর্নিজম* অমদি *পোষ্ট-মোদর্নিজম* হায়বসিগী মনুংদা অকোনবগী *পোষ্ট-মোদর্ন* (আধুনিক মতুং) কবিনি হায়বা ময়েক শেংনা তাকই। কুনশুবা চহীচাগী অহৌবদগী হৌজিক ফাওবসিদা খেন্নবা শক্লোন অহুমসি মণিপুরী শৈরেংদা উবা ফংলি। কলা হায়বসি হোংবা নাই, পুন্সি অমসুং সমাজসু অহোংবা নাইবনা। সাহিত্য কলাগী জেনর অমা ওইরিবা শৈরেংসু হোংবা তাবনি। কনানা থিংলুবা ঙমগনি । হোংবা তাবনি অহিংবা মীওইবগা লমজেল তান্নদুনা চৎমিন্নরিবনি কলাদি, করিগুম্বদনা মমাঙ থাদুনা পুন্সিবুসু লমজিংদুনা পুবিরিবনি।

লনচেনবা মীতৈগী শৈরেংশিংসি হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগী নাউশুমদা চাউরকপা অমদি য়ুরোপকী কলোনিঅল পেরডতা ইংরেজি সাহিত্য তম্লুবদগী মচু শঙহৌবা য়ুরোসেন্ট্রিক ওইবা অচৌবা লোনশিংগী অইবশিংগী প্রভাব তাবা অমদি মখোয়গী মীৎয়েং অমদি টেক্নিক লৌবা শৈরেংশিং অদুদগী নাম্থোক্লগা মণিপুরী জাতিগী মশাগী চহী লীশিং অনীগী ইতিহাস, থেঙলবদা ৺রানিথোইশুবদগী তরামঙাশুবা শতাব্দীদগীদি মশাগী ওইবা সাহিত্য লৈজরক্লবা জাতিসিগী লোক-সাহিত্যগী মচাকশিং—মিথ, লেজেণ্ড, বেলেড অমদি ইতিহাসকী মপূক চোল্লবা পূরৈদগী চরিত্রশিং অমদি থৌদোক-ৱাথোকশিং, ত্রেডিসনগী মচলশিং লৌদুনা সিম্বোল অমদি ইমেজরিশিং ওইনা শীজিন্নবগা লোয়ননা লৈবাক লৈহাওসিদা ফংবা পোৎলমশিং পুশিল্লদুনা কবিনা সমাজগী ফীভমদা হেন্না নকশিন্না, লূখনা চঙশিল্লকপগা লোয়ননা নুংগী ফীভম্বু অপাবশিংদা কোম্না ফাওনবা ঙমহনবা মফোঙদোকশিং শীজিন্নরকপসিনা মফমসিগী ইন্দিজিনিঅস পীপলসকী মশাগী অশেংবা মশক অমদি খোঞ্জেল ময়েক শেংলক্লি। মহাকী শৈরেংশিংদা মতমসিগী পুন্সি মহিংনা পীরকপা অনীংবা অপাম্বা, পামত্রবা থৌদোকশিংনা ওইহল্লকপা নীংবা কায়বা, পুম্নমক্কু পূক্লীংদা শেমজিন-শাজিন্দুনা নৌহৌননা জাতিসিনা মশাগী শক্তম অমগা লোয়ননা হিংনবা হোৎনরকপা মীওইবগী

১। লৈমপোকপম দামোদর, সমাজ রাজনীতি অমসুং সংস্কৃতিগী ৱাখল্লোননা সাহিত্যদা পীবা ইথিল – শৈরেং, সেমিনারঃ মতমগী মণিপুরী সাহিত্য, লাঃ ১১

পুরীংগী হৌনশাদু উৎপগা লোয়নন়া পুন্সিগী মমলবু বাংই হায়বা উত্তুনা আশাগী খোঙজাওসু হাংদোক্তুনা পুন্সিগী অনৌবা মমল অমদি মফম পীনবা হোৎনরকই।

*আইদেন্টিটি* হায়বা বাহৈসি তোঙান-তোঙানবা কোনোটেসন কয়া পীববসু মপূংদা কনাগুম্বা মীশক অমনা *ঐসিবু কনানো?* (who am I?) হায়না হংজরকপা মতমদা পাউখুম পীনবগীদমক ইশাবু শক খঙজবা (to know ourselves) হায়বসি লাকপদা মতোমতা খোকচরকপনি- *questions concerning the self and its place in the world*[২] আইদেন্টিটিবু মশক তাক্লদুনা হায়ঃ

> Identity is phoenix which rises from ashes to establish emotional securities with which to rest and seek harmony in existence. It is an area of image making and fixing its contours to determine certainties for the self in this uncertain world.[৩]

লনাই মীওই অমগী মশক লৈজবগুম জাতি অমগী অপূনবগী মশক (national collectivity) অমা শোয়দনা শাগৎলকই। জাতি অমনা হিংদুনা লৈবা হায়বসিদা জাতিদুগী মীওই কাঙলূপ অদু হিংদুনা লৈবখক্তনদি য়াবক্তে। মীওই কাঙলূপ অদুগা লোয়নন়া মখোয়গী হৌবকফম, চাওখৎলকপা, কলা, সংস্কৃতিগী মচলশিং অমদি মখোয়বু মশক তাকচবিবা মনাৎশিং, শাশিং, লৈশিং ফাওবা হিংদুনা লৈবা তাবনি। মণিপুরী জাতিগী ন্যেসনেল আইদেন্টিটি (national identity) থিবগী বাফম অসি জাতিসিনা মাগী অকোয়বদা লৈবিবা অতোপ্পা জাতিশিংগী মরক্তা মশাগী মফম নৎত্রগা থাক খন্নজবকপদা, ডিসটিংটিভ ওইবা মশক অমা তাঞ্জবকপদা মতীং ফুদোরকপদগী থোক্লকপনি। আইদেন্টিটিবু অসুম্নসু মশক তাকইঃ

> National Identity ... represents construction of self arising out fantasies, memory and desire, and is given value within a particular culture through the symbolic order of language.[৪]

হৌজিক্কী যুগতা খ্বাইদগী চাউনা য়ানগ্রিবা অমদি মূক্লরিবা বাফমদি জাতিগী মশাগী শক্তম (national identity) গী মতাংসিনি। অসিগুম্বা ন্যেসনেল আইদেন্টিটি থিবগী হীরমসি কমনবেল্‌ঠ লিটরেচর (Commonwealth Literature) দা মরুওইবা হীবম ওইরক্লি। মশাগী শক্তম থিবগী সমস্যাসি-ইন্দিয়া, ওষ্ট্রেলিয়া, নিউ জলেণ্ড, কনাডা, কেরিবিয়ান, বেষ্ট

---

২। Eric Gould, **Mythical Intentions in Modern Literature**, Princeton, Princeton UR, 1981, p 57

৩। O P Bhatnagar, The Search for Identity in Commonwealth Literature, **Litterit**, Vol 7 No 1, 1981, p 401

৪। Key Schaffer, **Women and !the Bush: Forces of Desire in the Australian Cultural Tradition**, Cambridge University Press, 1988, p 61

ইন্দিজ অমসুং অফ্রিকানচিংবা লৈবাকশিংগী মপূং ওইবা হীরম ওইরি। ন্যোসনেল আইদেন্টিটিগী ক্রাইসিসকী মতাংদা বেষ্ট ইন্দিজগী উপন্যাসকার অমনা হায়খিবা ৱাহৈ খরসি ওহোক্লা পেথেটিক ওইঃ

> Between Europe and Africa there is this desert. How fitting! Between the white and the black this mulatto divide. You cannot cross it, whoever you are and same. You change. You become, in a way yourself mulatto ... looking both way.[৫]

ইংরেজশিংনা ওষ্ট্রেলিয়াদা লাকপা মতমদা ওষ্ট্রেলিয়াগী শক্তম অসি মোংশোং, উচেকশিং, নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা লংখৎলবা ঈমায় অমদি শগোলতমক ওইনা উখি। Adam Lindsay Gordon গী *Bush Ballads, Galloping Rhymes* অমদি Kenneth Slessor গী লৈবাক নীংবগী কবিতা *A Surrender* নচিংবনা জাতিগী শক্তম মপূং ফানা শাগৎলক্লুনা মতুংদা A D Hope না *মালেমদা হিংলিবশিংগী মরক্তা অনৌবা মশক অমা* হায়না ফাওবা শীংথারকই। Res Ingamells না ইংলিস জাতিনা মফমদুদা ৱাইচিলহনবগী মায়োক্তা য়ানীংদবগী খোল্লাও লাউরম্মী। মাগী পমপ্লেট কন্দিসনেল কলচর (conditional culture) দা মশাগী জাতিগী এথনিক আইদেন্টিটিগী চাউথোকচবদু ফোঙদোকই। কনাডাসু মীরমগী শক্তিগী মখা থারুবগী চৈনা Devid Lewis Stein গী *Scratch one Dreamer, Return of Sphinx; Robert Kroetsch* গী *The Words of My Roaring;* Margarat Laurence কী *The Betrayal* অসিনচিংবদা মশাগী শক্তম অমদি মনীংতম্বা তাঞ্জরকপগী ৱাফম য়াওরি। Kroetsch কী **Creation** দা মশাগী শক্তম থিজরকপগী মতাংদা হায়খিবা ৱাফম অমা য়েংবা য়াই – *In a sense, we haven't got an identity until someone tells us our story.* Ann Herbert না মাগী এসে *Poesic: Solitude Rompue* দা হায়ঃ

> Our country has arrived at the first days of creation. Life there is to be named and discovered; the obsecure features are possess, the silent heart that is our, the whole landscape extending before us waiting to be inhabited and possessed.[৬]

F R Scott না *Laurentia Shield* দা মরৈবাক্তা শন্দোক্লুনা লৈরিবা উনগী মথক্তা নুংশানা খংয়ৈ য়ৈরকপদা লোইনাইদনা অচীকপা অমা শন্দোরকপা;অচীকপদুনা করিনো অমা হায়রি মদু মরৈবাকচাশিংনা তাবা ঙমদে হায়বা খনখি। মদুগী পাউখুম Patrick Anderson না মাগী শৈরেং *Poem of Canada* দা পী– *মরমদমগী মীয়াম্না খোঞ্জেলসি থম্মোয় শেংনা নুংয়ৌনা তাবা ঙমদ্রবদি মশাগী শক্তম মাঙখিবগী অৱাবা মখা তানা লৈখিনি*। নিউ জলেণ্ড, ইন্দিয়া,

---

৫। William Denis, Other Leopards, 1976, Pp 208-9

৬। Robert Kroetsch, Creation, 1965, p 17

অফ্রিকা, কেরিবিয়াননচিংবসু মশাগী শক্তম থিরক্লি। নিউ জলেণ্ডদা হান্না খুন্দাদুনা লৈরম্বশিংগী শক্তমদা মাইগ্রেট তৌরকপশিংনা অনৌবা শক্লোন পী। Allen Curnow না মাগী *Victim* হায়বা শৈরেংদা মশাগী শক্তমগী ময়েক শেংদবা অমসুং নুংনাংবদু উৎলি। ইন্দিয়ানশিংগী পুন্সিদা বৃটিশনা চহী চনী হেন্না পাল্লম্বগী ফলনা য়ুরোপিয়ানগী পুন্সিগী মীৎয়েংদগী শাগৎখিবা সাহিত্যগী য়ুম্ফমদুগী মায়োক্তা লালহৌ তৌদুনা মশাগী জাতিগী ওইবা শক্তম থিজরকপগী লম্বী অমদা ভারতকী সাহিত্য লাক্লি। R K Narayanan, Amitab Ghost, Raja Rao, Mulk Raj Anand অমসুং B Rajan নচিংবগী খুৎইদা মরমদমগী মনাৎ (ethnic culture) না মাঙখিবগী চৈনাখোল পুবা শৈরোলনা থম্মোয়গী তোর্ব্বানশিংদা ঙাথু-থেংথুরি। বেষ্ট ইন্দিজনা নীংতমদ্রিঙৈগী মমাঙদা অফ্রিকা, এশিয়া অমদি য়ুরোপক্তগী লাকপা জাতিশিংগা তোৎশিন্নদুনা মীরমগী খূৎ মখাদা লৈরম্মী। মখোয়গী ত্রেডিসন লৈজরমদে ইন্দিয়ান অমসুং অফ্রিকানশিংগী লৈজবগুম্না। লোইলম মপুশিংনা মখোয়গী মনাংনা অফবনি হায়না য়াহন্নবা হোৎনৈ। Michael Antony না মাগী *The African Child* দা আইদেন্টিটিগী প্রোব্লেম উৎপগা লোয়ননা প্রেজেন্ট ইনভাইরনমেন্টতা হিংবা ঙম্ম বগী বা পল্লি। Denis না মজাতিগী আইদেন্টিটি থিবদা চৈনাখোলগা লোয়ননা হায়খি—*I am a savage, shadowless.*

মীতৈ জাতি (ফুরুপ) গী মশাগী এথনিক আইদেন্টিটি, ইথোজ অমদি কলচরগীদমক লাংতক্লবা ফোঙদোকপনা লনচেনবগী শৈরেংগী মপূং ওইবা হীরমনি। *লোক্তাক পাৎকী ফুম, ঐ অমসুং ইম্ফাল, খোঙউপ অমসুং খোঙমোজা* অসিনচিংবা শৈরেংশিংদা মদুগী মমি ময়েক শেংনা তারি। মীতৈ জাতিগী কলা সংস্কৃতিগী লনগৈ ওইরিবা লোক্তাক; মোইরাং কংলৈরোলগী লাংওন (incarnation) মাপলগী নুংশি বারীদা কায়ন পিরাংনা ঈচাও থোক্লবা, জাতিসিগী মহাকাব্যগী ঈহৌরকফম ওইরিবা সংস্কৃতিগী অচৌবা মফম কল্লিবা পাৎসিগী পান্নৈ শীজিন্নদুনা আইদেন্টিটি ক্রাইসিস পুথোরকই অদুগা মমৈথংদা ইশাগী আইদেন্টিটি ঙাকপা ঙম্বা অচঙবা জাতি ওইসি হায়রকইঃ

> কান্নদে
> ঐখোয় ফুম মরক্তা অচঙবা ফুম ওইসি
> মতম চুপ্পা হিংদুনতা লৈবা ঈপাকসিগী লেঙদবা ফুম
>
> *হিঃ নঃ হোঃ লাঃ ৯১*

*ঐ অমসুং ইম্ফাল* হায়বা শৈরেংদা ইম্ফালবু কুমাবী ওইরিবী, লৈশারিবী ওইনা লৌরগা অচৌবা শক্তিনা নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবিদুনা ইম্ফালগা ঈগী মরী লৈনজবা মচা অমবু মমা ইম্ফালদগী লাপ্না তাম্বোকপিরক্তুনা মশাগী মমালৈবাক মরমদমদা মশামক মীতোপ ওইরকই। মশাগী

আইদেন্টিটি লৈজদ্রবা ময়ূম -মকৈ লৈজদ্রবা ওইনা লবূক-লক্মাংদা লৈ। মসি মীতোপ্পা ইম্ফালগী মফম পূম্নমক্তা দোমিনেট তৌখিদুনা ইন্দিজিনিঅস পীপলসকী মফম অমদি আইদেন্টিটিনা মাঙশিন্নকপগী শাফূ লৈরবা মফোঙদোক্লি। পাঙ্গল থোক্ত্রবা লমদমসিগী ঈশিং-নুংশিৎ, লৈবাক-লৈহাওদগী নাউপুদুনা চাউজরকপা মচা অমনা পিরাং শীহ্নুনা তেংথাজেঃ

“ঐ অমুক হন্না ননাক্তা লাক্লরোই।
মতম চূপ্পগী ওইনা নঙবু থাদোক্লুনা চৎলগনি।
নশুংলাংগী মৈনুংদতা চোংশিন্নীংবগী
মল্লবা হৈনবীগী ফিজোলসিতা নৎতনা
পোকপদগী শাগোন্নরক্লবা
নঙবু নুংশিবগী শেংলবা ফিজোলসিমসু
লৌথোক্লুনা লংথোকপ্রগনি ইশাদগী অমত্তসু খাক্তনা”।।

*হিঃ নঃ হোঃ লঃ১৮-১৯*

মশাগী খোয়রী নাউফম তাফম ওইরিবা লমদমসিদা পোকপদগী মশাদা শাগোন্নদুনা য়াওরন্নবা মরমদসু নুংশিজবা, মফমসিগীদমক শিজনীংবা ব্রাখলসি খল্লুবা তৌদনা মশাদগী লংথোকখ্রগে খন্দুনা *হায়ওম তমওমদবা অমদি উবা ফংদবা ব্রাখলতনা শাগৎপা ওমখৈ অমগী অসোম ব্রাংমদা অসুম চেল্লি* অদুবু অমম্বা লৈচিলনা কুপ্পবা পূক্নীং অতিয়াদগী ফাওদোক্লুনা লাকপা *নুমিৎকী শেংনা লংলবা মঙালনা* খোঞ্জেল ওইদুনা তেংথারকই — *অথাপ্পগী তেংথাখোলসি খোয়জঙনা অমুক্তদি তাখোদনা ...* মতমদুদা মরমদসু থাদোক্লুনা চেঞ্জরবা মহাক্কী নাকোংদা ইম্ফালনা নুংহিক্লা পিরোয়নবা খোঞ্জেলনা তেংথাবা তারকই *ইপাম মৈহৌরে খাম্বী মৈচাক্লে পারী ইমোম লৈতবরা খাম্বী মৈকল্লো ।।* শৈরেংসিদা মৈতৈ জাতিগী মশাগী অশেংবা শক্তম (এথনিক আইদেন্টিটি) মাঙশিন্নকপগী নুংনাংবা ফোঙদোকপা, ত্রিপুরাদা ত্রিপুরী মাঙখিবগুম মণিপুরদা মণিপুরীশিংগী মফম মাঙপ্রগদ্রা হায়বগী শাথীরবা চিংনবদু ফোঙদোকই। অতোপ্পা শৈরেং *খোঙউপ অমসুং খোঙমোজাদা* মশাগী নাৎ, ধর্ম্ম, মশাগী এথনিক আইদেন্টিটি অমগা লোয়ননা লৈজরকপা মণিপুরী জাতিবু ইতিহাসকী অচেংবা তাঙ্কক অমদা ইখঙ-খঙহৌদনা হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৌরুবদগী মণিপুরী জাতিগী মশাগী অশেংবা শক্তম মাঙখিবা উৎলিঃ

মরক্তুদনি
নঙনা ঐবু ইয়াদা কবাক খল্লগা
নমশিন্দুনা থম্বীখিবা হঞ্জিন-হঞ্জিন
চেংলবা ইঙকশমসি পায়দুনা

*হিঃ নঃ হোঃ লাঃ ৫৩*

*মণিপুরী লোন* অসি অমাংবা লোননি হায়না অনৌবা লৌরুবা ধর্ম্মগী ফলনা লোনসিবু ধর্ম্ম

কর্ম্মগা মরী লৈনবা হীরমশিংদা ফাওবা শীজিন্নহল্লমদবা *মতমদুদা মাঙখিবনি ঐগী ইশক ইচু অমদি অশেংবা শক্তম* অসুম্না মণিপুবী জাতিগী মশাগী ওইবা অবিবা লাইনীং লম্বী মাঙখিবনা, সংস্কৃতি অমদি জাতিসিগী শক্তম মাঙখিবগী নুংঙাইতবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা অমুক হন্না রিভাইভ তৌবা পান্না পূক্লীং মতা উৎলকই।

*লোইনাইদবা মীৎকপ অমদা সনরেম্বী* হায়বা শৈরেংদা মীতৈগী ফোককী লঙ্গেদা লৈরিবা সন্দ্রেম্বী চাইশ্রাগী রারীগা হৌজিকী মণিপুরী সমাজগা রিলেভেন্ট (relevant) পীদুনা ফোক ইল্যুজন শীজিন্নদু। সনরেম্বী মমাগী থবায়না ওনখিবা থেঙ্গুবু ঈশিং অশাবদা ফুক্তুনা মখ্বাঙদগী মঙক, মঙক্তগী মকোক য়ৌশিল্লকপা, হেন্ন-হেন্না লুশিল্ল া ফীভমসিদা ঐখোয়না ইমাবু কনবা ঙমদনা মৃ ক্রগদ্রা মিপাইজরবা কবিনা মশাগী জাতি নৎ । কাঙলূপকী শক্তম্নু পৃংমুৎ মূৎখিগদবদগী কয়বা— *সনরেম্বী মমাবু কনশি ঐখোয় হিংসি* রি। কবিনা সমাজদা মী ওইবা জাতিগী মশাগী ওইনা অশেংবা শক্তম থিরকপদা থেংখাঙ ।দা লম্মুক্লরকপা পুন্সি অমসুং সমাজবু অরানবগী মায়থোঙ চরোং ওইনা উরকপা, সমার্জগী মনুংদা মহাক্লা অতোপ্পা সমাজ অমা আশা তৌরকপা; পুন্সিবু তশেংনা মীতাজরবসু হিংলিবা পুন্সি মহিং অসিগী মনুংদা মশা য়াওশিনবা ঙমদবা, সমাজগী পুন্সিগী মমলনা হিংবদা লৈব। অদুগা কবিনা পামজরিবা পুন্সিগী মমলনা বাখলদা লৈবা অদুনা কবিনা পান্নিবা সমাজ অদুবু ফংা লামদুনসু ফংবা ঙম্লক্তবনা কবিগী শাথীনা নীংবা কায়বা খোঞ্জেল খোক্লকইঃ

ঐখোয় শানি
কৈদৌনুংদসু মী ওইখিদে হায়বসি ইতিহাসনা শাক্কিনি
ঙসিগী মীৎকূপ কাংদনা খোক্লিবা
মীশি মীনা অমদি মীওৎ মীনৈশিংসিনা শাক্কিনি ।
ঙন্নমক নোংম-নোংমগী শারমচৎকী মতীক ময়াই ফূদোরকপনি ।
মসিনি
মীওইবগী মমিংদা হিংলিবা ঐখোয়গী অশেংবা আইদেন্টিটি
ঐখোয়গী কলচর অমসুং ঐখোয়গী ট্রেদিসন।।

*হিঃ নঃ হোঃ লাঃ ১৪-১৫*

কবিগী শাথীনা নীংবা কায়বগী মচেৎ মকায় ওইবা খোঞ্জেল মতাং খরদা তাবা ফংলবসু অরোইবদা কবিনা আশাগী থোঙজাও হাংদোকই। পূক্লীংগী অচেৎপা থাজবা অমনি উৎলিবসি। *হি নঙবু হোন্দেদা* হায়বা শৈরেংসিদা *শৈরেং*বু বাহৈগী হি ওইনা শাগৎলক্তুনা থবায় মমি শান্নবা যুগসিগী মীয়ামগী মরক্তা অচঙবা থবায়শিংবু হোল্লিবনি হায়বগী মীওইবগী বাখলদা থাজবগী মমল অমা পীনবা হোৎনরি। সাহিত্য কলাদি পুন্সিগী অওইবা মশক উৎপদা

নত্তে ওইফম থোকপা মশকসু উৎপনি। লাইরিক্কী টাইতল পোইম অসিমক্তি জাতিসিগী সংস্কৃতিগী লনগৈ ওইরিবা লাই হরাওবগী থৌরমদা শকপা *হিজিং হিরাউ* গী লোন, শুর অমদি মফোঙদোক লৌরগা মশাগী ওইবা মীৎয়েং অমদি অর্থ পীবতা নত্তনা অরিবা মণিপুরী শৈরেংগী যজবগী মায়খুম অমা নৌহৌনা হাংদোক্কুনা মণিপুরী পোইটিক ত্রেডিসনগী চীং - লেম্বা মশক অমসু উহল্লি। ত্রেডিসনবু ইন্দিবিজুঅল অমগী টেলেন্টনা নীংথীজনা শীজিন্নবা ওস্বগী খুদম্নি; পূম্নমক অইবগী পোটেন্সিঅলিটিদগী পুথোরকপনি। মশাগী জাতিগী অশেংবা শক্তম থিজরিবা অমদি মদুবু চেৎনা নাউকোঙরিবা কবিনা হায়রিঃ

হি
ঐগী বাহৈগী হি
নঙ চৎলু
খোঙজেল য়াংনা চেল্লু।
মপাল নাইদবা ঈপাকসিগী
হূ চেল্লবা অকনবা ঈথক ঈরৈ মরক্তা
য়াই থারবা ঙাগুম লূপফেৎ-লূপফেৎ তাউরিবা
মশীং খঙদ্রবা অশিবা হকচাংশিংসিগী
মরক খায়না চৎলু॥

*হিঃ নঃ হোঃ লাঃ ৯৯*

অদুগা থিরি অরিবা মরুদা চোংলকপা অনৌবা ময়োলগী অর্থ। শৈরেং অসি ইখিবগী মতাংদদি কবিনা হায়ঃ

> শৈরেংসি ইনবগী inspiration পোকহনখিবদি উরিষ্যাদা হিন্দী সংস্থা সংস্থনা শীনবা লেখক শিবির অমা য়াওবা চৎলুবদা জগনাথ ক্ষেত্রগী সমুদ্র মপান্দা হি ময়াম হোনবগী দৃশ্যদুনি। মদুনা ঐবু পূমশুম শুক্কৎখি। য়ুমদা হল্লক্লগা লাই লৌখৎপগী থৌরম অমদা অয়ূক মাইবীনা খয়োম লাকপা লোইরগা হিজন হিরাউ শকপা তারুই। মসিগী দৃশ্য অনীসিনা পূন্দুনা শৈরেংসি ইহনখিবনি।[৭]

শৈরেংসিমক্তি *লাই হরাওবগী* শরুক অমা ওইনা খোয়য়ুম কংলৈ মগুমাওদা খুঙ্গাও লৈচাওনবা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীবু মনাইশিংনা বাকয়ৈ হিদা হাপ্পুনা হোনবদা শকপা ঈশৈ অমনিঃ

হি ও হিয়ো

---

৭। আর জে মীতৈ অমসুং ইমোজিৎ নিংথোম্বম, কবি লনচেনবা মীতৈগা উনরুবা, *য়েঙ্গীং,* (সম্পাদক)বিদ্যা বাচসপতিময়ুম, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা, অনীশুবা মশীং, লাঃ ২৭

হি নঙবু হোনদেদা
লাইয়িংথৌবু হোন্‌বনি।
হি ও শম্‌দে, কবেংঙা কবেঙা।
হিয়ো হি ও
হি নঙবু হোন্‌দেদা
লাইবেম্মবু হোন্‌বনি।
হি ও শম্‌দে তাবেংঙা তবেঙা।
খুঙ্গাউ লৈচাউনবা হোন্‌বনি।
লৈবাক্‌ মবা তপ্পবা হোন্‌বনি।
নিংথৌ পুন্‌শিনবা হোন্‌বনি।
চাক্‌হোঙ ঙাহোঙ্‌নবা হোন্‌বনি।
পাবি শৃকতানবা হোন্‌বনি।
ঈমোম্‌ শোইতানবা হোন্‌বনি।
কুম্‌বী কোংয়াং চাদূনা লাপোৎ শিঙ্‌পোৎ পুদূনা
ওঃ ওঃ লাংগা হিহোল্‌লে।
চোথে কুম্‌লং শিবীনা লাৎপোৎ শিঙ্‌পোৎ পুদূনা
ওঃ ওঃ লাংগা হিহোল্‌লে।[৮]

কবিনা মাগী শৈবেংদা মণিপুরী জাতিগী শক্তাকপা য়াবা মীশক অনীথক লৌখৎলি। অমনা রাজনীতি অমদি সাহিত্য কলাগী লমদা মজাৎিবু পুখৎনবা হোৎনবম্বা জননেতা হিজম ইরাবত অমনা হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা চৈথেংনা মাঙথকথবা জাতিসগী সংস্কৃতিগী যাঙলেন শক ওইবিবা অবিবা লাইনিং *সনামহী লাইনীং*থু নৌনা হিঙ্গৎহন্নবা হোৎনবম্বা নাওবয়া ফুলোনি। মখোয় অনীমক অনৌবা মণিপুরগী শীংথানীংঙায় ওইববা ইাঁ ণহা পকী চবিব্রাশংনি। কবিনা ওদ (ode) হাযবা মখলসিগী শৈবেং তবানীথোইগী পূর্নাশনবা লাইরিক *থম্মোয়নুংদ*গী হাযবসি তোঙান-তোঙানবা ইতিহাস, অমদি পুযাগী চবিএশিংগী খুদা মণিপুর সমাজদা থোক্লবা চবাংনবা লৈতাফম খণ্ডবা জাতিসিগী শক্তম অমদি মনাৎ মাঙথবকপগী লাং ণক্লবা উৎপনিঃ

> শৈবেংশিংসিগী যূম্ফম শাগৎপদা ইতিহাস, পুরান, পুযা, দর্শন সাস্ত্র অমসুং লোক-সাহিত্যনচিংবগী মরী লৈনবা রাফম, থৌদোক বাথোক অমদি রবীশিংদগী মচাক খবা লৌশিঙ্গববসু শৈবেংশিংসি ওশেংবদি অইবগী কল্পনানি।
>
> *থঃ লাঃ ১*

*অইবগী কল্পনা* হায়বসি ভাবনা শাগৎলকপদুদা সমাজ অমদা তিংলিবা পুন্সিগী লেঙদ্রবা নুংগী

। ঙাবিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ, মৈতৈ লাই হবাওবা, লাঃ

ইথিল অদু ফোঙদোকপা অদুনি কবি অমগী মফমদা *পোইটিক ট্রুথ* হায়রিবসি।

*নাওরিয়া ফুলো* হায়বা শৈরেংদা লাইনীংহল ফুলোনা ধর্ম্মগী ওইবা মায়কৈদা বৈষ্ণবিজম লৌরুবদগী জাতিসিগী হৌফম, ইতিহাস অমদি সংস্কৃতিগী মশক্তা জাতিসিগী ময়েক, মচু শেংবা মশক মাঙখিবদু নৌনৌননা হিঙ্গৎহন্নবা হোৎনবা, মীতৈশিংনা মশাবু মশক খণ্ডজবা ঙমদবদু পেরাদোল্লিকেল্লি ফোঙদোকই:

নঙগী মীতৈশিংসি
পোক্লকপদা অমত্তসু হিংলক্লেদকো।
মশানা মশাগী অশিবা হকচাংবু লেংথোংনরদুনা
কোয়চৎ চৎলি য়ূমথোঙ য়ৈনা
মশামক্কী মমিং হংল-হংলদুনা।।

*থঃ লাঃ ৪৪*

মীৎয়েং অসিগা য়াম্না মান্নবা থোকপা শৈরেং অমা য়েংবা য়াই:

Something in me is lost forever lost,
Some vital thing has gone out of my heart,
And I must walk the way of life a ghost
Among the sons of earth, a thing apart.
For I was born, for from my native clime.[৯]

য়ুরোপকী লোইলম শন্দোকপশিংগী লোইলম মখাদা অফ্রিকানশিংগী জাতিগী মশক মাঙখিবনা মশানা মশাবু মশক খণ্ডজদ্রবা জাতি অমা ওইরক্তুনা পোকচমলগী মমল ফংবা ঙমদবদু ফোঙদোকপনি। কুচু মুবশিংগী অপাম্বদু ময়েক শেংনা ফোঙদোরকই–*Black love is black wealth.*[১০] মরমদমগী অরিবা লাইনীং-সনামহী লাইনীংবু হিঙ্গৎহন্নীংবগী ৱাখলদু লনচেনবনা সবটল ওইনা ফোঙদোকপনি। শৈরেংসিদা মশাগী হৌফম, লাইনীং, সংস্কৃতি খণ্ডজদবা, মশাগী আইদেন্টিটি মশক খণ্ডজদবা মতৌবু *য়ূমথোঙ য়ৈনা মশামক্কী মমিং হংল-হংলদুনা* চৎপনি লৌই। মপালগী চৈথেংনা মশাবু মশক খণ্ডজদবনা কাঙলূপসিগী অরিবা পুন্সিরোলবু মশক তাক্লিবা থাইনগী নোংইননা *নোংইন* ওইনা শাখপ তৌইরক্লবসু মীতৈশিংগী পূক্লীংদা মশামক্কী পুন্সিরোলদা হঞ্জিন্নবা হোৎনদববু পেন্দবা ফোঙদোকই। মরৈবাক্কী পুন্সিরোলবু হিঙ্গৎহন্নীংবা কবিনদি কল্পনা তৌরিঃ

লুতুং শম্নুন্নরিবী মীতৈ নূপী খূদিংমক্লা নঙবু
মশাগী শিয়োম্নুংদা নাউপুজনবগীদমক

---

৯। Claude Mckay, Outcast, Dudley Randall (ed.) **Black Poetry**, Broadside Press, fift Printing, Oct 1972, p 5

১০। Nikki Giovanni, Nikki-Rosa,, Dudley Randall (ed.) **Black Poetry**, fifth Printing, Oct. 1972, p 48

ঙাইহৰি ঙসিদি নঙবু।

*থঃ লাঃ ৪৫*

জাতিসিংগী লৌমী-শিমী তুশোল্লবশিংগীদমক থৌনা ফনা লেপ্তুনা মায়োক্লখিবা অরোইবদা থবায় ফাওবা কখোকপ্রবা জাতিসিংগী লুচিংবা জননেতা ইরাবতনা ইরম্বা *ডিসেম্বর* ১২ হায়বা ইমাগী পূজা দা য়াওবা শৈরেংসি খৃঃ ১৯৩৯ দা থোকখিবা অনীশুবা নুপীলালদা মীতৈ নুপীশিংনা খুৎশেমগী চক তাঙবগী মায়োক্তা *হৌখিবা ঈহৌবু* নীংশিংদুনা হায়রি — *ডিসেম্বরগী* ১২ *অমা হৌখ্রে ডিসেম্বর* ১২ *অমা লাক্লে*। লনচেনবা মীতৈনা জাতিসিংগী মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবতপু নীংশিংদুনা মহাক্কী শৈরেংসিগী বাহে-বাতা অমদি মীৎয়েং *লৌদুনা নুপীলাল হৌবা* য়াবা সমাজগী ফীভম কয়ামুক নাম্থোকপ্রে অদুবু ঈহৌদু শাগৎলক্রে হায়বনি। জাতিসিংগী ইতিহাসতা সনাগী ময়েক্লা ইদুনা লৈপ্রবা তাংফম অনী *নুপীলাল* অমদি মণিপুরগী *অরোইবা নীংতম লাল* নি। নুমিৎ তাবা নাইদে হায়নরিবা বৃটিশকী নোংমৈ চীন্দোন্দা থবাক লোংনা য়াদুনা লেপখিবা পীক্লবা চীংলৈবাকসিগী অথোইবা মচা, পেত্রিওটশিংবু নীংশিংদুনা আগষ্ট ১৩ গী নুমিৎনা লাকপদা অথৌবশিংদুগী *খোঙ্জুল লীবা* শৈরেংদা অথৌবশিংগী থৌনাদু হকচাংগী ঈগী খোঙজেলদা য়াওদুনা, হকচাংগী মীহুলদা ফাওহন্নীংই। শৈরেংসিদা মরৈবাক্কী মনীংতম্বা পুন্সিগী মথক্তা চৈথেং পীবিবা অকনবা শক্তিগী খুবামুংদগী জাতিসিংগী মশাগী মশক ঙাক্তুনা, ইজ্জৎ লৈনা হিংজবা পুন্সি অমা পামজৈ।

*অরাই লৈমা* শৈরেংদা জাতিসিংগী লোক-সাহিত্যগী পূক্লৈদগী— সোবারেনগী মচানুপী তরেৎনা মুংয়াম চাউবগী লৌকোলদা লৈবা থরো থম্বাল শাৎপা পুখ্রিদা ঈরোয়দুনা শান্নবদা মুংয়াম চাউবনা মচীন-মনাওশিংগী অতোম্বী, থোইদোক্লা শক্তা গুনদা চঙখোনবী অবাইলৈমগী মফি লোৎশিল্লগা তাল্লোই শীংদা চল্লবা মতুংদা লংথোকপিখি। মথংগী মপোক্তা মুংয়াম্বনা পুরেম্বা ওইনা লাংওল্লবদা অরাই লৈমনা লাংওল্লকপী ঙাংখলৈমবু পুবেম্বনা ঙাংখ খুন্দগী ফাবক্লবা মতুংদা মোইবাং নিংথৌগী তালোই ওইনবা পীথোকখি। মতুংদা তোর্ববুংদা পাম্বা কৈবেলগী মখয়াক্তগী মথবায় কনবিবগীদমক নিংথৌনা ঙাংখলৈমবু পুবেম্বদা পীখিবা। লোক-সাহিত্যগী মনুংদা য়াওবা খম্বা থোইবীগী পর্সনেল লেজেণ্ডগী বারীসি লৌশিল্লি। অইবনা কাউনখ্রবা জাতিসিংগী পুয়া, ইতিহাস অমদি লোক-সাহিত্যগী চরিত্রশিং, থৌদোকশিংবু নৌহৌনা হিঙ্গৎহন্দুনা থবায় পালহন্দুনা জাতিসিংগী মশক শাগৎপদা মপূং ফাহল্লি। অইবনা শীজিন্নরিবা লোক-সাহিত্যগী চরিত্রশিংদি — অবাং পাখং য়োইরেনবা (সোরারেন), কবুই কৈওইবা, খমুং থোঙাবেন, ঙাংখ লাকপা, ঙাসাবা, তোনু লাইহ্জিংলেম্বী, পুরেম্বা, মুংয়াম চাউবা, লাইহ্জিংখু পুন্সিবা, খমুং কিকেন্ট লৌওনবী; ইতিহাসকী চরিত্রশিং — অপোই নানা, ইরাবত, খয়োইরোন, গোমতী, চনু বোজ, তম্ফাম্না, থম্বাল, নাওরিয়া ফুলো, পীতঙ্ঙা, পাচা মীতৈ, মুংয়াম্বা, লুইঙমলা, হোংনেময়োই খুঙ্গাওবা; ইতিহাসকী ওইবা থৌদোকশিং—অমম্বা নুমিৎ (ওক্তোবর ১৫), ডিসেম্বর ১২; ইতিহাসিক

ওইরবা পোৎলমশিং-থাঙ খৌবোম্বা অমসুং তা খমসুনহা, কংলা ফম্বালগী তাইরেন;লাই হরাওবগী নোঙ্গারোননচিংবা অসি মাগী শৈরেংগী ফিজিকেল ষ্ট্রকচর শাগৎপদা লৌশিল্লি।

কবিনা *ঐনা মাঙখিবদা* অমদি *ককঙাওনরুবগী তুংসিদা* হায়বা শৈরেংশিংদা জাতিসিনা শক্তম মাঙশিল্লকপগী লাংতক্লবা ফোঙদোকই। মণিপুরী জাতিনা মতম অমদা মশাগী শক্তম ঙাকচদুনা কলা সংস্কৃতিগা শাগোন্নদুনা হিংলিঙেদা মশাগী লৈজরম্বা মপু ওইবগী চাউথোকচবা পুক্লীংগী সেক্যুরিটি, দিটর্মিনেসন লৈনা হিংজরম্বদু গৌরিয়া বৈষ্ণবিজম লৌরুরবা মতুংদা মাঙখিবদু উৎলিঃ

ঐনা ইথন্তা নাইতোম লৈরিঙৈ
নাপল কাজরম্মী ঈশোং ফনজরম্মী;
অদুবু অমুক্তং নখোয়দা তিনশিল্লুঙৈ
মাঙব্রে ঐ থিফম খঙদনা
নখোয়দগী অসুম্মক খাইদোকপা ঙমদনা।

*য়েঃ য়েঃ লাঃ ৮৭*

মসিদা *মাঙব্রে ঐ থিফম খঙদনা* হায়রিবসি মণিপুরী জাতিনা জাতিসিগী অরিবা লাইনীং থাদোক্তুনা নৌনা বৈষ্ণবিজম লৌরুবদগী মণিপুরী কাঙলূপসি অরানবা মিথ অমদি ইতিহাস শেমজিন্দুনা মীওই কাঙলূপসিগী মশক য়ৌনা খঙহন্দবা; অচৌবা শক্তিগী চৈথেংদা কাঙলূপকী হৌফম-শাৎফম, লোন, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতি পূম্নমক মাঙজবগী ফীভমদা তাখিবতা নত্তনা নৌনা তিল্লুরিবা মখোয়গী মরক্তসু লাইনীং অমদি সমাজগী মায়কৈ পূম্নমক্তা মফম ফংবা ঙন্লক্তবা, *সেন্স ওফ রিক্ননেসন্স* কী খাখলনা ওৎ-নৈরকপা অদু মহাক্কী পরেং মঙানা শাবা, হিন্দীগী দোহা ছন্দগী মমি লাকপা, লিমারিক অমদি হাইকুগুম্না অতেনবা পরেং মঙাগী শৈরেং চামা য়াওবা লাইরিক য়েংলু-য়েংলুবদা দা য়াওবা শৈরেং অমদা ফোসর্ফুল ওইনা ফোঙদোকইঃ

ঐনা চৎলুই ইফমদগী লাপ্না
ইশাগী ইশক ইমিং হোংদোক্লদুনা
অদুবু কনানসু ঐবু কৌবি খঙবিদ্রবদা
ঐনা হল্লকই ইফমদা অমুক লোন্না
'দুবু নঙনদি কপ্লম্মী ঐবু চেৎনা কোল্লদুনা।

*য়েঃ য়েঃ লাঃ ৮৮*

*নঙনদি কপ্লম্মী ঐবু চেৎনা কোল্লদুনা* হায়বসিদা মশাগী য়ুম্ফমদা হঞ্জিঙ্গরকপদা মরমদম (nativeland)গী পুন্সিরোলগা চেৎন-চান্নবা, খাইদোক্লবা য়াদনা লৈরিবা অকনবা ইমোসনেল এটেচমেনদুনি।

জাতিসিগী পুন্সিরোলদা মীয়ানশিংনা নোংম-নোংমগী শরুক কনশিল্লক্তুনা জাতিসিগী পুন্সিরোলদা ফমজাওদা কাখত্তুনা ফমখিবদু *য়ুমদাংনা কৈনাবদা* ফোঙদোরকই। জাতিসিগী

থাজবারী ওইনা লৈরিবা হিংচাবশিংনা মীওইববু ওৎ-নৈদুনা মাওহল্লকপা মতমদা লাইনিংথৌ নোংশাবনা হিংচাবশিংবু মাঙহনবা ঙম্মনবা অকি শক্তম্নরবা কংলা-শাগী শক্লোন লৌদুনা হিংচাবশিংবু ঈখেং তানা চিকথৎখিবা কংলা-শাগী প্রতীক অমা শীজিন্নরিঃ

অঙৌবা কংলাশাগী মফম
অমুব কংলাশানা শিনখিঙে
করিগীনো,
অশুক খেন্নরিবা?
ইনাৎত, খুন্নাইদ, লৈঙাকলোন্দ,

*ফৈ ঃ চিঃ লৈঃ লাঃ ৩১*

শৈরেংসিদা শীজিন্নরিবা কংলা-শাগী প্রতীক (খুদম) অসি কবিনা চাশিন্ননা শীজিন্নবা ঙমদে। কংলা শা অসি *সিম্বোল ওফ জষ্টিস* ওইনা শীজিন্নে। শা অসি সমাজদা অচুম্বা লৈবক্তবগী; মদুনা ওইহল্লকপা অতোনবশিংগী খম থেংনা ওৎপি-নৈবিবগী মীয়ামগী মীকপখোলদগী শাইওনখিবনি। মণিপুরনা মশাগী লৈঙাক লোইশিন্দুনা হেন্না চাউবা লৈবাক অমগী অপীকপা শরুক অমা ওইরুবদগী – নাৎ, খুন্নাই অমদি লৈঙাক্লোনগী অহোংবা লাক্তুনা চৈথেং ফংবদু উৎলি। মশাগী লৈঙাক অমদি মুনবিথ্রবা লৈঙাক্কী মতুংদা মীয়ানগী লৈঙাক অনীগী থোবক্লিবা অহোংবদু *অঙৌবা কংলা-শা* অমদি *অমুবা কংলা-শা* হায়বসিনা পীবিবা মচুগী খেন্নবনা হায়নীংলিবা মিনিংদু পীবা ঙমদে। কংলা-শা অসিমক্তি মণিপুরী জাতিগী ইমব্লেম ওইনা জাতিগী শক্তাক খুদম অমসু ওইরিবনি।

ফুকপসিগী মপা মপুশিংনা জাতিসিগী সংস্কৃতিগী লঙ্গৈ নীংথীজনা কায়দনা থন্নম্বদু লমখাংদা য়ানশিনখিবা সংস্কৃতিগী চৈথেংদা মশাগী মশক মচু থোকখিদবা অমদি অনৌবা মীরোলনা মদুগী চৈথেং ফংবদু উৎলিঃ

নোং য়ুরব য়ুমদুগী কাচিন্দুদ,
পুন্নব মশাদু লেংবা ঙমদবমখৈ,
হয়িং বা বা ইন্ন,
কপলি মখোল্ থোক্তনা অঙাংদু।

*ফৈ ঃ চিঃ লৈঃ লাঃ ৩৮*

কবিনা ইতিহাস, পুরাণ, পুয়া, দর্শন শাস্ত্র অমদি লোক-সাহিত্যগী চরিত্রশিং লৌখত্তুনা ঙসিগী কাঙলূপসিগী মশক মাঙশিল্লকপদগী কন্নবা হোৎননীংবগী অপাম্বা ফোঙদোকই। অইবনা হিন্দু পুরাণ, ইতিহাসকী চরিত্রশিং শীজিন্নরবসু মদু মীতৈ জাতিগী মশক উৎপদা পাম্বে ওইহনবনিঃ

মবমদমগী মচেৎ তাববা ঙমখৈবু কন্ননবা হোৎনবদা

অঙাঙবা ঈখেংদা মথৱাযনা পোম্থা পীখ্রবা

নথানুংগী মচা কযাগা শেংনববী মমা

*থঃ লাঃ ৩০*

বাজনীতিগী ওইবা মাযকৈদা মণিপুবী জাতিনা মশাগী মশক মাঙখিবা ইতিহাসকী খোঁদোক; খৃঃ ১৯৪৯ দা মৈদিংঙু বুধচন্দ্রবু শিলোংদা কৌবগা মণিপুববু ভাবতবর্ষদা তিল্লে গাযবণ সহি তৌহনখিবা, মর্জব এগ্রিমেন্ট অদুনা নং ঐগ ই ংথাগী মথক্তা ননখিবা  নৃং অদুনা মশাগী শক্তমগা লোযননা হিংজবিক্লবা জা  মীঃ মগী পুন্সিগী মথক্তা ননশিল্লকপনিঃ

নৃং

নৃংদা নৃং

নৃংপাক

নৃংজাও।।

নৃ সিগী মখাদা ননশিনখি লাক্লা ফানা ঙমদবা থৱায় অমা। হিংনা হিংনা মীযাম মমাঙদা, ঙম্মী শক্লা।

*হিঃ নঃ হোঃ লাঃ ১*

অসিগুম্না জাতিসিগী পুন্সিদা মঙাল ফংদ্রবা *থামম্না অহিং* অমা লাকখিঃ

নঙদি থমখিবা নংতে অহিংবা থৱায়দুগী মথক্তা

থমখিবনি ঐখোয়গী ইথক্তা

মরোল খোক্লবা থম্মোয়শিংসিগী মথক্তা

*হিঃ নঃ হোঃ লাঃ ১-২*

অচৌবা শক্তি অমদা অপীকপা কাঙ্লূপ অমগী মনীংতম্না লৈঙাক্লা লূপশিনখিবসিনা পুরকপা *লাল* হায়বা শৈরেংদা জাতিসিগী নীংতম্না পলিটিকেল আইদেন্টিটি ফংনবগীদমক লাম্থেংনবদা মশাগী হকচাংগী ঈ কংলিবা মীশক অমবু নুমিংকী সিম্রোলদা শাগৎলত্তুনা মাগী মশাদগী শীম্থুরকপা ঈখেংনা লৈবাকসিগী নুপা, নুপী অমসুং অঙাংশিং; নোংমগী চারা আল্লিবশিংগী মশাদা অরত্তুনা-হকচাংদা, মীৎশিংদা, অহাঙবা চাকখাউশিংদা তূংশিন্দুনা, ফমজিন্দুনা, নংশিন্দুনা শেত্তোক-ফাত্তোকপা ফাওবা ঙমহন্দবগী মুর্তি অমা উংলিবসি শোক্লরিবা লানফমসিদা শীম্থুরিবা ঈখেংনা জাতিসিগী মীয়ামগী পুন্সিগা থাইদোক্লবা য়াদ্রবা শরুক অমা ওইবকপদুনি। শৈবেংসিদা শীজিন্নরিবা *মীরোনবী শঙ্গই* অসি লমদমসিদা হিংলিবা জাতিসিগী পুন্সি অমদা অৱা-হংশোক লাংবগী ফীভমদুনি। অসিগুম্না অঙাঙবা ঈখেংসি অম্না লাম্নীশিংগী হৌরবা *বেঙ্গুল মখোল* না মৈগী নোংলৈ-নুংশিত্তা খোঙনেংনদুনা চেনশিল্লকপদু উংলি। চান-চুনববা মেটাফরদা *বেঙ্গুল মখোল* না লমদমসিদা গনতন্ত্রগী লৈঙাক কন্নবা লৈবিবা আমর্দ ফোর্স অদুগা ঈখেংনা মীচম প্রজাশিংগী থম্মোয়দা মশাগী

ময়েক শেংবা মশক অমগীদমক লালহৌ অমা তৌবা পাম্নবকপগী ঈঙ্গিৎ পীবা শৈরেংনি। কবিগী মীৎয়েংদা জাতিসিনা মশাগী আইদেন্টিটি ঙাক কন্দুনা থম্নবা হোৎনবদা ধর্ম্ম, রাজনীতি, অথনীতি, সংস্কৃতি পুম্নমককী মশক কন্দুনা খোঙফম চেংনা লেপ্লা ঙম্লবতদা জাতিসিনা মালেমগী কাঙলুপ ময়ামগী মরক্তা মশাগী ইকায় খুম্নবা ঙাকপা ঙমগনি হায়বসি *অমম্বদগী অঙানবদা* শৈরেংদা ফোঙদোক্লি। মান্নবা খুন্নাইগী মান্নবা ৱাখল্লোন্দা, কনানা কনাগী মখা পোন্দবা অদুগুম্বা সমাজ অমা পুবক্লবগীদমকঃ

মবমসিনাঃ
কোনশিল্লসি ঙসিগী
নোংজু অহিংগী শুক্লা মল্লবা অমম্বসে
ইশা ইশাগী ইথানুংদা চিংনবা লৈতনা।
অদুগা চঙশিল্লসি মাঙলোমদা
তিংখং তুম্বৌ কয়াসে নমথেল্লদুনা।

*হিঃ নঃ হোঃ লাঃ ৫৯*

কবিনা থাজে মতমদুদতা *চিংলকনি মঙালগী চৈজিংনা থোংনা মেঙলবা মঙালগী শামৈদা।* কবি লনচেনবা মীতৈগী শৈরেংশিং অসিদা মণিপুরী নেটিভ পীপলস (native peoples) কী সমস্যা উৎপদা নত্তনা মণিপুরী জাতিগী মিথ, লেজেণ্ড, নাৎকী মচলশিং, ইতিহাসকী ৱাৰী, থৌদোক, চবিত্রশিং, শা-ঙা, হৈপাল-লৈপালনচিংববু ইমেজ, সিম্বোল অমদি মেটাফৰ ওইনা শীজিন্নবা অসিনসু জাতি অসিগী আইদেন্টিটিবু যোকখৎনীংবা, কন্নীংবা অমদি ইপোৎ-ইবলবু মমল খঙনা শীজিন্নীংবগী মীৎযেংদু মযেক লানা উবা ফংই।

## মেমচৌবীগী শৈরেংদা

# মণিপুরী লোক-সাহিত্যগী মচাকশিং

মেমচৌবী (ডা অরাম্বম ওংবী ইবেমহল দেবী) মশাগী শৈরেংগী লাইরিক ১। নোংগৌবী (১৯৮৪) ২। অল্রোগী মৈ (১৯৯০) ৩। সল্লেখী চাইগ্রা (১৯৯৩) ৪। ঐগী পলেম নুংসিবী (১৯৯৮) অমদি ৫।। ইদুনিংথৌ (২০০৫) ফোঙখ্রবী শরুাইরবী শৈরেং ইবীনি। মণিপুরী সাহিত্যদা অইবীগী থোইদোকপা কন্ট্রিব্যুসনদি অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা মণিপুরী সাহিত্যদা লাকখিবা নোংচুপলোমগী মীৎয়েংদগী করেক্তরিষ্টিকেল্লি য়েংদুনা মোদর্নিজম কৌনবা সাহিত্যগী খোঙচৎ লোইশিন্দুনা *মণিপুরী সৈরেংগী ঈহৌদাঃ অনৌবা য়াওল* (১৯৮০দগী হৌজিক ফাওবা) হায়বা বারেং অমা অসৈলুপনা ফোঙবা চেফোঙ সৈরেংদা ফোঙদোক্তুনা অনৌবা শৈরেংগী ঈহৌ অমা য়াম্না কল্পিঅসল্লি শাগৎলকখিবা অসিনি। অইবীগী মীৎয়েংদা রিজনেলিজম, নেতিভিজমনচিংবগী বাখল্লোন য়াওরি। জাতি অমগী সংস্কৃতি শাগৎনবগী অচৌবা শরুক অমা ওইরিবা সাহিত্য কলা, অমুকসু সংস্কৃতি অদুবু খঙহল্লিবা নৎত্রগা ফোঙদোক্লিবা মেডিয়মসুনি। চহীচা কয়াগী মমাঙদগী লৈজরক্লবা অরিবা মণিপুরীশিংগী ওরেল লিটরেরী ত্রেডিসন, মসিগী য়ুম্ফমদগী শেমগৎলক্লিবা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মমল য়াম্লবা লঙ্গৈ অমা লৈজরক্লবসু ১৮শুবা চহীচাদা চঙলকখিবা রমান্দি বৈষ্ণবিজমগী ইথিলনা ১৭৩২দা অরিবা পুয়াশিং মৈ থাদোকখিবা অসিনা অরিবা সাহিত্যবু মাঙহনবতা নত্তনা মণিপুরী জাতিগী লাইনীংগা শাগোম্ননা পারী-পুরীগী লীক্লমসু মরূ ফুক্লা মাঙহন্নবগী খোঙথাং অমা ওইখি। অদুনা ১৮ অমসুং ১৯শুবা চহীচা অনীসি মণিপুরী লোন, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিনা অশিবগুম লৈখি। তাল্লকসিদা ১৯৮১দা বৃটিশকী মখূত্তা মণিপুরী জাতিনা মশাগী মনীংতম্বা মাঙজখিবা অমদি নৌনা চঙলকখিবা বেষ্ট্রন এড্যুকেসন লাকখিবা; বাংলা, সংস্কৃত লোয়ননা ইংরেজি সাহিত্য তম্নরকপা অসিগুম্বা মতমসিদা রিন্যাসেন্সগী য়ুম্ফমদা অনৌবা মণিপুরী লোন, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিবু নৌনৌননা হিঙ্গৎনবা হোৎনরবসু নৌনা চঙশিল্লকখিবা লোন, সাহিত্য, সংস্কৃতিগী ইথিল কন্না লৈবনা মণিপুরীশিংগী লোক-সাহিত্য অমদি অরিবা সাহিত্যবু কাউথোকপমক নৎত্রবসু পূক্লীং চঙবা বাৎপনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যনা চহী কয়াসি মশাগী রূট লৈজদবগুম চথরকখি। অদুবু নাইনটিজকী মতমদগীদি নৌনা থোরকপা কবিশিংগী মখোয়গী সাহিত্যনা জাতিসিগী সংস্কৃতি, লোক-সাহিত্য লোয়ননা অরিবা সাহিত্যগী ত্রেডিসনগা শমজিন্নদুনা রূটতা চঙশিল্লকপদা মেমচৌবীগী মথক্তা পনখিবা বারেংসি থোইদোক্লা মমল য়ামখি। মসি মণিপুরী সাহিত্যনা মপা মপুগী লিটরেরী ত্রেডিসনদা হঙ্জিঙ্গরকপনি। বারেংসিনা মতমসিগী অইবা কয়াগী শৈরেংগী মায়োন

শেমগৎলকপদা মতেং পাংখি।

অসিগুম্বা মণিপুরী সাহিত্যনা মশাগী মফম, মমল,মশাগী লিটবেবী এষ্টেটিক্স খিজরকপগী মায়কৈশোমদা মশাগী শৈবেংগী লাইবিকশিং ফোঙলকপদগী ভাব তানা চঙশিল্লক্লিবী মেমচৌবীনি। মীৎয়েংদা মশাগী য়ুস্ফমদা হঙ্খিঙ্গরকপগা শাগোন্ননা শৈরেংশিং শাগৎলকপগী মতাংদসু মীতৈগী ওইবা মফোঙদোক থিরকই। মহাক্কী শৈবেংশিংদা জাতিসিগী লোক-সাহিত্যগী মচাকশিং-লাই-তীনগী বারী (myth), থাজবারী (legend),বারী ঈশৈ (ballad),ফুঙ্গা বারী (folk tale), খুন্নুং ঈশৈ (folk song), খুন্নুং মিঙ্গৌ (folk naming) খুন্নুং বাঙাং (folk speech),পাউরৌ (proverb) অমদি পাউখোঙ (riddle) অসিনচিংবা শীজিন্নে। মেমচৌবীগী শৈরেংদা শীজিন্নবিবা হেপলি (ছন্দ) অসিসু লোক-সাহিত্যগী মচাক্নি। শৈরেংদদি হেপলি হায়বসি থাদোক্লবা য়াদে। লাইবোল (আধ্যত্ম ইতিহাস) দা হেপলি চঙলকপদগী কাব্য হায়বা বাহৈসি পোক্লকই।[১] অইবীনা শীজিন্নবিবা হেপলিসি জাতিসিগী ওইবা হেপলি পাবোৎ, হেপলি থাঙয়ে,পেনাগী শিঙকপলোন, খোঙজোমপর্ব্ব অমদি খুন্নুং ঈশৈগী শৈহেক-শৈদাশিং শীজিন্নবি। লোক-সাহিত্যগী মচাকশিংসি লৌদুনা পৃথিবীগী মশক নাইবা কবিশিংনা শীজিন্নে। বেলেড অমসুং নেবেটিভ শীজিন্নবা কবিশিংগী শৈবেং খবদং পল্লবদা Sir Walter Scott কী *Lochinvar,* Lord Macaulay গী *Haratius,* Armando Menezesকী *The Train,* Alfred Noyes গী *The Highwayman,* Rudyard Kipling গী *The Ballad of East and West,* Robert Browning গী *The Pied Piper of Hamelin* Robert Southeyগী *The Inchcape Rock,* H W Ramanujanগী *A Minor Sacrifice* অসিনচিংবা।

জাতি অমনা কবিগুম্বদা অকোযবগী ফীভম অর্মদি মদুগী ইথিলনা জাতিদুগী যেলহৌঙৈদগী হৌনা শাগোন্নবক্লবা মশাগী শক্তম(identity)দা চযেৎনবক্লবা নৎত্রগা লম্মাংনবক্লবদি জাতিদুগী মিথতগী হৌনা মশাগী শক্তম খিজবকপা হাযর্বসি হৌনশানি। জাতিদুগী হৌবকপা, মযেক লৈত্রিঙৈদগী ওবেলদা থঙগবকপা লোক সাহিত্য হাযবসি জাতিদুগী অইবা সাহিত্যগীদি ত্রেডিসননি। মণিপুরী সাহিত্যগী ওইনসু লোক সাহিত্যগী চাউববা পূক্কে অমা লৈ হায়বা চুম্না হাযনবা নত্তনা জাতিসিগী কাটগা চঙশিনবগী মীৎযেংগা ঈবোয়ননা কন্সিযসলি চঙশিল্লক্তুনা হৌজিক্কী সমাজ অমসুং পুন্সিবু তাক্লবা হোৎনবকপদা লোক-সাহিত্যগী বাবী-শীংবুন, থৌদোক, চবিত্রশিং, শৈহেক-শৈদা অর্মদ হেপলি লৌদুনা বেলেভেন্স মতাং মতাংদা পী। কাউনগ্রবা লোক সাহিত্যগী মচাকশিং ঐখোযগী পুন্সিগা

১। শ্রীদ্বিজমণি দেবশর্ম্মা, সাহিত্যমীমাংসা, শেখব ব্রাদাস, ইম্ফাল, অহানবা খৃৎনম, ডিসেম্বব, ১৯৭৬, লা° ৫৭

তৎনপ্রবগুম তৌরব্দু নীংথীজনা শীজিন্নরক্কুনা অনৌবা মমল অমদি মফম পীরকই। মসিনা ফোঙদোরকপদা মণিপুরী শৈরেংনা মশাগী ওইবা লিটরেরী ক্লটতা হঞ্জিল্লকপা, মশাগী মপোৎ মরলবু থৌশাদনা থম্বদগী নৌহৌননা মমল খঙলক্কুনা তশেংনা নুংশিজরকপগী পূক্লীং ঈহৌ পোকহনবা গুম্মী। মিথকী ৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা হীরমদা পিঐচ ডি ফংগ্রবী অইবীনা রিসার্চকী লমদা থেংনরকখিবশিংদু মাগী ক্রেএটিভ আর্টতা, কবিতা ইবদা শীজিন্নরকই। হৌজিক্কী মতমদা ময়েক শেংনা খঙলবসু খঙদ্রবসু মশাগী জাতিগী আইদেন্টিটিগী মরমদা করিগুম্বা খরা হায়বা, ঙাঙবা হায়বসি লৈবাক মচা তাবনি হায়না ফাওবা লৌনরক্লবা মতমনি ঃ

> হৌজিক্কী মতমদা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা মশা মশাগী অশেংবা মশক খঙনবগী তাক্লবগী কন্না থিজিন্নবা মতম অমা ওইরি। ওইজরম্বা অশেংবা য়েলহৌঙেগী ফিভম অদু, মীনা পাম্বীরবসু পাম্বীদ্রবসু, ফজরবসু থীরবসু হেক তাংদাংবা খঙজবদা– মদুগীদমক নাপল কাজবা মীয়াম মমাঙদা পোঙজবা অসি হৌজিক্কী জাতিগী, মীওইবগী অপাম্বা মনাৎ ওইরি। অদুনদি পীক্লবসু পীক্লা জাতি অমা ওইবগী পোঙজরিবা মণিপুরী পুম্নমক্লা মথক্কী অপাম্বা অসিদগী নাথৈদুনা লৈথোকপদি অচুম্বা ওইরোই।[২]

অসিগুম্বা মীয়েং অসি লাক্লবগী মরমদি পৃথিবী পুম্বদা চঙশিনগ্রবা নোংচুপকী সভ্যতাগী ইথিলনা লোন, সাহিত্য, য়ুমশা-কৈশা, ৱাখল, মীৎয়েং,চৎনরোল শম্না হায়রবদা য়ুরোপিয়ানগী ওইবা পোপুলর কলচরনা ৱার্ল্ড কলচর ওইনা শায়োল্লকপদা অপীকপা জাতিশিংনা মশাগী মনাৎ কনবা ঙমদবা ফীভমদা লাকপদগীনি। মণিপুরগী কন্টেক্সতদি মরু ওইনা অরিবা লাইনীং থাদোক্কুনা নৌনা রমান্দি বৈষ্ণবিজম লৌরুবা অমদি ইন্দিয়ান য়ুনিয়নদা পূল্লুবদগী ঐখোয়সি আরিয়াননি হায়বগী অরানবা ৱাফমদা শাগৎলকপা সংস্কৃতিগী মশক অদুদগী নাছোক্লবা হোৎনরকপগী খোঙথাংনি।

> If we want to walk safely into the future, then we will have to walk upon the firm soil of our folklore.[৩]

মীৎয়েং অসিগা শাগোন্ননা লোক-সাহিত্যগী ৱারী, থৌদোক, চরিত্রবু মাগী কবিতাগী ফোঙদোক্লবা পাম্বে ওইনা শীজিন্নেঃ

> লমদম অসিগী ফোক্কী ৱারী-শিংবুন, মীথ, চীং, পাৎ, তুরেল, লাইরেম্বা লাইরেম্বী, শা-ঙা, হৈ-লৈ পুম্নমক্তগী মেমচৌবীগী শৈরেংদা হৌগৎলকই।[৪]

২। থোকচোম যোগেন্দ্র, ৱাহৈদোক, (সম্পাদক)অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, মণিপুরী সাহিত্যগী পরম্পরা, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিটি, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ জুন ১৯৮৬, লাঃ vi

৩। Christa Kamenesky, *Folklore as a political Tools in Nazi Germany,* **A Journal of American Folklore, 1972, p 22**

৪। নহাকপম অরুনা, নোংথাংলৈমা অমসুং তাইবঙ, অহানবা ফোঙবাঃ ২০০১, লাঃ১০৯

খুন্নুং ঈশৈ (folk song) গী ৱারী লীদুনা ঈশৈ শকপা মরুওইবা শৈরেংশিংগী মনুংদা থাবল চোংবগী ৱারী ঈশৈ, পেনা শকপগী ৱারী ঈশৈ অসিনচিংবসু লীজিন্নে। অহানবগী অসিনা জগোয় শারগা ৱারী লীদুনা শকপা; অনীশুবনা পেনা খোঙদুনা ৱারী লীদুনা শকপা; অহুমশুবদা ধুলোক য়ৈরগা ৱারী লীদুনা শকপা। অইবীনা শৈহেকশিং অসিগী *হেপলি*, তাল, মফোঙদোক অসি মাগী শৈরেংদা লীজিন্নে।

*অন্দ্রোগী মৈ* হায়বা শৈরেংদা ১৮৯১দা মণিপুরনা বৃটিশকা থেংনবা অরোইবা নীংতম লানফমদা মায়থীরবদা মরৈবাক নীংবা মীতৈ লৈমগী অথোইবা মচা অনী যুবরাজ কোইরেং (বীর টিকেন্দ্রজিৎ), থাঙ্গাল জেনেরেলবু বৃটিশকী অরানবা বিচারনা ফৈদাপুংদা ফাঁশী তৌদুনা হাৎখিবদা জাতিসিগী গতি লৈজদ্রবা নুপীশিংনা মকোক্তা ফিঙৌনা কুপশিন্দুনা তৃম্মীন্না লেপ্প্রদুনসু মপূক্লীংদদি পেন্দবনা খোয়জি খাদা *মৈগী চীং* মিতমখিবা উৎলি। শৈরেংসিদা জাতিসিগী মিথকী মতাং অমা পুশিল্লকই:

মবুধৌ চীংখোং পোইরৈতোন হাক্ততগী
ওমদুন থমলকলিব অন্দ্রোগী মৈ
য়েংঙু য়েংঙু
ঙসি খেনফম ফরবা অয়ুকসিদ
মৈরি থোক্ল
ইঙাং ঙাংন চাক্লেসে
ইঙাং ঙাংন চাক্লেসে।

*অঃ মৈঃ লাঃ ২*

মবুধৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন হাক্তক্তগী অন্দ্রোদা মুৎহন্দনা য়োক্তুনা থল্লিবা মৈশুম, জাতিসিনা নীংতম্বা মাঙপ্রবসু জাতিসিগী শক্তম মচেৎ মচেৎ কায়থরক্লবসু ঐখোয়গী ন্নট অমদি ইতিহাসকী ঈচেল মাঙবা নাইদনা ময়েক শেংনা লৈরি হায়বা উৎলি। *অন্দ্রোগী মৈ* অসি মণিপুরী জাতিগীদমক্তদি য়াম্নমক মরু ওইবা মৈফমনি। মৈ অসি পোইরৈতোন্না খুম্লোরকপদা য়াওরকপা মৈনি; পাখংবনা ফম্বাল তোংব (coronation) দা ওকখিবা মৈনি হায়বগীদমক্তা মরুওইনা লৌনবা নত্তে, মসিনা লমদম অসিদা লৈরম্বা মান্নদবা ফূরুপ কয়ানা খুম্লোরক্তুনা শেমখিবা জাতিসিগী মনুংদা হাৎন-শুনবগী লোইবা নাইরমদে। সলাইগী নিংথৌশিংগী মনুংদা মপাঙ্গল অমদি মরল লৈখৎলক্লিবা অঙোমগী অঙৌপানবা অমদি খাব ঙানবগী ঙানবা খমজিঙ্গোল, খাবা *য়েংথীনরকপদগী লান্দা অঙৌপানবনা ঙানবা খমজিঙ্গোলবু হাৎখি। কিরবা খাবনা লৈনুং থোঙারেনগী মফমদা চত্তুনা মরৈবাক হঙ্গিনহনবিয়ু হায়জরুবদা থোঙারেন্না মনাওনুপা* পোইরৈতোনবু মশানৌ লৈমা লৈনাওতবীগা লোয়ননা খুম্লোকহল্লকখি। শোমদনা অঙৌপানবসু পাখংববু লান নেক্লুরে। ওইরক্কদৌরিবা অকিবা ফংলবা লানফমদুদ্গী কন্নবা মতীক-মগুণ লৈরবা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা পাখংবা অমদি পোইরৈতোন অনীতবু চায়নহনবদা পাখংবনা ঙল্লবদা

পুন্সিবনা পাখংববু নিংথৌ হাপ্পগা লোয়ননা কংলেগী অথোইবা নিংথৌ ওইনা লাউথোক্লে। হৌজিক লৈবাক মরা তপ্লে, খুঙ্গাও লৈচাওরে। *অদ্রোগী মৈ* অসি অদুগুম্বা মণিপুরী জাতিগী চহী লীশিং অনীগী লীক্রম তান্নিবা জাতি অসিগী সভ্যতাগী খোঙচত্তা কাউথোকপা য়াদ্রবা জাতিসিগী নুপী ওইবীশিংগী পুক্নীংদা মখোয়গী নীংতম্বা মাঙহনখিবগী পেন্দবদু অতুম্বা মৈগী চীংনা পোখায়রকপগুম নীংতম লানফম অমা থোক্নুনা মনীংতম্বা সমাজ অমা পুরক্নবগী বাখল পীবা শৈরেং অমনি। *মৈগী* সিম্বোলিক মিনিংগা মান্নবা মীৎয়েং অমদমুকঃ

হে চকমোম খাম্বী মৈত্রেং 'রাব
নমু তাইবং পোংয়োকমৈ
চীংখোঙ পোইরৈতোম্ন খুম্ফোকঙে
মতে লৈম লৈনাওতাবীন
তাইবঙ খুলিং মৈ
হৈজদ্রগন খঙজদ্রগন
মুৎন তাক্ল চাকপ মৈ।

*অঃ মৈঃ লাঃ ৪৫*

অঙনবা মতমদা *মৈ* অসি য়াম্না মরুওইনা লৌনরম্বনা মৈগী তোঙান-তোঙানবা থোকফম অমদি মতীক-মগুণ শীংথাবগা লোয়ননা অরিবা শৈরেং *মৈ* হায়বা অদুদগী পরেং খরদং লৌথোক্লগা মশাগী ওইবা মীৎয়েং অমদি ইন্টরপ্রিটেসন অমা পীনবা হোৎনরকই। কবিনা *মৈ* হায়রিবসি মীৎনা উরিবসি নত্তবা এবষ্ট্রেক ওইবা হ্যুমেন ফোর্স ওইনা শীজিন্নে। হ্যুমেন ফোর্স হায়বসি মফম মতম চানা শীজিন্নরগদি ফবা মদু নত্তদুনা মফম মতম চানা শীজিন্নদ্রগদি মুৎ তাক্লনি হায়বগী ঈঙ্গিৎ পীরি। শৈরেং অসিদা হেপলি, তাল, মফোঙদোক অসিনচিংবসি অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্নেদগী লৌবনি। শৈরেং অনীসিদা অহানবা শৈবেংদা আইদিয়াগী ওইবা লিঙ্ক লৈরবসু পুশিল্লক্লিবা পোইটিক ফোর্মসিদা লোনগী লিঙ্ক পীবা ঙমদে চবাক ওইনা শীঞ্জিল্লক্লগা থম্বগুম্না খলহল্লি।

লোক-সাহিত্যগী মনুংদা অচৌবা মফম কল্লিবা *খম্বা থোইবী*গী পর্সনেল লেজেণ্ড অসি মোইবাং কংলৈবোনগী অবোইবা লাংওন (incarnation) খম্বা থোইবীগী বারী অসি পেনাগী শৈহেক্তা কুইরবা মতমদগী লীনরক্লিবা, শক্লরক্লিবা জাতি অসিগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিবু শকখঙজনবা য়েংবা য়াবা শকয়েং মিংশেল ওইরিবা এপিক অমনি। বারী অসি মোইরাংদা চীংখু তেলহৈবনা পানবা মতমদা থোকখিবনি হায়না থাজনৈ। তোঙান-তোঙানবা নিংথৌরোলশিংগী মতমদা মতাং কয়ামরোম হাপচিন্দুনা মপূং ফাহনখিবা লোক-সাহিত্যগী বারীসি লৌদুনা শীজিন্নবা শৈরেং অনীদি *লমজেল* অমদি *লোইন্দগী* হায়বসিনি। *লমজেল* দা মোইরাং থাংজিং হরাওবদা খম্বা নোংবান লমজেল তান্নবদা লাযরবা খম্ববু লমজেল কন্না চেনখক্নুনা মূক্নবগী পচ্চুং ওইরিবা থোইবীবু ফংনবা চেনখৎলু হায়না থার্দ পর্সন্না হায়বনিঃ

চেনখৎলু চেনখৎলু
পেরক্ক চগুল্ব থরোইন চিন্দমব
অমুদোন নোংয়াই সাজৌব
হানথ্রবদি লমথুংফম
অঙৌ পাম্ব কোংয়ানব
অঙোম নিংথৌ মপারীন
সনাগী থম্বাল ওইন সাৎচবী
থাদোই কৌবী মহাক্তী
লাইজ ঈরোন্নুংদ মাঙথ্রগনি
চেনখৎলু চেনখৎলু।

*অং মৈঃ লাঃ ১৩*

*লোইদগী* হায়বা শৈরেংদনা মোইরাং নিংথৌগী মশানৌ চীংখুবগী মমোল্লোই থোইবীবু মপাবুংগী অকনবা পূক্লীংনা কবোদা লোই থারবদা কবো নিংথৌগী মচানুপী শনরিক চনিংখোম্বীগী মনাইগুম লেনবা অমদি নুংশিবা খাইনবগী অবাবা (pain of separation) গী চৈনাখোল খাঙমদ্রবী থোইবীনা মশাবী অমুদোন নোংয়াই শাজৌববু নাক্তা লাক্তে বারৌজবা ফোঙদোকপা সোলিলোকুঅল এক্সপ্রেসন্নিঃ

সাবী ইবুংঙো নুংসিব
থংলেন মানজ পামুব
ননাওন বারিবসিবু উদ্রবরা
লাকলোগব নহাকপো !
কবোগী মাংদবু লেন্ন
নুংসি নমাং থাদুন
পাংলসিনে ইপাম লমদম নুংসিবী
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা !
নচেম য়াথং ঙায়দুন
ইপন নিংথৌগী য়াকা য়েংদুন
লৈথ্রবরা নহাকপু ?
ননাও ওইবী ঐহাক্তী
পম্বৌগী অখাব লিংজেনবু মায়োক্ল
মীগী নাই ওইবগীবু পোৎলুমসু কোকথোংন
নুংসি খায়ন মৈনসু চাকতুন
কেমথ্রো হায়রব্রনে লোয়যূম্ব।

*আঃ মৈঃ লাঃ ৮*

বিরহগী মৈফমদা চান্নবী নায়িকানা নায়কপু উনীংবা অমদি ওইনা লীচংকা লোয়ননা মপূক্লীং নুংশিবা ফোঙদোকপা নত্তনা অনৌবা মীৎয়েং নৎত্রগা অর্থ অমা পীবা ঙমদে। খম্বা থোইবীগী ৱারীদু মহৌশা মহৌশাগুম রি-টোল্ড তৌবা ওইনা তৌই। অদুবু মোইরাং কংলৈরোনগী ৱারীদি মীতৈ পূম্নমক্না খঙনদুনা লৈরবা ৱারীনি। ওরেল লিটরেচরগী এষ্ঠেথিক্স অমদি মমল অমা পীনবা হোৎনবগী মীৎয়েং ফজবদুতমক নত্তনা থাংজিল্লক্লিবা পর্সনেল লেজেণ্ড অসি ক্রেএটিভ ওইনা পোইটিক আর্টতা অনৌবা থৱায়গী মিহুল পীদুনা অনৌবা খূৎশেম ওইনা উহনবা ঙম্বগী ফজবা শৈরেংশিং অসিদগী ফংবা ঙমদে। লেজেণ্ড অসিগী *লৈ-লাংবা* হায়বা মতাংদা মোইরাং থাংজিং হরাওবদা খম্বা নোংবান লৈ হেকপা চৎমিন্নবদা খম্বনা লৈ হেকপা ফংদবদগী লৈবাক মমাঙদা চোপ্পা, ইকায়বা নংলগদ্রা হায়বগী ৱাজরক্নবা মতমদা অয়াংলৈমা ইমানা হনুবী অমগী শাইগুন লৌদুনা নীংথীরবা লৈরাং শাৎফম তাকপিখিবদু নীংশিংলকইঃ

কদায় ঙসিদি লৈরমদরে
অয়াংলৈম ইমা অয়াংলৈম
খাকপীরম্‌দরে চীংগী হৈরিত্‌
তাকপীরমদে হাউবীদো ঐগী লম্বী
অদুবু, হেক্তবদি য়াদবনি
ও ! অৱাংব পামেল্‌গী লৈস্না
মেলৈ লৈস্না
ঙসি লৈরাংবনি
নঙগী খুয়াদ ইবুংঙো !

*নোঃ লাঃ ৩২*

শৈরেংসিদি অয়াংলৈমনা লৈরাং হৌফম তাকপীরমদ্রবা ঈশ্বরনা চানবিদ্রবা অদুবু মশাগী কর্ম্মনা অথীবা নোংদমগা শীংনদুনা পুন্সি লানফমদা অৱাংবা মমল নৎত্রগা পম্ভুং ফংদবা য়ারোই হায়না তাকপা শৈরেং অমনি।

মণিপুরী লোক-সাহিত্যদা হিষ্টোরিকেল লেজেণ্ড ওইনা লৈরবা পেতংঙাগী ৱারীদা যূম্ফম ওইবা শৈরেং অমদি *অরোইবা ৱাহং* নি। শৈরেং অসিদা পেতংঙানা সোলিলোক্কি (soliloquy)ওইনা নিংথৌগী অকনবা পূকচেলবু ৱারৌবা ফোঙদোক্লিঃ

ঙসিদি লৈহৌরোকো
ইপাম লমদম নুংসিবী
ইপন সেম্লোই সনাচীং
খুৎসা লংবা লংমাইচীং

যুহানা হাগত্রা হাদচীং
যুচেংনা নিক্কত্রা নিকতচীং।
চৎলেদো লৌখিবী মীংথোন্নরবী
নোংবাল্লোন পেতংঙা ঐদি

*ঐঃ পঃ নুঃ লাঃ ৫১*

নুপা ওইবগী অরেপ্পা লৈতবা পূকচেলবু ঋবৌজবতা নত্তনা লৈদগী হেন্না থোৎপা নুপীগী পূক্লীংসু মশাগী অরেপ্পা ফিরেপ লৌরকপা মতমদদি নুংদগীসু হেন্না কল্লি হায়বদু শৈরেংসিদা মখা তারকই:

অদুবুনে লোয়যুম্বা নকম ঐদি
লাইনিংথৌনা নোংমা পেতংঙাদা
সকখিবা সরিদুগী য়েং
লাইনিংথৌবু ঙায়জরম্মনি।
নোংমা লাইরেন নসুংলাংগী
পেতংঙাগী য়াইবী য়োনখিনে
ঐগী ইতুংদা লেপ্পীগদবা
ইপাম সেল্লোয় মায়যোক্লখিনে।
মৈদিংঙু লাইবেন নাওথিংখোং ও
হন্না য়েংবদা ইবুংঙো নত্তনা
কনা লৈত্রবা চিববা মিকুপসিদা
কবিগী নকম ঐবু ঋাকাওবিবনো
'সিবু কবি খোয়নো কল্লকই।
হাওসি খুদোপ মল্লাযবী
হাওবল লাংনা কেমঋাইবী
তাওজিং চাদনা য়া কুম্বী
ঙাইবোং তংদনা লৈ সাবী
ঋাংলৈ থক্তনা যু পিংবী
যামজেং কাসা চাউ
সঋা তুবৈ হাঙ
লেল্লকলবসু নে কুমজা সুক সাং
নিজবমলোযনে পেতংঙানা ওইথংবা ফমফমদু।

*এঃ প ঃ নুঃ পাঃ ৫২*

ঋাবী অসি ইতিহাসকী তাক্কক অমদা শেলোই লংমাইদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লপ্পা কায়নৌ চীংখোম্বগী অমত্তা ঙাযববী মমোম পেতংঙাগী অঋা পোলোইনখিবগী ঋাবীনি। শক ৮,

ঈশৈ-জগোয়, মতীক-মগুণ চঙখোল্লবী পেতংঙাবু মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবগী মচা ইবুংঙো খুঙ্গাওবগা হায়না-শীংনদুনা লুহোংখি । মতুংদা শেল্লোই লংমাইশিংনা মীতৈ নিংথৌ খঙহন্দনা মীতৈগী লমদা চঙশিন্দুনা হাওকপ চীংশাংদা লান্দারুবগীদমক শেল্লোইশিং মীতৈনা হাৎখিরম্মী। মদুগী লমন খুম্বা ওইনা শেল্লোই লংমাইদা লৈরিবা মীতৈ নিংথৌগী মচা খুঙ্গাওববু হাৎপা হায়না লেপ্পখিরম্মী। পেতংঙানা শেল্লোই মবুং মৌপ্পাশিংদা মপুরোইবদি মরাল লৈতে হাৎপীগনু হায়জরবসু য়াবিদ্রবদা অরোইবা ওইনা অমুক্তং চামিন-থকমিন্নখিগে হায়দুনা শেল্লোইশিং য়ু পীথক্তুনা ঙাওহল্লগা, পানগী মহুৎ নুং ওইনা ফুৎলগা মতম শাংনা লৌরগা মপুরোইববুনা ফক্লাং হুক্তোক্লগা চেলহনখিরম্মী। মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবনা নোঙ্গাম্রবদা খুঙ্গাওবনা নাওথিংখোং হায়বা মিংথোলগা লোয়ননা কংলৈ কংলাদা ফম্বাল তোংলম্মী। মপুরোইবনা নিংথৌ ওইরে হায়বা তারবদা পেতংঙানা মমাংঙৈদা নিংথৌ ওইরবা মতমদা মহারাণী ওইহনগনি ৱাশক্লম্বদুবু নীংশিংদুনা, শেল্লোই লংমাইশিংনা মপুরোইববু হাৎকে তৌরবদা পানগী মহুৎ শীন্দুনা ফুৎখিবা নুং তরেৎ অদু পুরদুনা মীতৈ কোনুংদা থুংলবা মতমদদি খুমন নিংথৌগী মমোম খয়োইরোন কৈরুংহনবীনা মহারাণী ওইদুনা লৈরম্বা, নিংথৌনা পেতংঙাবু য়েৎলোমদা ফম্মু হায়বদা য়াখিদে। পেতংঙানা খঙখি মহারাণীগী ফমফমদি অমত্তনি মদু নিংথৌগী ওইরোমদনি। নীংবা কায়রবী পেতংঙানা মতম কুইনগী নীংজরকপা মঙলান কায়রবদা হিংদুনা লৈবগী কান্নদ্রে খন্দুনা মহাক্না শমদা হাপ্পুনা পুজরকপা মপুরোইববু নুংশিজবগী খুদম ওইরিবা নুং তরেৎ অদু থনম্লগা মথন্তা শিজখি। মমৈথংদা পেতংঙাবু *য়ুমজাও লাইরেম্বী* ওইনা লাৎনখি।

মশাগী পোখোক্তনা ৱাত্তা-পাদনা, মীপান তাংদনা হিংজরম্বা মতম অমগী মণিপুরগী পুন্সিরোল মাঙশিল্লকপা থুমখোং কংখিবা, লশিং থারক্তবা, কপত্রেংদা লং কাপ্পুনা লং নাইদুনা শেৎন-ইন্নবা কোন্ননা থোকলম্বা মাঙখিবা;ইন্দিজিনিঅস ফ্লবারশিং মৃৎখিবা, লোক্তাক ঈশা মপালগী মমি মাঙশিল্লকপা অদুগা অপীকপা জাতি অসিবু ঈ-নায় তাহন্দুনা মাঙহন্নবা হোৎনরকপদা অদুঙৈ মালেম লৈশেমঙৈদা সামতোন অয়াংবনা মালেম থুগাইনবা হোৎনরকপদা লাই নুরাবী তরেৎনা মতু-মমান ফোয়দুনা মালেম থুগাইবা থিংবগুম মমা ওইবীশিংগী থৌনা হাপ্লিঃ

কনাবু কিগনি ইমানা<br>
সামতোন মসা কক<br>
অমমবা ঈনুংবুংদগী<br>
মালেম লৈসা চিংখৎ<br>
অমম অঙান খায়,

লুমাং সম্পুন লৈরগা
পল্লৌ কৌবদা হাওখুম্বী

*ঐঃ পঃ নুংঃ লা ১৯*

মণিপুরী লোক-সাহিত্যগী মিথকী সামতোননা মালেম থুগাইবকপদা থিংবগী মহুৎ মাগী ময়াই কারবা সয়াংথক্তা তোংদুনা লৈতাকপগী থবক্তা য়াওশিনবা, থুগাইবা হায়বসি শাগৎপগী হীরমদা মতোমদা য়াওজরকপনি হায়রদুনা সমাজগী অবানবা চৎনবী, থাজনবী থুগাইদুনা অনৌবা ভেল্যুদা হিংবা সমাজ অমা শাগৎনীংবগী অপাম্বা উৎপা মতাং অমদাঃ

সামতোন অয়াংবা সামতোন অয়াংবা
নসোং লাক্নুনা ফাগে লাও
নেৎকে নঙগী অঙাওবা নঙগী
ময়াই কারবা সয়াংথক
য়াওগে নঙনা নৈখাযবদো থুগাযবদো
লৈরোল নোংলোন মবোল মবোল
নমিৎ অনি লংথোক খুমাং অনি হোৎ।

*ঐঃ পঃ নুঃ লাঃ ১১*

*ঐগী সৈরেং* হায়বসিদা অশিবা হাযবসি নোংমতদা লাকপা নত্তে, পোকপা নুমিত্তগী হৌনা চৎলক্লবা খোঙচৎসিদা কবিনা শিবা নাইদ্রবা, লোইনাই খন্নাইদ্রবা (eternal) পুন্সি খোঙচৎ অমা পামজবগী পুক্নীং মতা অমা উৎলকই। মীতৈগী পুন্সিবু মশক তাকপা যাববা লাই হবাওবগী মনুংদা য়াওবা, শক্লবা *হিজিং হিবাউ* গী ঈশৈ মযেক অমাদ শেতেক শৈদা অমদি হেপলি লৌদুনা শাগৎলকপা শৈবেংগী মশক্কি। মতম পূন্নমঙা নোদ্নতা শৈবগদবা শৈবেংগী হিবু অইবীনা হোঙ্গনীংইঃ

হা হি হা হি হিও সমদে কবেংঙা তবেংঙা
হি নঙবু হোন্দেদা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীবু হোনবান
হে থবায় মঙামক মিগা থানা তক্কমক
থবায় নঙবু কোনগে লাও বাকযে থক্তা কোল্লমগে
থবায় ঐনা য়ারকলে বাকযে হিবু হিগাবকলে
চীংঙু কংলে মসুমাং মতমগী সম্বল বাংম
লৈতোং ঙাংঙাংদা ঐগী সৈবেংনা কজেংলৈ লুহুপ্পা
মতম্ন চুপ্পগী পুঙলোন্দা থেক্ক থেক নৌগ নৌ

হা হি হা হি হিও সমদে করেংঙা তরেংঙা
হি নঙবু হোন্দেদা সৈরেং ৱাকয়ে হিবু হোনবনি
হা হি হা হি হিও সমদে করেংঙা তরেংঙা।

*ঐঃ পঃ নুঃ লাঃ ৭৭*

মিথকী ৱারীদা সনামহীনা গুরুগী শীছা তুংইন্না মালেম লৈশেম্বদা হরাবনা য়েখায় থিনগাইরবদা গুরুনা নোংথাংলৈমা পুথোকখি। হরাবনা নোংথাংলৈমগী শুম্মাংপা শকফমদা ঙাওরিঙৈদা সনামহীনা মালেম লৈশেম্বা মপূং ফাখি। অদুবু অইবীনা সমাজদা নুপী হায়বসি *থাবলদা ঙাওজবী নোংইন* নৎত্রগা *গুলাপকী লৈকাদা পকপা লিক্লা* নচিংবা কয়া হায়জিন্দুনা থোৎপা-নৌবা ঈং-তম্নদা ঙাওহন্দুনা থম্ববু পামদ্রে মদুগী মহুৎ মশাগী থীরবা অকিবা শক্তমদা নুপা ওইবশিংনা কিরিঙৈদা মালেম লৈশেম্বা মপূং ফাগদবনি হায়বনি। নুপী হায়বসি মশাগী ৱাখল, মীৎয়েং, অনীংবা, অপাম্বা লৈজরিবদু মতীং ফূদোকচগদবনি হায়বা অকনবা খোঞ্জেলদা হায়জে। মসি —*The first step to feminism is self-realisation, being confidence as a woman* হায়বগী মীৎয়েংনি। লৈশেম্বদা লাইয়াম্না তুরেল তৌবা মতমদা মচানা নিংঙাই তৌদুনা তুরেল তৌবা য়াওহৌদবদগী নোঙ্গৌবীবু পাৎ, তুরেলগী ঈশিং পীথকখিদে হায়বা ফোক বিলিভ নীংশিংদুনা কবিনা অনৌবা মীৎয়েং পীরকই—নুপী হায়বসি য়ুমগী, মচা-মশুগী হোৎনরিঙৈদা লৈবাক, সমাজ, রাজনীতিগী হীরমদা য়াওশিন্দবদগী সোসিয়েল ষ্টেটস অমদি পলিটিকল রাইটস ফংদবনি। অদুনা হায়রিঃ

লাও লাও নোংগৌবী
ঙসিদি নৌনা অমুক্ লৈসেম্‌গদৌরে
চত্‌কদৌরে মঙাল্দুগী হৌরকফম্‌দুদা
লৈসেমলসি লাও! লৈশেম্‌লসি লাও!

*নোঃ লাঃ ৬৩*

অমম অঙানগী ৱাংমদা
ঈংলবা চিক্লবা লূরবা
পুকনিংগী থুপলবা অপেনবদা
পুকনিং পেননা সান্নমিন্নরিবা
থঙ্গোং অনিদু কনানো
দে।

*ঐঃ পঃ নুঃ লাঃ ৩৪*

শৈরেংসি মীতৈ পাঙ্গলশিংগী ৱারী ঈশৈ (ballad)দা য়াওবা থঙ্গোং মতৈ-মনাওগী মরক্তগী শাদানবনা থঙ্গোং লাববু ফাগ্রবদা থঙ্গোং অমোমনা তেংথাবগী ৱারীবু নীংশিংহল্লি। রামায়ণ

মহাকাব্যগী হৌরকফমসু কাংগু লাববু শাদানবগী তেন্না কাপ্তুনা হাত্তোকপিরবদা কাংগু অমোমনা কায়নবগী অৱাব (pain of seprration)গী চৈনাখোলদু বাল্মিকীনা তমসা তুরেল তোর্ব্বান্দা স্নান তৌবা চৎপদা থেংনরুবদগীনি হায়না পুরাণদা য়াওরি। শৈরেং অসিদা লোইবা খন্বা নাইদ্রবা শাবী শানৌগী পৃক্লীংগী উনবা (eternal integration)উৎপা শৈরেংনি। মসিদা তোয়না থেংনবা মতোন তাবা মান্নবা মওংদা অরিবা শৈরেংশিং—লাইথেম ঈশৈ, নোংলাও ঈশৈদা তৌবগুম্না *দে* না লোম্মী।

লৌউ-শীংউ অমদি শীনবাঙ ঈশৈগী মনুং চনবা লোক-সাহিত্যগী মনুংদা লৌউ-শিংউবদা খ্বাইদগী মরুওইবিবা নোং অসি তাদদুনা অৱাবা ওইরকুবদা লৈবাক্কী অমাইবীশিংনা লাঙ্গজিং চীংগী মৈরম পাংবদা লৈবা নোংজুখোং কৌবা ঈবমখোং অদুদা লাই খুরুম্বা অমদি নোংলাউ ঈশৈ শক্রবদি নোং চুই হায়বা থাজনবী অদু লৌদুনা সমাজসিগী অমোৎপা, অমকপা, অমাংবা পুম্নমক তাওথখিদুনা তরু-তরুবা সমাজ অমা ওইন্নীংবগী অপাম্বা ফোঙদোরকই:

চুরো নোং চুবো নোং
ইঙা কুম্‌দম্‌ন ইঙেন্ কুম্‌খায়ন
থুম্‌হৎলো থুম্‌হৎলো
লাংজিং মতোন্ থুম্‌হৎলো

*নোং: লা: ৬২*

অতোপ্পা শীনবাঙ ঈশৈ অমদা লৌ ঙাকপদা চনু নিংঙোলশিংনা উবিৎ হায়বা অপীকপা উচেকশিংনা লৌদা তাবদা তাম্বোক্রবা হোৎনবদা শীজিন্নবা ঈশৈ অমা *হাদ উরিৎ নাপংবী* দা শীজিন্নে। হোৎনবা কল্লগা লৌমীশিংনা অৱা অনা থিদনা, কুম্বী কালেন খায়দনা মপাঙ্গল পুথোক্তুনা খানা হোৎনজদুনা উবা লৌফমগী ফৌদি লায়রবা লৌমী শিন্নীশিংগী মথক্তা পাল্লিবশিংগী ওইখিবদু ফোঙদোকই। শৈরেং অসিদা কেপিটেলিষ্ট ইকনমিবু শীংনবগী খোম্বোক্তা খুন্নুং ঈশৈগী পরেং খরা শীজিন্নরি:

হাদ উরিৎ নাপংবী
নমান কৌই তাদবী
নপান কৌই তাদবী
হো-য়া হো-য়া য়া।

*অ: মৈ: লা: ৩২*

অদুবু য়েংঙু লোয়দ্রিনে ঙসিসু কৈশুম সঙগী
অৱাবা খারী লেললিনে অৱাবা অহিং অমমবদা।
অমমবগী কল্লবা খাংলবা পল্লোন মরোল মরোলনা
চেৎনা কোয়সিন্দুনা ফাজিনথ্রেনে ঐবু মায়কৈ মরি

ইচা খোমদোন মৈরোবী মৈ লৌবা চৎখিবসু হলক্লিনে।

*পঃ নুঃ লাঃ ৪৫/৪৬*

*খোমদোন মৈরোবী* অসি মায়চৌশিংনা তাক্লম্বা মতমগী খোঙলে তাকপা খুন্নুং ঈশৈসিদা মীয়ানগী লৈঙাক মথাদা লমদম অসিনা নীংতম্বা ফংদনা, মীখা পোন্না কৈশুমশঙদা লেনবগী পাংখকুম মীগী থৌজাল নীদুনা হিংবা তারক্লবদা, জাতি অসিগী খুম্বোকপগা মরী লৈননা ইপা-ইপুশিং অদুগী মচা খোমদোন ওইরবা ঐখোয়না ইপা ইপুশিংগী লীক্লম চেংনা ইন্দুনা জাতিসিগী মৈহৌরোলগী খোঙ্গুল লীসি হায়রি। খোমদোন মৈরোবীনা লৌবা চৎত্রিবা মৈ অসি নীংতম লালহৌ অমগী মৈ নৎত্রগা নীংতম্বগী ৱাপুদা শীজিন্নরি। শৈরেংসিদা অর্থনীতি, সংস্কৃতি অমদি রাজনীতিগী ওইনা জাতিসিগী মথক্তা নমথরিবা অসিগী মায়োক্তা লালহৌ অমা তৌদুনা নীংতম্ন হিংবগী মমল ফংলবা নাগরিক অমমম ওইনা হিংমিন্নসি হায়বগী পাউজেল পীরি।

অপীকপা চীংলৈবাক, চীং নাপোম, ফৌগী লবুক, তম্পাক;লমদমসিগী ওইবা উচেকশিং—তান্না, হরি, তিঙ্গোং; উরে—মেলৈ লৈশ্না নোংজুমপালনা শাৎকায়রিবা অসিগুম্বা লমদমসিদা চীংমী তম্মী, নাগা কুকি, কুকি জৌমী কাঙলুপ কাঙলুপ খায়দোক্লুনা হাম্ভোক্লবা, ঈখেংনা মচু শঙজিনবা, কায়নবা খায়নবগী মীকপ মীরাওখোলতনা নীন্দুনা লৈরবা, য়ুমশিং তাঙ্গোই তানা চাক্লিবা মচীন-মনাওগী লানফমদা শিত্রবশিংগী নীঙমদবদু হৌজিক পঙনা শীজিন্নদ্রবা ওরেল লিটরেচরদা শীজিন্নবা লোন্দাদা ফোঙদোকই:

কুমগী অহানবা নোংখোংদা  
সাৎলমগনি মেলৈ লৈস্না নোংজুমপাল  
চোংলমগনি অনৌ য়েন্নিং  
অদুবুনে মরূপ নুংসিবা  
কেনত্রবা পুন্সী ইৱাললৈ  
অমুক হন্না সাৎলরোইদো  
লিক্লাং চোয়না কেনত্রবা  
অৱাং মরু লুতোংলৈ  
চোংলকলরোইনে হন্না অনৌ য়েন্নিং,

*ঐঃ পঃ নুঃ লাঃ ৫৯*

মেমচৌবীগী শৈরেংদা লোক-সাহিত্যগী মনুংদা মফম চাওনা কল্লিবা ফুঙ্গা ৱারী (folk [illegible]) [illegible] [illegible] [illegible] শৈরেং [illegible] যাওই। [illegible]—[illegible] [illegible] [illegible], [illegible] অমা লৈরবী, মেংগুবে [illegible] অসিনচিংবনি। [illegible] [illegible] কাব্যগী মওংদা ইবা তাঙ্কক নিংগু[illegible] লোয়নবা [illegible], [illegible], অমদি থবাহ মি খোনশিনবা অসিনচিংবা

শরুকশিং য়াওই। কাব্যসিদা ফুঙ্গা বারী অমবু হৌজিক্কী সোসিঅল কন্টেক্সতা রেলেভেন্ট পীদুনা সন্দ্রেম্বী অমসুং চাইস্রা অনীবু অফবা ফত্তবা নৎত্রগা এক্সপ্লোইটর এক্সপ্লোইটেদ গ্রুপকী মরী উৎলকই। সন্দ্রেম্বী চাইস্রা অসি লোন্নবী নুপী অনীগী মরক্তা লৈরিবা মূক্লবা, অতোম্বীগী ফত্তবা মরমচৎ, অমরোমদা অফ-ফত্ত হায়বা হ্যমেন ফোর্সপু করেক্তর ওইনা চোংথোকহল্লগা নুংগী মূক্লবা অদু পানগী মীৎলমদা চোংথোকহল্লগা শংশংনা উহল্লি। এন্টাগোনিষ্টিক ফোর্স (antagonistic force)না সমাজদা পীরিবা চৈথেং উৎপনি হায়বা য়াই। নুপা অমনা শিবদা মতালোয় অনী থল্লমই। সন্দ্রেম্বী পোকপীনা চাইস্রা পোকপীবু মাঙহন্নবা হোৎনৈ। পাত্তা ঙা ফারুসি চৎমিন্নরগা ময়াদা লিন হৈজিন্দুনা হাৎনবা তৌই। শিঙমদ্রবা সন্দ্রেম্বী মমাগী থবায়না ওনবা থেঙ্গুবু নুমিৎ তরেৎ ঈশায়ফুদা য়োক্তুনা থম্মু তাইবঙ ফাওরক্কে মচাগী মঙলান্দা শীন্নজে, মচা নত্তনা নুংশিবা ঙমদবা চাইস্রা মমানা মচাগী চানবগীদমক থেঙ্গুদু ইয়ায়ফুদা ফুৎহল্লি। সন্দ্রেম্বী মমানা মচাদা অমুক্তসু বামেঙ্গে, থেঙ্গুগী শরুশিংদু নুমিৎ তরেৎনি লোত্তুনা থম্মু তাইবঙ ফাওরক্কে-হন্দকসু সন্দ্রেম্বীনা তৌজে অদুবু তাইবঙদা মীওইবা ওইনা শাফোঙলকপদি ঙমখিদ্রে।

মপূং-মরৈ ফারক্লবী সন্দ্রেম্বীদা নিংথৌনা ঙাওজরম্মী হন্দকসু মীগী চাওখৎপা, য়াইফবা উবা ঙমদবা মমা মচানা সন্দ্রেম্বীবু নমথনবা হোৎনৈ অদুবু মতীক-মগুণনা সন্দ্রেম্বী মহারাণী ওইখ্রে। হনবা নাইদে চাইস্রা মমা-মচাসু সন্দ্রেম্বীবু অফবা শাদুনা চাক কৌরগা মথক্তা ঈশিং অশাবা হৈজিন্দুনা হাৎনবা হোৎনৈ, লানঙমদ্রবা থবায়না লমখুনু ওনখি। শোমদনা চাইস্রানা মচেগী ফিরোই-ফিঙাম শেৎচিন্দুনা লীকফাং শীজিন্দুনা কোনুংদা লৈম শাদুনা লৈরে। নিংথৌগী মনাই শজিকলোয়না শজিক ফাল্লিঙৈ সন্দ্রেম্বীগী থবায়না ওনবা লমখুনুনা খোংলৈঃ

কু কু কু খ্বাংমৈতৎ
হাদ নিংথৌ তু-কাওবা
কাওমন্নসু কাওইদা
ইচা নিংথৌ সোক্রনি
ফিগে ইয়োং তৎকনি
নবুংঙোদা তমজক

*সঃ চঃ লাঃ ৪৫*

মসি সন্দ্রেম্বী চাইস্রাদা য়াওবা খুন্নুং ঈশৈনি। নিংথৌনা লমখুনুবু নুংশিনা য়োকচৈ-চাইস্রানা চগেম পোমথোকই। মদু হৈদোকখিবা মফমদা হৈরাং পাম্বী অমা হৌরকই, হৈরাং অমতমক পাল্লি। নিংথৌনা হৈরাংদু থবায়গুম্না য়েংজে, চাইস্রানা লম্বোইবা অমদা পীথোকই। লম্বোইবনা হৈরাংদু চাগে তৌবদা নোংমনা থাঙ লৈরমদে। মতুংদা সন্দ্রেম্বী নমু তাইবঙ ওইনা শাফোঙদুনা

মশাগী অধিকারগীদমক লেপ্লরে অচুম্বা অরানবা অনীগী চাংয়েংনবগী মতাং লাক্লে লাইগী ৱায়েল লৌবা তারে, অশেংবা মহারাণী খণ্ডদোক্লবা। খোঙফম কয়াদা চায়নরক্লবা ধর্ম্ম অধর্ম্মগী লান লোইরে *সত্য মেব জয়তে* অচুম্বনা জয় ওইরে, চাইস্রা থাঙগী ময়াদা চৎখ্রে। অদুবু কংস, জরাসন্ধ, কিচোক, রাবণ কয়া হাৎখ্রবসু অফবদা লাংলৌ ওইরিবা ফৎত্রবা ফোর্সশিং মাঙখ্রবা? মী অমগী মনুংদা হায়রবসু মীওই অদুদা য়াওরিবা দিভাইন ফোর্সনা দেভিল ফোর্সপু মাঙহনবা নৎত্রগা মপুং ফানা দোমিনেট তৌবা ঙম্লব্রা? অদুনা ৱাহং অসি থোরকই঳

হনজীন হনজীন মোংফমদগী
হৌগৎলক হনজীন হনজীন লেপখি
সন্দ্রেম্বী, সন্দ্রেম্বী!
অদুগা চাইস্রা
মায়দ মায়থীরব্রনে নঙবু
লোয়দ লোয়খ্রব্রনে নঙবু
চাইস্রা চাইস্রা !

*সং চঃ লাঃ ৬৬*

জাতিসিগী মীয়াম পুম্নমক্লা তান্নদুনা লৈরবা ফুঙ্গা ৱারীসিবু অইবীনা কাব্যগী ফোর্মদা রি-টোল্ড তৌবা পাম্লিবগী মরমদি লোক-সাহিত্যগী ওইবা হেপলি, লোনগী ফজবা উংনীংবা অমদি জাতিসিগী লিটরেরী এস্থেটিক্সকী মায়খুম নৌহৌনা হাংদোক্লুনা উংনীংবা, লেন্নজনীংবা অমদি অনৌবা ইন্টরপ্রিটেসন পীবা পাম্বনি। কাব্যসিদা ফুঙ্গা ৱারীগী চাইস্রবু ফত্তবগী সিম্বোল ওইনা শাগৎপদু তোক্লুনা অনৌবা মীৎয়েংনা চাইস্রবু মী অমা ওইনা—মী অমগী আশা অমদি পূক্নীংগী মতীং উখোক্লুনা *সন্দ্রেম্বীসু নুপীনি মানা পীবা ঙম্বা পুম্নমক ঐসু পীবা ঙমগনি* হায়বা ৱাখলদগী ওইরকপা, থোরকইবা থৌদোকশিং উহল্লি। মী অমা ওইনা অইবীনা চাইস্রাগী মীৎয়েংদগী য়েংনবা হোৎনৈ। মসিমক্তি মাইকেল মধুসুদন দত্তনা মেঘনাদ বধ কাব্যদা রাবণবু অদুগা দরেন্দ্রজিৎনা কংসবধদা কংশবু মশাগী পূক্নীংগী অশোনবা অকনবা অপাম পামদা লৈবা মী অমা ওইনা য়েক্লুনা অপাবশিংদা মীনুংশি পোকহনবা ঙম্বগুম মহাক্কী কাব্যসিদা চাইস্রাগীদমক রিডরশিংদগী সিম্পেথি ড্রো তৌবা ঙমদে। ফুঙ্গা ৱারীগী শক্তমসু কায়হন্দনা অনৌবা মীৎয়েং অমসুং মশক উহনবা ঙম্বা হায়বসিদি অইবগী থোইদোক-হেন্দোকপা মগুণ চঙই। মসিদদি অইবীসি খরা শোল্লি। কাব্যগী মতাং অমদা, মৈদিংঙু কুলচন্দ্র (খৃঃ ১৮৯০-১৮৯১) গী মতমদা শক্লখিবনি হায়না লৌনবা খুন্নুং ঈশৈ অমা হাপচিল্লকই঳

চেক্লা পাইখ্রবনা পোম্বী
হনজীল্লকপদা, চেক্লাগী
কাইদোংফম খণ্ডবনা

পোন্নী কণ্ডাওনরেদো।

*সং চং লাং ১৩*

সন্দ্রেম্বীগী থবায়না কায়দোঙফম হকচাং ফংদনা হৈরাং মনুংদা তুংদুনা লৈবিবদু কৌথোকপদা খুন্নুং ঈশৈ মতেক অসি শীজিন্নেঃ

সন্দ্রেম্বী থোরক্লো থোরক্লো
লাই খুবাক খুবীগে
নহুম পোন্দেল সাবিগে সাবিগে

*সং চং লাং ৫৮*

অইবীনা ফোক নেরেটিভ, খুন্নুং ঈশৈগী হেপলি, লোন অসিনচিংবা ময়াম অমা লৌরবসু করিগুম্বা মতাংদদি মশাগী ওইবা ইনৌ নৌবা মীৎয়েং, লোন অমদি এক্সপ্রেসনসু শীজিন্নে। সন্দ্রেম্বী মমা অমদি চাইস্রা মমা অনীনা পাৎতা লোং খোনবা লাকপদা ঈপাকপু উবদা মীৎনা ফজনা উরিবা ঈপাক্কী মনুংদা কিনীংঙায় ওইরবা তমথীরবা মশক লোত্তুনা লৈরি অমদি সন্দ্রেম্বীগী থবায়না হৈরাংদা লৈরিঙৈ মতমদা কয়ারক হোৎনদুনসু অরানবনা অচুম্বা মাঙহনবা ঙমদে ফোঙদোবকপা মতাংশিংদা থেংনৈঃ

মাঙদা লৈরে অনৌবা কোরৌগী
নৌর মঙালদা লংলবা ইপাক
কয়াদা ফজবা সনাগী ইথক্লা
মালংগা লমজেল সান্নরিবা
অদুগা ইরোম্নুংদদি
ফজবা নত্তে অসুক য়াম্না

*সং চং লাং ৪*

অমদিঃ

অমমবা অহিংগী মখুৎ লিশিংবু
নমথেকতুনা চাইখায়রমদুনা
অমমবদগী চোংখৎলকলে অঙানবা
অমমবগী অমুবা মমিনা
কয়ারক হন্না হোৎনদুনসু
মুৎথৎপা ঙমদ্রমালে অঙানবা

*সং চং লাং ৫৯*

*থায়ন থায়ন মমাঙৈদ* অমদি *মৌ অমা লৈরম্মী* শৈরেংশিং অসিদা ফোক টেলগী নেরেটিভ শীজিন্নে। অহানবগীসিদা *মাইট ইস রাইট* কুম অচুম-অবান খণ্ডবা হুরান-চিন্থি,

মীহাৎ-মীপুন মনীং তম্না পাংথোকপবু মমা ওইবীশিংনা থিংননবা চোংথোবকপা উৎলি। শৈরেং অসিদা শীজিন্নরিবা ফোক টেলগী নেরেটিভ অসি য়েংবা য়াইঃ

থায়ন থায়ন মমাংঙৈদ

লৈরম্মী লৈবাক অমথক

লৈবাক অদুদদি হুরানবন

চংনিংব মতমদ চংলগ

থোক্লিংব মতমদ থোকখি

অঃ মৈঃ লাঃ ১২

ফুঙ্গা বারীগী বারী লীবগী মফোঙদোক শীজিন্নদুনা মশাগী অশোয়বা,অশোনবা খঙহজদবা তাঙ্গা তাঙ্গাগী ওম্নবা খুম্ববু করেম্নবা ফোংদোকপা মতাং অমা য়েংবা য়াইঃ

ইপুবোক্ল বারী অম লী–

মৌ অম লৈরম্মী

হেক হায়রুবদ

চাকসি চেং চংইদ

'চেংদগী থোংলক্লিবনি'

অঃ মৈঃ লাঃ ২১

মীতৈ মায়চৌশিংনা মতমগী খোঙলৈ তাক্লুনা তুংদা ওইরক্কদবা, থোক্লগদবশিং তুংগী মীরোলগীদমক হান্না লাইফাও (prediction) তৌদুনা খুনুং ঈশৈ ওইনা থম্লীবম্মী। অশৈবীনা খুন্নুং ঈশৈগী হেপলি, তাল অমদি মফোঙদোক লৌদুনা অপাবশিংগী মফমদা হায়নীংলিবা বাফম খরবু কম্যুনিকেৎ তৌনবা হোৎনরকই। রামান্দি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইথিলনা জাতিগী অবিবা লাইনীং লম্বী মাঙহনখিবা অমদি ইন্দিয়াগী মনুংদা ঐখোয়গী হিংনবা লম্বী পুম্নমক মাঙখিবা শৈরেংসিদা ফোঙদোরকই। নুংজেং পুত্রিদা ইবুধৌগী খা-সুনহা তা অমদি থাঙ-খৌবোম্বা ফাওগৎলক্লগা লাম্থেংনবা মতমদতা তাওথিংমাং অমদি গম্ভীরসিংহনা খুৎলায়শিং অসিগী মতেংনা লানফম কয়াদা মায়পাকখিবগী বারীবু নীংশিংদুনা মায়থীবা নাইররোইদবা নীংতম লালহৌ অমা তৌনীংবগী অপাম্বদু খুন্নুং ঈশৈগী এক্সপ্রেসনদা শীংথারকইঃ

ক্বাক ক্বাক

করি ক্বাকনো করি পাও পুরকপগে

অনৌবা যুগকী অনৌবা পাও পুব ক্বাকনে

হো চংলকপ য়াগদ্রও
চংফম লৈতেয়ে চংফম লৈতেয়ে
মতম হেল্লে
থোং হাংঙো থোং হাংঙো
হো নুংজ্রেং পুখ্রিদ
ইবুধৌ পাখংবগী
খাংসুনহা-তা থাং-যৌবোম্ব
ফাওগৎলকত্রিয়ে ফাওগৎলকত্রিয়ে।

*অঃ মৈঃ লাঃ ১৪*

অশৈবীনা শীজিন্নরিবা মপূং ওইবা চরিত্রশিংদি, মিথ—পোইরৈতোন, নোংথাংলৈমা, পাখংবা, সনামহী, পান্থোইবী, হাওরৈস্মা সন্নুবী, অয়াংলৈমা, সামতোন অয়াংবা;লেজেণ্ড - অমুদোন নোংয়াই (খম্বা), থাদোই (থোইবী), সলাং মাইবা অদুগা ফোক টেল—সন্দ্রেম্বী, চাইস্রা, কৈরাকপা, ঙাম্বীতোন অসিনচিংবনি। মিথ, লেজেণ্ড, বেলেড, ফোক টেলগী চরিত্রশিং লৌবতা নত্তনা ফোক স্পিচ অমদি ফোক নেমিংসু মতাং মতাংদা মরাং কায়না য়াওই। শৈরেংশিংদা রিডলদি পংথেং থেংনদ্রবসু প্রোভাবতি মরাং কায়না থেংনৈ *হৈ লৈর থাঙ লৈত থাঙ লৈর হৈ লৈত, চীঙ্গালদা খোইহি তৈবা পূক্লীংদা হু ফুম্বা* অসিনচিংবা। অমরোমদদি শৈরেং হায়বসিমক পাউরৌ (প্রোভাব) দা ফোঙদোকপনি হায়বসু য়াই।

অশৈবীনা শৈরেংশিংদা লোক-সাহিত্যগী মচাকশিং লৌদুনা মীওই কাঙলূপ অসিগী অরিবা মতমদগী হৌনা শাগোন্নদুনা লাক্লবা, মীরোল অমদগী মীরোল অমদা ওরেল ত্রেডিসন্দা পুথরক্লুনা সমাজগী মীয়ামগী পুক্নিবু শিক্ষা পীদুনা চৎনবী শেমগৎপা অমদি অহোংবা পুরক্লুনা মীয়ামগী পুক্নিবু সোসিঅল কনভেনসন (social convention) দা পুশিনবগা লোয়ননা প্রোটেষ্ট তৌবগী খূৎলায় ওইনা চীনবুং সাহিত্যবু শীজিন্নবদু নীংথীজনা লৌশিল্লি। সাহিত্যগা, লোক-সাহিত্যগী ওরেল ত্রেডিসনগদি থাদোক্লবা য়াদবা মরী লৈনবদু ইন্দিয়ান লিটরেচরদসু থেংনৈ। হৌজিক্কী মতমদা জাতি জাতিগী মশাগী ক্লটতা হঞ্জিন্দুনা মশাগী মশক থিরকপগী অকনবা ঈহৌ লাক্লবা মতমসিদা মেমচৌবীনা চীনবুংগী সাহিত্য (oral literature)বু মহাক্কী সাহিত্যগী ত্রেজরি হাউস ওইনা শীজিন্নদুনা জাতিসিনা মশাবু মশক খঙজবগী লম্বীদা লমজিংবগা লোয়ননা লোক-সাহিত্যগী মচাকশিং লৌদুনা অনৌবা সাহিত্যগা শমজিন্নরকপা অসিমক্তি মপা-মপুগী লনগৈ মপোৎ-মরলগী মমল নৌহৌনা খঙজরকপগী ময়েক লারবা খুদমনি। মসিগীদমক্তি অইবীবু ঐখোয়না থাগৎফম থোকই। অদুবু লোক-সাহিত্যগী মচাকশিংবু সাহিত্যগী ওইনা শীজিন্নবগী মতাংদা Shakespeare গী **King Lear** গী মতাংদাঃ

> Cinderella, one of the world's most beloved and celebrated fairy tales, could have been metamorphosed into one of the great literary dramatic masterpieces of the stage is an eternal tribute to the unequalled creative genious.[4]

হায়বগী মতাংদদি অইবীনা চঙশিনগদবা বাংলি। শৈরেংসিদা ফোক 'ইলিমেন্টশিং লৌশিল্লগা তদেক-তদেকপা মহাউ পীদুনা অমদি লৌখৎলিবা বারীশিংদু কন্টেম্পবেরী রেলেভেন্সসু পীবা ঙম্বা হায়বসোমদদি অইবীনা কলচর তৌবা চঙলি।

# শরতচান্দগী শৈরেংদা সিম্বোল

সিম্বোল হায়বা ৱাহে অসি গ্রীক্কী ৱাহে ভর্ব *symballein* অর্থনা মরক্তা হুনজিনবা (to throw together)অদুগা নাউন *symbolon*;মার্ক, এলিগোরিকেল সাইনগা হায়ফেং মাননা উরবসু খেন্নে। সিম্বোলদা তশেংনমক অহিংবা থৱায় পালহনবা ঙম্বা মওংদু এলিগোরিকেল সাইনদি শীজিন্নরকপদা অহিংবগুম থৱায়গী মীহুল হাপ্পা ঙমদে। সিম্বোলবু অসুম্না মশক তাকই:

> Something that stands for, represents, or denotes something else (not by exact resemblance but by vague suggestion, or by some incidental or conventional relation, a material object representing or taken to represent something immaterial or abstract as a being idea, quality or condition)[১]

করিগুম্বা পূক্নীংগী ওইবা আইদিয়া নৎত্রগা কন্সেপ্ট, পোৎশক, মীশক, ফীভম নৎত্রগা মরী অমগী মশক খঙনবা মহুৎ শিন্দুনা শীজিন্নবিবা অদুবুনি সিম্বোল হায়বিবসি। খুদম ওইনা *ক্রোস* না খৃষ্টানিটি; *অখোইবা ক্রোস*না জর্মনগী নাৎসি ফেসিজম; *শেরফলা*না অচুম্বা ৱায়েন; *খুনু* না শান্তি; *হামেং*না অপাম্বা; *থরো*না অশেংবা; *নোংশা*না কনবা অমদি থৌনা ফবা; *গুলাপ* না ফজবা ; *থৱানমিচাক অমদি মচু মান্নদবা অশাংবা লৈইশিং*না অমেরিকা অমদি মাগী অতৈ ষ্টেটশিংগী সিম্বোলনি। হকচাংগী লেং-ওৎপা অমদি খৃৎ-শা হাইবনচিংবসু সিম্বোলনি। থৱাক্তা খৃৎতুম্না শুবনা নুংনাংবা; খৃৎ অনী থাঙ্গৎপনা সরেন্দর তৌবা; চীন্বালদা খৃৎ থম্বনা তৃম্মীন্না লৈয়ু অসিনচিংবা অসিসু ইঙ্গিৎ খুদম (প্রতিক) শিংনি। তর্কিসশিংনা মায় খজিক্ত ং থাঙ্গৎলগা মীৎ উইশিনববু *য়াদে* হায়বগী অর্থদা খঙনৈ। অসিদসু নক্তনা হকচাংগী লেঙ-ওৎপা অমদি মওং মতৌবু সিম্বোল ওইনা খঙনবা অতৈসু সমাজদা মরাং কাযনা লৈ।

সিম্বোলশিং অসি মীয়াম পুম্নমক্কী ওইনা যানরবা অমদি লনাই অইবা অমগী ওইবা হায়না অনী থোক্লা খাইদোকপা য়াই। Virgil, Dante অমদি James Joyce কী খৃৎইদা য়াওরিবা অশি লৈবাক্তা চৎপা অদুগা অমুক হন্নকপগী খোঙচৎ অসি আধ্যাত্মিক নৎত্রগা জ্ঞানগী ওইবা য়াই – আত্মাগী ওইবা মঙাল ফংদবা অমসুং দোষ ময়ামদগী ঙাকপিবা অসিনচিংবা। অদুগা লনাই কবি অমগী ওইবা সিম্বোলদা W B Yeats কী শৈরেংশিংদা য়াওরিবা থা, নুমিৎ, তৱার, মায়খুম, উপাল, খুনুগ্রং পনবা য়াই। Dante গী **Devine Comedy** শাগৎপগী মওংদা সিম্বোলিক ওই। **Macbeth** কী ঈ তাবগী ইমেজনা হিংসা অমদি অরানবা; **Hemlet** তা লায়নানা করপসন অমসুং পৎ পূম্বা; **King Lear** দা ফীনা

---

১। **The Oxford English Dictionary**, Vol X, Oxford University Press, Ely House, London, p 3

মওং মতৌ অমদি মপু ওইবগী সিম্বোলশিংনি। William Black অমদি P B Shelley গী শৈরেংশিংদসু সিম্বোল মরাং কায়না শীজিন্নে। Coleridge গী **Rime of Ancient Mariner** দা পাপ হায়বসিনা প্রকৃতিগী খোঙচত্তা পুন্সিবু তুকৎচনা খনবগী ৱাফম য়াওরি। **Four Quartets** তা Eliot না গুলাব অমসুং মৈগী সিম্বোল তত্তনা শীজিন্নে। ৱারেংগী লমদা Melville না **Moby Dick**(অথোইবা মপু);ফিক্সনদা Golding না **Lord of Flies, Pincher** অমদি **The Spire** উপন্যাসতা অদুগা Kafka না ৱারীমচাদা চান-চুনরবা সিম্বোলশিং শীজিন্নদুনা ফোঙদোকপগী শক্তিদা কনখৎহল্লি। ড্রামাদা Maeterlink, Andreyen, Hugo Von, Hofmanusthal, Synge অমদি O'Neillগী খূৎইশিংদসু সিম্বোল য়াওই। মচুশিংসু তোঙান-তোঙানবা সিম্বোলিক মিনিংদা খেন্নে – *গেরুৱা* পৃক্লীং চঙবা, থৌনা ফবা অমদি কত্থোকপা; *অঙৌবা* অচুম্বা অমদি শান্তি; *অশংবা* চাওখৎপদা খুমাঙ চাওশিনবা খঙনহল্লি। সাইকো এনালিষ্ট Norman O'Brown না পৃক্লীংগা হকচাংগা অনীগী তোখাইনববু গ্রীকী মিথতা য়াওবা Apollo অমদি Dionysus অনীগা পানশিন্নদুনা ফোঙদোকই।[২] হিন্দুগী লাই গনেসকী হকচাংনা মীওইবগী ওইরগা মকোক্লা শামুগী পাল্লিবা অসিনা বোদিগা মাইন্দগা অনীগী তোখাইনবা, পূনশিন্নবা য়াদবদু সিম্বোলাইজ তৌই। সাহিত্যদা সিম্বোলিজম হায়রগা খঙনরিবনাঃ

> The practice of representing things by symbols, or of giving a symbolic charactor to object on acts; the systematic use of symbols have, symbols collectively or generally. [৩]

সিম্বোলিজম হায়বসি তরামাপলগুবা চহীচাগী লোইরমদাইদা ফ্রেন্স সাহিত্যদা লাকখিবা মুভমেন্ট অমনি। খৃঃ ১৮৮৬ কী সেপ্তেম্বর থাদা Jean Moreasনা *Le Fegaro* হায়বা ৱারেং অমদা সিম্বোলিজমগী মেনিফেষ্টো ফোঙখি। অদুগা সিম্বোলিজম হায়বসি লাক্লে হায়বসিনি ঃ

> Mallarme explained symbolism as the art of evoking an object 'little by little so as to reveal a mood' or, conversely, 'the art of choosing an object and extracting from it an etal d'ame'. This 'mood', he extracted by 'a series of decipherings' [৪]

Mallarme গী মতুংদা Henre Regnier না সিম্বোলিজমগী মরমদা অনৌবা মীৎয়েং খরগমুক হাপচিল্লকই। মহাক্লা সিম্বোলিজম হায়বসি মশক উদববু শকউবনা মহুৎ শীন্দুনা ঈঙ্গিৎ পীদুনা

২। Noman O'Brown, **Apollo and Dionysus, Life Against Death**, London, Routledge and Kegan Paul, 1959, Pp 151/152

৩। Fatima Sugarwala, *The Real and Ideal in Karnad's play,* Quest 12/1 June 1998, Pp 23-24

৪। J A Cuddon, **A Dictionary of Literary Terms and Literary Theory**, Fourth Edition, Mayablackwell, Deaba House, 1998, Nai Surak, Delhi - 110 006, p 256

চাংদম্নদুনা হায়বনি লৌই, মসিদা ফোঙদোক্রবসু খঙনরবা (implicit), নাকোয়ননা ফোঙদোকপা (obigue) হায়বা মরমচৎ শাগোম্লে। Baudelaire, Mallarme, Verlaine অমদি Rimbaud নচিংবনা খুৎই অসিগী মরুওইবা অইবশিংনি। Baudelaire গী মরুওইবা সিম্বোলিক কবিতাশিংদি *Correspondance, Harmonic du Soir, Spleen, La Chevelue, L'Invitation an Voyage, Be'ne'diction, An Lecteur, Moesta et Errabunda* অসিনচিংবনি। Verlaine গী **Saturniens (1966), Fêtes galantes (1869), La Bonne Chanson (1877), Romances sans puroks (1874), Sugesse (1881)**; Rimbaud গী – **Le Illunination (1886)** নচিংবা কবিতাগী লাইরিকশিং অমদি Mallarme গী অচৌইবা কবিতাশিং – *Apparition, Les Fenêtress, Sonnet alle'gorique de lui mîne, Ses purs engles, Un comp de dês, Grand oenvre;* মপূং ওইদা **Poe'sics (1887)**দা খোমজিন্নগা ফোঙখিবা পূম্নমক অসি সিম্বোলিজমগী ঈহৌদা য়াওরকপা মরুওইবা লাইরিকশিংনি।

অচম্বা অর্থদা সিম্বোলিষ্ট হায়রগা খঙনরিবসি সিম্বোল শীজিন্নবা মীশকপুনি। কলাগী লমদনা – ইবদা সিম্বোলশিং শীজিন্নদুনা নৎত্রগা কলা অমদি সাহিত্যদা সিম্বোলিজম হায়বসিবু শীজিন্নরিবশিংদুবুনি। চিত্রকলাগী লমদা পোৎশক অমগী অশেংবা অওইবা মশক মওং, মীৎয়েং অদু হকথেংননা হায়দোকপগী মহুত্তা পূক্নীংদা খল্লিবা আইদিয়া নৎত্রগা পূক্নীংগী ফীভম অদুবু মহুৎ শীন্দুনা সবজেক্তিভ ওইনা সিম্বোল শীজিন্নদুনা মচুগী মেদিয়মদা ফোঙদোকপা অদুবুনি। সিম্বোলিজম হায়বসি নেচরেলিজমগী মহৌশাগী শক্তম, লমচৎ শাজৎকা চিকোন-নাউকোননা লোয়নবগী ৰাখল অমদি রিয়েলিজমগী মীওইবা অমদি সমাজগী মনুংদা লৈরিবা অওইবা ওইদবা, ফজবা অথীবা অদু অতাবিদা ময়েক শেংনা ফোঙদোকপনচিংবগী মায়োক্তা লাকখিবনি। সিধান্ত অসিগী থাজবদি মপাম্ছোংগী মীৎনা উরিবা সমাজ অমদি মীওইবগী মরক্তা থোক্লিবা থৌদোক-ৰাথোকশিং অসিগী মহুৎ উরিবশিংসিগী ৰাংমদা মীৎনা উঙমদ্রবা মীওইবগী পুন্সিদদি মফম কল্লিবা পূক্নীংগী ইথিলশিংবু মরু ওইনা লৌদুনা পূক্নীং ইথিলদগী পোক্নকপা আইদিয়াশিংবু সিম্বোলদা ওম্ছোক্তুনা উৎপদুনি-*A literary symbol combines an image with a concept.* Metthew Arnold নদি আইদিয়া নৎত্র গা কন্সেপ্ট হায়বসিবু দিফাইন তৌরম্মী-*Poetry attaches its emotion to the ideas; the idea is the fact.*[৫] পূক্নীংদা পোক্নকপা আইদিয়া অমবু হকথেংননা ফোঙদোকপগী মহুৎ নাকোয়ননা করিগুম্বা অকক্নবা পোৎশক, ৰাহৈ নৎত্রগা খোঞ্জেলবু খুদমগী ওইবা অর্থ (সিম্বোলিক মিনিং) দা ফোঙদোকপদুবুনি সিম্বোলিজম হায়রিবসি। শৈরেং হায়বা সাহিত্যগী জেনর অসিদদি সিম্বোল হায়বসি য়াম্নমক মরু ওই। সিম্বোল শীজিন্নবনা হীরম অমদা য়াম্না পাক চাউনা, শাংনা দেক্সপসন তৌদনা ৰাহৈগী ইকনমাইজ তৌবগা লোয়ননা য়াম্না সবটল ওইবা খুদমশিংনা পূক্নীংগী ইহুলশিংবু মথৰায়

৫। Matthew Arnold, The study of Poetry, **English Critical Text** (ed) D J Fnright and Ernst De Chickera 20th impression 1998, P 260

পালহন্দুনা ফোঙদোকই। অদুবু ৱাহে নৎত্রগা পোৎশক অমবু মশাগী ওইবা অর্থদা সিম্বোলশিং শীজিন্নরবদি মতা চাদনা শৈরেংদু ওবস্ক্যুর ওইহল্লি। Jonathan Swift না Gulliver's Travels সি নুংগী ওইবা খোঙচৎ অমবু মপাম্বোংগী ওইবা খোঙচত্তা সিম্বোলিক ওইনা ফোঙদোকপা অমনি। মসি শকউদবা পূক্নীংগী ওইবা আইদিয়াশিংবু গুলিভরগী খোঙচত্তা থেংনহল্লি। সিম্বোলিজম হায়বসি ফ্রান্সতগী হৌরক্লবসু মুভমেন্ট অসিগী ইথিলদি তোঙান - তোঙানবা লোনগী সাহিত্যদা ফংখি। W B Yeats, T E Hulme, Ezra Pound, T S Eliot অমদি Rainer Maria Rilke, Stefan George নচিংবা অইবশিংগী খুৎইদা সিম্বোল শীজিন্নে। কুনগুবা চহীচাগী মশক নাইবা কবিশিংগী খুৎইদা সিম্বোলিজমগী ইথিল ফংখি।

ফ্রেন্সকী সিম্বোলিজম মুভমেন্টগী পবীংদা পুশিল্লুদ্রবসু মণিপুরী কবিতাদা সিম্বোলিক এক্সপ্রেসন অমা থিরক্লিবা কবিদি শরতচান্দ থিয়ামনি। হৌজিক ফাওবদা মহাক্কী ফোঙখ্রবা শৈরেং লাইরিকশিংদি – ১। তেঙ্গালি কারবা পোদোন (১৯৮০) ২। শো চবূন (১৯৮৯) ৩। অফ্রিকা (১৯৯৩) ৪। য়ূমলিংদবশিংগী য়ূম (২০০১) ৫। সুনামী (২০০৬) অসিনি। মসিগী মথক্তা অফ্রিকাদা য়াওবা শৈরেং কুপ্পাহুমদোইখক বি এস রাজকুমারনা মণিপুরীদগী ইংরেজিদা হন্দোক্লগা দি ৱেভস হায়না মমিং থোন্দুনা ১৯৯৬ তা ফোঙখ্রে। কবিনা মাগী শৈরেংগী ফোঙদোকপগী মতাংদা য়ূমলিংদবশিংগী য়ূম গী ৱাহৌদোক্তা হায়ঃ

> My words are symbols of my inner self– the undying spirit
> transpled by the greed feet of my society and my time.

মীৎয়েং অসোমদগী য়েংলুরবদি ৱাহে খুদিংমক পূক্নীংদা নীংলিবা করিগুম্বা আইদিয়া নৎত্রগা কন্সেপ্ট অমগী মহৎ শীল্লিবা সিম্বোল ঙাক্তনি হায়না লৌবা য়াই। কবিনা হায়নীংলিবা ৱা ম অমবু ময়েক শেংনা হায়দোকপগী মহুত্তা তোঙান-তোঙানবা ইন্টরপ্রিটেসন পীবা য়াবা মওংদা থম্মী। শৈরেংগী অর্থ অপাবশিংগী লৌশিনবা ঙম্বগী শক্তিদা মনীংতম্না থাদোকই। মাগী সিম্বোলিক ওইবা মফোঙদোক অসি শৈরেংশিংদা শীজিন্নবতা নত্তনা শৈরেংগী মিং ফাওবা সিম্বোল শীজিন্নে। অফ্রিকাদা- *উচেক মচীন* মীওইবগী খূৎশেম; *য়াচংলকপা* পুন্সি লোইশিল্লকপা; *মৈবূল* অনৌবা পুন্সিরোল; *তুরেল* মতমগী ঈচেল; *য়ূম* হ্যমেন বোডি; *অনৌবা মংফম* শিবা কুইদ্রিবা; *অঙৌবা উনপাক* নীংতম্বা পুন্সি; *য়োংকী অহি* মায়থীহনবা ঙমদ্রবা নীংতম্বা; *উফুল পুবা শগোল* অমোংপা অরানবা শন্দোরক্লিবশিং; *ডিসেম্বর* হিংসা; *চীংলৈবাক* মণিপুর; *য়ূমদোকপোক* আইদেন্টিটি অসিনচিংবনি। য়ূমলিংদবশিংগী য়ূম-*য়েন্নীংথা* আশা; *নোংমাইজিং* শান্তি; *নোংঙাল্লকপা* নীংতম্বা ফংলকপা; *নুমিদাংৱাইরম* পুন্সি লোইশল্লকপা। তেঙ্গালি কারবা পোদোন- *শম্বল* চৎনবীগী কাখল; *মূর্তি শাবা* ঈশ্বর অমদি শো চবূন– *মীথুংশঙ* পৃথিবী; *শো চবূন* মীশিং অসিনচিংবা।

মসি নত্তবা শৈরেংশিংদা কবিনা তোয়না শীজিন্নরিবা অতৈ সিম্বোলশিংদি; আশা – অয়ূক্কী লিক্না, মৈবূল, অশংবা লবূক, নোঙাল্লকপগী মায়থোঙ, থা পানখৎলকপা, নোং চুবা, নৌরিবা উপাম্বী, মৈরা, অশংবা চীংমায়, কোরৌগী মঙাল, নোঙাল্লকপা, লৈগী মরু, নুমিৎ, য়েন্নীংথা, মঙাল, অশংবা মচু, অয়ূক্কী ঙঙ্গানবা মশেক, অয়ূক; শান্তি–অঙৌবা খুনু, নোংমাইহিজিং, চর্চ, জেজস, মোনাস্তরী, বুদ্ধ, লৈমায়, অঙৌবা উচেক; অশিবা–উন মতূম, অমম্বা; ফত্তবা ফোর্স –উফুল, উন মতূম, কাইখুমখি, নোং নুংশিৎ, লংজা ক্বাক, উমাইবী, তিম্মং তুম্বৌ, ঈশিং চাইবী, অমুবা মৈখু, য়োংমু, লিক্লি মচেৎ, লিন, ভূৎ-প্রেৎ, কৈ; অচুম্বা–-লৈ, অথোংপা অচম্বা, অঙাং, চা মনা হেক্লিবীশিং; মরিল থূপচিন্দুনা থম্বা–শামু; য়ূম–পোখাফম, লৈফম; চীংলৈবাক–মণিপুর; তুহৎপিরবা কাঙলূপ–কুচু মুবী, হি; নুংঙাই য়াইফবা এক্সপ্লোইটর–কুচু ঙৌবা, জহাজ; হিংসা–ঈ, শেগাইরবা হকচাং, বোম-তোপ, নোংমৈ মরু, ওলিভ গ্রীন, ঈ মতূম, অঙাংবা ঈথেং, শারবা নুমিৎকী মৈশা, হ্যমেন বোম, হুই লাবা, ঈ-নাই তৈরবা ফি; পুন্সি–তূরেল, বস অশংবা, চাক্লিবা মোমবর্ত্তি; এগজিষ্ট তৌবা ঙল্লক্তবা–-লমফেল পাৎ, কোম্বীরৈ, কংশিল্লকবা উজাও, লোক্তাক, শঙাই, শিরোই লীলি; তুহৎপিবা–-অঙাং কম্না, কুচু মুবী, ৱাশিংটন, হো চিন মিন, লেনিনগ্রেদ, তিয়ানআনমেন স্কোয়ার, হিরোসিমা, নাগাসাকি, ফৈদাপুং, ওজিয়া জেনি স্কোয়ার, লুখাক চগুম শীজবা, কোক্কী তুম্বা, ফরদিকমবোস, হি, জহাজ, অমুবা লৈবাক, অফ্রিকা, সাউথ অফ্রিকা; সত্যতাগী মায়কৈ–এথেন্স, নাইল তূরেল, ইম্ফাল তূরেল, মীতৈগী হৌরকফম, কৌব্রু; নিরাশা–অমম্বা, নুমিদাং, থা শিবা, অকেনবা উনা, থাশিগী অহিং, অকেনবা লৈ, লেপকং কংশিল্লকপা;হ্যমেন ভেল্যু–শৈরেং, পামজবা পান্দম, চীং; মীংচৎ– থবান্মিচাক, খোংনাং মনাগী তুপী; শিবা–পোখাবা, অকংবা উনা, অঙৌব ফিনা কুম্না; অশেংবা–লুরবা মীৎ নহা,খুঙ্গং মচা, খোঙ্গুল তাম্রিবা উমং, অঙাং, লৈ, লৈশাবী, ঈশ্বর,জিজস, এপোলো, এথেনা; প্রেমীক–ওর্ফিয়স; খাঙবা কনবা–লৈপাক্লে; নুংশিবা–লৈ, খোঙ্গুলমৈল্লে, পি, পিগী তূরেল;মীওইবা-উচেক, চেগী হি, উচি, উপাল; মনীংতম্বা মাঙহনবা–মশা ককথৎপিরবা অঙৌবা খুনু, গম্লাগী খোংনাং পাম্বী; পুক্নীংদা ফাওবা ঙমদবা–থোঙ লোনশিনবা; মতম--তূরেল;হকচাং–ফি; পম্বুং–ঈপাক, চীংদোন; থম্মোয় কনবা-নুং, সহর; নীংতম্বা তাল্লিবশিং–ঈরোল্লুংগী চীং, থবান্মিচাক, উচেক;নমথাক-অমুবা মায়খুম; ইকায় খুম্নবা-লৈপরেং;খূৎশেম–রোকেট, সেটল্লাইট, নিউক্লিয়ার অসিনচিংবশিং অসিনি। কবিনা শীজিন্নরিবা সিম্বোলশিং অসি মহৌশা অমদি খূৎশেমগী পোৎশক, মীশক, লমশিং, মতমগী খেন্নবা তাক্তকশিং, পুন্সিগী তাক্তকশিং, অতিয়া, চীং, পাৎ, তূরেল, নুমিৎ, থা, থবান্মিচাক, খুঙ্গং, সহর, শা, ঙা, মৈ, ঈশিং-নুংশিৎ, হৈ, লৈ, উপাল, খাতুশিংনি। কবিসিনা খৃঃ ২০০০গী মে থাদা গ্রীসতা পাঙথোকখিবা ৱার্ল্ড পিস কনফরেন্সতা মণিপুরগী দেলিগেট ওইনা শরুক য়ারুবদা অইবনা এক্সপরিয়েন্স তৌরুবদগী গ্রীকী পুন্সি অমদি সমাজদগী পোক্লকপা শৈরেং খরদা গ্রীকী

মিথোলোজিদা য়াওবা লম অমদি কেরেক্তর খরসু কবিনা মাগী শৈরেংশিংদা সিম্বোল ওইনা শীজিন্নৈ। মখোয়দুদি থেসালোনিকি, এপোলো, এথেনা, দাইওনিসস, বেবিলোননচিংবা।

*মখোয়গী মহৌশাগী য়ূম* হায়বা শৈরেং অমদা অঙাংশিংগী ময়ূম উন্না কূপশিনখিবা, অঙাংশিংনা উনবু হঙাইদুনা খিরকপা, খিরক্লিবা মখোয়গী খোঙ্গুলবুসু উন্না কূপশিন্দুনা মাঙহনবা অদুবু নৌরিবা মখোয় কয়ামুক হৌনরবা খোম্নরবা নাইদনা মাঙখ্রবা খোঙ্গুলশিং থিদুনা মখোয়গী মহৌশাগী ময়ূম খিরকপা উৎলি। শৈরেংগী মতাং অমদাঃ

য়ূম কয়া মথং মথং
কূপশিল্লকলি
থারবা উনগী মপৈ মপৈনা।
পীক্লবা অঙাং নাবাশিংনা
খিরক্লি লেপ্পা লৈতনা
মখোয়গী মহৌশাগী ময়ূমশিং।
থারবা উনগী লমবেন্দা
তারি খোঙ্গুল মচা মচা
পীক্ল নাবাশিংগী।
উনগী মপৈ মপৈনা
হোৎনরি লেপ্পা লৈতনা
খোঙ্গুলশিংবু মূখৎনবা।

*য়ূঃ য়ূঃ লাঃ ১৮*

শৈরেংসিদা য়াওরিবা *মহৌশাগী য়ূম, অঙাং, খোঙ্গুল মূখৎপা, লম্বী* অমদি *উন* পূম্নমকসি সিম্বোল ওাক্তনি। *মহৌশাগী য়ূম* অসি ইন্দিজিনিঅস পীপলসকী এথনিক আইদেন্টিটি, কলচর নৎত্রগা মহৌশাগী খুন্নাইগী পুল্সিরোল অদু ফংননবা জাতিসিগী নৌরিবা মীবোলনা নীংতম লাল হৌরকপদুনি। মণিপুরী জাতিগী মশাগী আইদেন্টিটি ফংনবা লাম্ছেংনরিবা অঙাংশিংগী খোঙ্গুলবু উননা মূখৎপা অসি *খোঙ্গুল মূখৎপনা* হাপ্তোকপা অদুগা *অঙাং* অমসুং *উন* অনীসি অহানবগীসিনা নীংতম লালহৌবা অকোনবগীসিনা লালহৌসিবু নমথবিবা, নীংতম্ববু খোঙনেৎনবিবা ফোর্স অদুনি। *লম্বী* হায়রিবসি নীংতম্বা ফংনবগী পাম্বৈ অমনি অদুগা *খোঙ্গুলনা* নীংতম্বা ফংনবগী লম্বীদা চৎখিবা মখোয়গী পীক্লমদুনি, মসিনি উন্না কূপশিন্দুনা মাঙহল্লিবসি। মনীংতম্বা খুন্নাই অমা ফংননবা লাম্ছেংনবিবশিংবু হাপ্তোক্তুনা নমথনবা হোৎনবা অদুবু শিগ্রবশিংদুগী খূদুং লীদুনা হেন্না নৌরিবা মখোয় কয়ানা হৌনকবা নাইদনা নীংতম লালহৌ অসিদা য়াওশিল্লকপদু উৎলি। শৈবেং অসিদা শীজিন্নবিবা সিম্বোলশিং অসি মপাঙ্গল কল্লি, পীনীংলিবা য়াফম্ন সিম্বোলিক ওইবা মফোঙদোক্তা য়াম্না ফোর্সফুল ওইবা মওংদা ফোঙদোকপা ওন্মী।

লমদমসিগী লালহৌসিবু নমথদুনা শান্তি থম্নবগী মমিংদা থাজিল্লকপা লাম্মীশিংনা মীচমগী পুন্সিবু ওৎ-নৈদুনা, লমদমসিগী চনুরাশিংগী ইজ্জৎ মাঙহনবা দৃশ্য উহনবা ফজরবা শৈরেং অনীদি *চোরফোন মচুগী ইন্নফি* অমদি *ইচে* নি। অকোনবগী শৈরেংসিগী মতাং অমদাঃ

নোং অসি লেপত্রি
থোকখিগনু ইচে মপান্দা ।

নুংথিল ওইজবতনি
অহিংদা য়াওং ইনখিঙৈদগী
ঐখোয়গী নুংথিলদুদি ওইদ্রবনি।

কান্নরোই ইচে নঙগী ছাতিন্দুনা
ঙল্লোই খনবা নশাদুবু নোংলিক্তগী।

*অঃ লাঃ ৬৫*

মসিদা শীজিন্নরিবা নোং, নুংথিল, অহিং, ছাতিন পুম্নমক সিম্বোল ওাক্তনি। ব্রাহৈশিং অসিগী চপ চাবা মপাঙ্খোংগী অর্থ অদু পীবগী মহুৎ ব্রাহৈশিং অসিনা অতোপ্পা করিগুম্বা খরবু খঙনহল্লি। *নোং* না খুদোংথীবা নৎত্রগা অব্রাবা তাবা য়াবা ফীভম *ছাতিন* না হ্যুমেন রাইটস কন্ননবা লৈরিবা আইন, *নুংথিল* অমদি *অহিং* হায়বসিনা খুদোংথীবদগী মশাবু নাঙ্খোকপা য়াবা অমদি খুদোংথীবদা তাবা য়াবা মতমগী তাক্ককশিং তাকপনি। মীওইববু খুদোংথীবা, তুহৎপদগী ঙাকথোকচগদৌরিবা হ্যুমেন রাইটস কনগদৌবিবা আইননা লমদমসিদা লৈরিবা মীওইবগী অধিকারবু ঙাকপা ঙম্নক্তববু *ছাতিন* তুপতুনস্ নোংলিক্তগী মশাবু চোক্তনা কনবা ঙমদে ফোঙদোকই:

য়েংউ ইচে শূমাং খুদিংসে
ওল্লে
মঙারক কানবী।

ইচে নঙ চৎখিবা য়ারোই
লম্বী খুদিং নিল্লকলে
হৌরবা বুটকী খোঙেলনা।

*অ: লাঃ ৬৬*

কোম্বীং ওপরেসন তৌনবগীদমক আর্মিশিংনা চঙশিল্লকপদা মীচমগী পুন্সিগী মিপাইবা অমদি তৌফম খঙদবা পুক্লীংগী ফীভমদু উৎপনি। *মঙারক কানবী* হায়বসি মণিপুরদা ঙল্লিঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা মীশি চাদনা শিরবশিংবু লংথোক্লবম্বা লাঙ্গোল চীংগী শরুক অমনি । থৌরি যানবা, হু চাবা অমদি থাঙনা থিঞ্জিঙদুনা সুইসাইদ তৌদুনা শিজবশিংবু *মঙারক কানবী* দা পোৎলোয়দনা লংথোক্লগা চুক শাদুনা শাগৈদা অমুক হঞ্জিল্লক্তনবা তৌবস্বগী চৎনবী ঙল্লিঙৈ মতমদা মণিপুর সমাজদা লৈরম্মী। শুমাঙ খুদিংবু মঙাবক কানবীগী সিম্বোলদা শাগৎপনি। অদুগা

*বুটকী মখোল* হায়বসিনা সিম্বোলাইজ তৌরিবনা ইন্দিয়ান আর্মিবুনি। শৈরেং অসিদা হায়নীংলিবা বাফন্দু য়াম্না ওবজেক্তিভ ওইবা মওংদা চান-চুননা শেমগত্তুনা লমদমসিগী গতি লৈজদ্রবা মীচমগী পুন্সিগী কিনীংঙায় অমদি মীনুংশি পোক্লীংঙায় ওইরবা ফীভম অদু উৎলি। অদুবু শৈরেংসিদা শুমাঙ খুদিংবু মঙারক কানবীগী সিম্বোলদা শাগৎপসি চুশিন্নবা ঙমদে। ইজ্জৎ মাঙহল্লগা হাত্তোকপিরবশিংগী থমফম শুমাঙবু মঙারক কানবী ওইনা লৌরিবসি মঙারক কানবীদি সুইসাইদ তৌদুনা শীজবশিংতবু লংথোক্লরম্মী।

পুক্লীংদা লৈরিবা অকিবা অদুমক থোরক্তুনা আর্মিগী মখুত্তা মীতে নুপী অমনা ভিক্তিম ওইরকপা *চোরফোন মচুগী ইন্নফি* হায়বা শৈরেং অমদা উৎলি। কবিনা মাগী শৈরেংসিদা মচুবুসু সিম্বোল ওইনা শীজিন্নেঃ

চোরফোন মচুগী ইন্নফিদু পুথোক্তুনা
কূপকে তৌবদা মাগী মশাদা
তুংদগী অঙাং অমনা থামই
ইন্দোমচা ফি অসিগী মচুসি ইমাগী য়েক্লবনি।
ইমাবু মচু অসিনা মাঙহনখিবনি। ফিসিনা ইমাবু কূপ্পিগনু।

*অঃ লাঃ ৭৬*

পোইট পর্সনানা লিছোই কৌবী মমান্নবী অমা শিবদা হায়জবা বা ওইনা উৎলি। অঙাং ওইরিঙৈদা নুংতিগী লাইথিবী শান্নবদা লিছোইনা চোরফোন মচুগী ইন্নফি পুথোক্লগা লাইথিবীদা ইনবী, পোইট পর্সনানা মদু লৌথোক্তুনা লোৎশিনব্রগা নাপু মচুগী ইন্নফি ওইনা লাইথিবীদুদা হোংদোকপী। মহাক্না লোৎশিনপ্রবা চোরফোন মচুগী ইন্নফি অদু লিছোইনমুক পুথোক্লগা নাপু মচুগী ইন্নফিদু লৌথোক্তুনা মহুৎ শিন্দোকই। মদুদা মখোয় অনী শাওনরক্তুনা মশম ফোইনদুনা খৎনৈ। মতমগী মতুং ইন্না লৈশাবী ফারক্তুনা মখোয় অনীমক ময়ুম পান্নখিবদগী উন্নবা ফংখিদ্রে। অদুবু পোইট পর্সনানা লিছোইগী নিংজোল য়ৈরবা শল্লাং, চুং-ফিরাল চারবা শবান, য়েংবগী পেন্নাইদ্রবা মায়থোঙ পূম্নমক কাউথোকপা ঙমদনা নীংশিংই। অরোইবা উন্নবদদি লিছোইবু কূ অমগী মনুংদা তাদুনা লৈবা থেংনরম্মী। কনানসু খোমগৎপিদ্রবা ইচাই চাইনা তারিবা লিছোইগী শল্লাংশিংদুনা মাবু উবদা শুৎ শুৎ কপ্পগুম ফাওরম্মী। *চোরফোন মচু* অসি ইন্দিয়ান আর্মিগী সিম্বোলনি। লিছোইগী মশাদা মহাক্না পামজরম্বা চোরফোন মচুগী ইন্নফিনা কূপকে তৌবদা লিছোইগী পীক্লিবা মচানা খান্নকপা লোয়ননা মচুদুনা মমাবু মাঙহনখিবনি হায়বসিনা লিছোই আর্মিগী ভিক্তিম ওইদুনা শিখিবনি হায়বসি খঙহল্লি। মসি ঙসি লমদম অসিদা লৈরিবা মীচমগী পুন্সিবু ঙাকপি শেনবিগদৌরিবা লাম্মীশিংনা মীচমশিংবু ওৎপীবগী খম থেংবা এক্সপ্রেসননি। *চোরফোন মচু* অমসুং *নাপু মচু* বু তোঙান-তোঙানবা মিনিং পীবা মওংদা চান্নরা শীজিন্নবদি ঙমদে। *চোরফোন মচু*না আর্মিগী সিম্বোলিক মিনিং অমা পীরবসু মচুসিবু লিছোইনা পান্নিবগী মবম পীবা ঙমদে, শুপ্পদংগী পামজবা মচুসিনা সিম্বোল ওইরগা মাবু মাঙহনখিবগী পেথেটিক

ওইবা সিচ্যুয়েসন অমত্তমক শাগৎলি। অদুগা *নাপু মচু* হায়বসিনা খণ্ডহল্লিবসি করিনো শৈরেংসি পাবদা খণ্ডহনবা ণ্ডমদে। ইন্দিয়ান য়ুনিয়নগী লৈঙাক থাজবা অমদি মনীংতম্বা মণিপুর অমগী পুলিরোলদা থাজবা অনীগী মূক্লবা পীনীংবা মান্না শাগৎলক্লবসু মদুমক্তি শীজিন্নরিবা সিম্বোলিক কলর অসিনা খণ্ডহনবা ণ্ডমদে। মসি ণ্ডন্নম্বা তারবদি শৈরেংসি হেন্না মপাঙ্গল কনবা হৌজিকী অপীকপা জাতিসিগী থীভম লুশিল্লক্লিবা সমাজসিগী মীয়ামগী বাখলগী ঈচেলদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলিবা চনৈনবসি হেন্না মপুং ফানা ফোঙদোকপা ণ্ডম্বা শৈরেং অমা ওইরমগনি।

শৈরেংগী মমিং ওইনা শীজিন্নরিবা লমগী মমিংশিংদি—অগ্রিকা, সাওথ অগ্রিকা, ইটানগর, শিলং, পোগ্রান কার্গিল ঘ্যাসাল অমদি কার্গিল অসিনচিংবদা লমশিংদুগী জিওগ্রাফিকেল ওইবা মশক মওং অদু খণ্ডহনবগী মহুত্তা সিম্বোলিক ওইনা *অগ্রিকা*না তূহৎপা অমদি শেৎপা চাবা ফংদবা; সাওথ অগ্রিকানা থাক নাইদবা সমাজ; *পোগ্রান কার্গিল ঘ্যাসাল* না হিংসা; *কার্গিল*না নীংতম্বা অমদি *ইতানগর, শিলং*না য়ুরোপকী পোপুলর কলচরনা অপীকপা জাতিশিংগী মশাগী শক্তম্ সু য়োৎশিন্দুনা মাঙহল্লকপা হায়রিবশিংসি সিম্বোলিক ওইনা ফোঙদোকই। *অগ্রিকা* হায়বা শৈরেংদা অগ্রিকাবু এক্সপ্লোইটেসনগী শাথীবা লৈঙাক অমদি মসিনা ওইহল্লকপা অথনীতিগী শাথীনা শোকচিল্লকপনা শেৎপা চাবা ফংলত্তবগী সিম্বোল ওইনা লৌরগা ঐখোয়গী সমাজ অসিদা হিংলিবা লৈত-লায়রগী লায়থুং পাল্লবা খমথেংলবা অবাবগী দৃশ্য অমা শাগৎলি। মসি অগ্রিকাদা অঙৌবা কাঙলূপ্না নমথবিববশিংগী অমদি শাথীরবা চাক তাংবা ইতিহাসকী ঘটনা অদুগা চাশিন্নদুনা পেরাডোক্সিকেল ওইবা মওং অমদা উৎলিঃ

> পুংকক চাউরবী নূপীমচাশিংনা
> শেৎলিবা মফি মরোল শেগায় শেগায়দুনা
> চাথোকই হাউনা।
> . . .
> . . .
> মশাগী
> মনা থদত্তুনা শায়ব শায়বগা
> ওইনম্না
> শঙ্গু শঙ্গু লেপ্লি
> পাখং মচাশিংনা
> লৈক্রক্কী অকোয়বদা।

*অঃ লাঃ ৭৭/৭৮*

বাজনীতিগী অশোয়বনা লৈক্রক ওইবগা নৌরিবা নৌবিবী কযাগী মশাগী মখোঙ লৈক্রকসিনা থদেকপিবদগী ত্থিংবগী শাজৈনা থবৎ থবৎ কনথৎপিববদা নূপীমচাশিংনা মশাগী

সতিত্ব(chastity) বু য়োল্লগা হিংনবা হোৎনরকপা, ইনখৎলক্লিবা পাখঙ মচাশিংনা কেনিবালগুম্না মশাগী শাদোং চাথোক্তুনা মশাগী পুন্সিবু মাঙহঞ্জবা পুন্সি মহিং অমা মায়োক্লহল্লকই। মতাং অমদমুকঃ

নোংথক্তা পাইরিবা এরোপ্লেন্দা
য়েংখৎলি খৌরাংনা
ঙক্তগী হেন্না লেঙবা ঙমদ্রবা
পূক পায়দুনা খাঙলিবা
মীগী পরেং পরেংনা
ঙাইরি থাদরকপা
বোম নৎত্রগা চাক।

*অঃ লাঃ ৭৭*

গনতন্ত্র হায়বসি *রাইট টু এক্সপ্রেসন* দমক ঙায়রবা লৈঙাক অমনি হায়না মকা ফোঙদনা করেম্নরকই। ঙসিগী পুন্সি মহিংদা হিংলিবা মীয়ায়া পাম্মী—পূক থন্না চাদুনা অর্থ থোক্লা হিংবা মহিং অমা নৎত্রবদি শিবনা হেন্না পাম্মকপগী পূক্লীং মতা অদু ওন্থোক্লা ফজনা পূক্লীংদা পানবা মওংদা সিম্বোলিক দিভাইস শীজিন্নদুনা ফোঙদোকই। শৈরেংসিদা শীজিন্নরিবা সিম্বোলশিংদি- *লৈত্রেক* অর্থনীতিগী শোকচিল্লবা ফীভম; *তেলঙ্গা পাইদুনা চেল্লকপা অঙাংশিং* মনীংতম্বা অমদি আশা চাউরিবা নৌরিবশিং; *লংজা কাক* ফত্তবা ফোসশিং; *নুপীমচাশিংনা মফি মরোল শেগায়রগা হাওনা চাথোকপা* ইজ্জৎ য়োম্বোকপা; *নোংথক্তা পাইরিবা এরোপ্লেন* মীয়ামগী লৈঙাক শাসন পুরিবা মেছিনরীশিং; *ঙক্তগী হেন্না লেংবা ঙমদবা* রাইট টু এক্সপ্রেসনদমক ঙায়বা; *পূক পায়দুনা খাঙবা* চরা হেনবা; *চাক* হিংবা; *বোম* শিবা; *মনা থদত্তুনা চাবা* মশাগী মপুন্সি মাঙহঞ্জবা অসিনচিংবনি। শৈরেং অসিদা উৎলিবা—মী, পোৎ, লম অমদি হ্যমেন এক্সন পূম্নমক সিম্বোল ঙাক্তনি।

অদুগা *সাওথ অফ্রিকা* হায়বা শৈরেংগী সিম্বোলিক এক্সপ্রেসন মতাং অমদা য়েংবা য়াইঃ

কুচু মুবী ঙৌবী অনীনা কন্না চিংনরম্বা
থৌরীদুনা পুনশিনম্রে চেৎনা অমত্তা ওইনা হৌজিক্তি।
চোইনা চোইনা লৈরিবা চর্চশিংদগী খীংলকপা
কাংসি মখোলশিংসু পুনশিনম্রে অমত্তা ওইনা।
হঞ্জিল্লকত্রিবা মচাশিংবু ঙাইরিবা মমা চাম চামদি
ঙাইরি হৌজিকসু মাঙোল দারিদা মখোঙ য়াম্থরদুনা।

*য়ুঃ য়ুঃ লাঃ ৫৯-৬০*

শৈরেংসিদা জাতি-বেদ খাইদবা, অচৌ-মচা নাইদবা থাক মান্নবা অপূনবা সমাজ অমগী মশক্লি

য়েক্লিবসি। অমুবা জাতিগী মীওইশিংবু কুচু ঙৌবা বৃটিশনা মীনাই নাইথাংগুম্না খনবা, ওৎ-নৈবা, তুহৎপা, শা-মনগুম্না লোয়নবিবা ইতিহাসকী অমম্বা তাক্লক অমা লৈখ্রে। অদুগুম্বা জাৎ-কুচু খায়বগী চৎনবী (apartheid)গী মায়োক্তা লেপ্তুনা মহাত্মা গান্ধীনা চহী কুন চুপ্না ভারত মচা লীশিং নিফুরোমগীদমক, মখোয়বু তাম্বোক্লবা হোৎনবগী মায়োক্তা মায়রোং য়াদুনা অহিংসাগী পাম্বৈনা লাম্লেংনখি। অসিগুম্বা এপার্থেদকী মায়োক্তা খৃষ্ট কুম ১৯০৬ তা অঙৌবা জাতিগী মথক্তা খা আফ্রিকাগী জুলুশিংনা লাল হৌদুনা মান্নবা খুন্নাই অমা পুরকখি। হৌজিক্তি জাৎ-কুচু খেন্নবগী চৎনবী লোইখিদুনা অঙৌবা জাতি অমদি অমুবা জাতি অমত্তা ওইবা থাক্তা নুংশিননা লৈমিন্নরে। অদুবু মান্নবা খুন্নাই অসিবু পুরক্লবা হোৎনবদা মীওই কয়ানা থবায়না বলিদান কৎখিবা, ইমুং মনুং শেংনা-খাইনখিবগী মৈচাক উৎলি। শৈরেংসিদা *কুচু ঙৌবনা* বৃটিশ; *কুচু মুবী* না তুহৎপিন্নবা হম্বা থাককী মীওইশিং; *থৌরীনা পুনশিনব*না অমত্তা ওইবা; *চৰ্ক*না শান্তি; *হম্বিন্নবন*না শিন্নবশিংগী খুদম (প্রতীক) নি।

সিম্বোলিক ওইবা মফোঙদোক্তা ফোঙদোকপা অতৈ শৈরেং খরদি *নুং ওনগদবগী ওইহরিবা লৈশিং, হে পুম্রি তৌবা, কুরাংবান, লেম্না য়ৈথবকপা, চেম্নু চৎলু, খিন্নলু, বাজরবা অমা, ঐগী য়েক্লবা* অসিনচিংবা পনবা য়াই।

ঐনা লৈ ওইদুনা শাৎলি
মহাক্না নুং ওন্দুনা লাকই
ঐনা নুং অমুক ওম্নি
মহাক্না লৈ ওইনা শাৎলৈ

*অঃ লাঃ ৫০*

পূক্লীং অনীগী উনবা ঙমদববু পেরাদোক্সিকেল ওইবা মওং অমদা *নুং* অমদি *লৈ* গী সিম্বোল শীজিন্নদুনা কনাগুম্বা প্রেমীক অমনা মাগী প্রেমীকা (belovet) গা পূক্লীং অনীগী তীন্নবা (unification of two mind) হোৎনবদা তীন্নবা ঙমদবদু ফোঙদোকই। *নুং* অমদি *লৈ* গী সিম্বোল শীজিন্নবা অতোপ্পা শৈরেং অমদমুকঃ

নুং ওইয়ু
নুংদগী হৌরগা নুংদা লোইয়ু
নুংগী পুন্সি অমা শাগৎলু
নুং ওইবনা ফরবনি হৌজিক্তি।

নুংনা লৈগা থেংনবা য়াবোই
নুংনা নুংগা
লৈগা লৈগা

অদুদগী মঙাল।

*অঃ লাঃ ৪৪*

শৈরেংসিদা *নুং* থম্মোয় কনবা, *লৈ* থম্মোয় শোনবগী মশক উৎপনি। হৌজিক্কী মতমদা থম্মোয় শোনবগী মফম লৈতবা থম্মোয় কনবা, মীগী য়েংদবশিংনা অঘোৎপা থম্মোয় চেনবা মীওইশিংবু মাঙহন্নবা হোৎনরিবা, নূংথং পায়দুনা তান্নরক্লিবা মখোয়গী মমাঙদদি নুং ওইবা তাবনি নৎত্রবদি এগজিষ্ট তৌবা ঙম্লোই নূংদি নূংগতা থেংনগদবনি, নূংগা লৈগদি থেংনবা য়ারোই হায়বসিনি। মথক্কী *নুং ওনগদগী ঙাইরিবা লৈশিং* অমদি *ঐগী য়েক্লবা* অনীদা থেংনখিবা সিম্বোলশিং থোইনা হোংদনা শীজিন্নদুনা ইনোসেন্ট ওইবা, থোং নৌজরবা পুন্সিশিংবু হেন্না চাউবা শক্তি অমনা নৈথাইবিবা উৎলিঃ

খাংখোদনা থোৎলবী লৈনা
করিগী তুকথরি
নূংগী থম্মোয় অমদি লৈবদায়
অদুনরা মউঙাক্তা লেপ্লিবা?
মরু ইকোক কোক্লবা
লেপকং কংলবা উজাওশিং হিংলি
আশা অমদা।

*শোঃ চঃ লাঃ ৪৪*

শৈরেং অসিদা *লেন*না অশোনবশিংবু নৈহৎলিবা শক্তি; *থোৎলবী লৈ* বুনা নাখন লৈজদ্রবা অতোনবশিংগী পুন্সি অমদি *লেপকং কংলবা উজাও* বুনা আশা তৌরুবগী কান্নদ্রবা পুন্সিগী প্রতীক ওইনা শীজিন্নে।

সিম্বোলিক ওইবা মফোঙদোক্তা হ্যমেন সর্ভাইভেলগী ঋফম উৎপা শৈরেং অমগী পরেং খরা লৌখৎলিঃ

ঙাজাও অমখক
কপ কপ তৌরম্মী
ইমায় মথক্তা।
. . .
থাংজিং অমখক
খিংগৎলকই তপ্লা
ইমায়থক্তা।

*তেঃ কাঃ পোঃ লাঃ ২৪*

*কুরাংবান* হায়বা শৈরেং অমদমুক চারা অনীশুনা চাবা ফংদ্রবা লায়রবশিংগী পুন্সিবু কারবারবালাশিংনা কারবার শান্নরকপগী মশক উৎলি। মপাম্ছোংদদি লায়রবা অতোনবশিংবু

মীনুংশি উত্তুনা নুংশিবা মালহনবা, লায়বশিংগীদমক অহোংবা মমলদা চেঙ ফংগনি হায়না সাইন বোর্ডতা থারগা, পোৎ লৈবা চৎলুবগনা অহোংবা চেঙ লৈত্রে হায়দুনা অতাঙবা চেঙ নমদুনা য়োন্নবা হোৎনবা, কাববাববালাশিংগী এপিয়াবেলকা রিএলিটিগা শাথীনা লাপ্পবা, মখোয়গী মীনুংশি মরীক অমত্তা পক্তুবা কল্লবা থম্মোয়দা লায়ববা অতোনর্বাশিংগী মীৎকী পিনা তাবদা করিসু ফাওহনবা ওমদবদু মতাং অমদা উৎলিঃ

হনুবীগী মিৎলূদগী শিষ্টবকপা পিরাংনা
লৈমায়দা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈবদি
খোঞ্জেল অমত্তসু থোকখিদে।

*শোঃ চঃ লাঃ ৪৮*

মুড অসি ইকায় কায়দনা চখ্রকপা শৈবেং অমসু য়েংবা য়াইঃ

লিক্লি মচেৎ,
মচেৎ, মচেৎ
পুমতোয় তোয়রবা
অমনা অমুক
অমনা অমুক
চাওরবা নূংজাওদুদা
ফাক ফাক থোমমি-

*তেঃ কাঃ পোঃ লাঃ ৪৩*

শৈবেংসিদা তুশোল্লবা মীওই অমগী পুন্সিবু *লীক্লি*গী খুদমদা শাগত্তুনা ময়াম চঙদুনা মীনুংশি খঙদনা থূগাই -য়েৎথাইদুনা মাঙহনবা উৎলি।

শিবগী হীরমদা ইবা সিম্বোলিক এক্সপ্রেসন শীজিন্নবা শৈবেং অমমুক য়েংবা য়াইঃ

ঐবু য়োকপীরকপগীদমক
ওলহনিংদবনি ইপুবোকপু উন মতূম
অদুবু ওমদ্রে
অসিননি
ইপুবোকপু ঐনা অসুক্কী মতীক
নুংশিজরিবা

*অঃ লাঃ ৩৬*

*উন মতূম* অসি অশিবগী সিম্বোল ওইনা শীজিন্নবনি। মীওইবগী শক্তি পূম্নমক্কী বাংমদা অশিবা হায়বদুনা পুন্সিবু খুদূম চনখিগনিকো হায়বগী বাখলসিনা পোইন্ট পর্সনানা মপুবোকপু অসুক্কী মতীক নুংশিজবিবনি, নুংশিনা শেবা তৌজনীংলিবনি ফোঙদোকই ঃ

মোমবর্ত্তি অসিমফাওবদি ফবনি

তুম্না অমুক্তা চাকহনবা

*অঃ লাঃ ৩৯*

শৈরেংসিদা *মোমবর্ত্তি* অসি মীওইবগী পুন্সিবু সিম্বোলাইজ তৌবনি। মীওই মপোকপু মহৌশাগী ওইবা ন্যেচরেল কেলামিটি অমগী চৈথেংনা মাঙহল্লকপদা কবিনা থাজজবা ক্রেএটর অমদা হায়জবনি। পুন্সি হায়বসি চাক্লিবা মোমবর্ত্তি অমগুম থুনা লোইশিনখিনি । Shakespeare নসু মীওইবগী পুন্সি অসি চাক্লিবা মোম্বর্ত্তিগী ইমেজ ওইনা শীজিন্নখি।

*কলকতা ঐগী কলকতা* দা অরবানাইজ তৌরবা, চাওখৎলবা সহর অমগী মশক, পীক্লিবা অঙাংশিং ফাওবা প্লেটফোর্ম মনাক্কী খোপড়া মনাক্তা, থোখ-নৌথবা, শীথশিন্নবা, তৌশিন্নববু পুন্সিগী ফাদবা য়াদ্রবা পড়া অমগুম্না মমা মপাশিংনা তম্বীবা; ট্রেনগী খোঙনাওদা মখূৎ তিংথোক্তুনা পৈশা নিরুনবা, মসি পুম্নমক মীশিং থুনা হেঙ্গৎলক্লিবা সহর অমদি হিংনবগীদমক রিএলিটিদগী লাপথোক্তুনা এপিয়ারেন্সতা ঙায়রকপা, নুংগা শম্নবা ঙমদবা পুন্সি মহিং অমা শাগৎনবা হোৎনরকপা অসি ইন্দষ্ট্রিয়েল সিটি অমগী কল -করখানাগী মৈশু মপৈ মপৈনা অহাঙবা অতিয়া শীনবা থুংনা শিন্সিং থাজিল্লকপগুম কুপশিল্লকপবু সিম্বোলিক ওইনা মোৎশিল্লকপা নৎত্রগা আশা মাঙলক্লবা সমাজ অমগী পুন্সি উৎপনি।

অপীকপা মণিপুরী জাতিগী হিংবা শিবগী নুংনাংবা ফোঙদোকপা শৈরেং খরদি *লমফেল পাৎকী কোম্বীরৈ ;লোক্তাক অমসুং শঙাই* অমদি *সিরোই লীলি*নি । *লোক্তাক অমসুং শঙাই* হায়বা শৈরেংদা মণিপুর অমসুং মণিপুরীশিংগী চপ মান্নবা দশা উৎলি। ইনর লাইন পার্মিৎ য়াওদনা চঙশিল্লকপা মীতোপশিং নোংমা নোংমগী মশীং হেঙ্গৎলকপনা মরমদমদা মণিপুরীশিংনা মাইনোরিটি তারকপগী ফীভম লাকপা অমরোমদনা ইন্দিয়ান য়ুনিয়নগী মনুংদা মণিপুরগী ঙমখৈ ঙাকপা ঙমশিল্লক্তবা; কবো ভেলি, মোলচাম মণিপুরদগী মাঙজখিবা মসিদসু নত্তনা মণিপুরগী চীংগী লম পুম্নমক গ্রেটর নাগালেন্দ অমগী মও মঙলিবা নাগাশিংগী মখূত্তা মাঙজরগদ্রা হায়বগী ৱাফম লাকপা;টেরিটোরিয়েল ইন্টিগ্রিটি কায়রদ্রা হায়বগী মতাংদা ভারত সরকারগা এন এস সি এন (আই-এম) গা ঙমখৈ থমদনা সিজ ফয়ার থম্নুবদগী জুন ১৮, ২০০১ মীয়ামগী ইহৌদা লাম্নীশিংগী মখূত্তা মরৈবাক নীংবা থৱায় কয়ানা বলিদান কৎখিবা অমদি মীওই-চা কয়াবু অশোক-অপন নংহন্দুনা শোইনাইহনখিবা ইতিহাসতা লাচনগ্রবা থৌদোক লৈরি। *লোক্তাক* অমসুং *শঙাই*বু সিম্বোলিক মিনিংদা লৌরিঃ

পুল্লপ শিমিন্নরগে হায়বা নখোয় অনীগী
চপ য়ুংবা ৱাখলদুনা
শীংনরিবসি কনাদনো

*মুঃ মুঃ লাঃ ১০০*

*কোম্বীরৈবু* লমদম অসিদা লৈরিবা য়েলহৌঙেগী মীয়ামগী সিম্বোল ওইনা শীজিন্নদুনা লমদম অসিগী এথনিক পীপলসকী মরাইবক অসি কলচরেল্লি, ইকোনোমিকেল্লি অমসুং পোলিটিকেল্লি

নেগ্লেক্ট তৌবিবদগী মণিপুরী জাতিগী মরাইবক অসি মরমদমদা কৈশুমশঙগুম্না খল্লকপা অদু সিম্বোলিকেল্লি উৎলি। লমফেল পাৎনা মাঙখিবগা লোয়ননা কোম্বীবৈনা মাঙখিবদু মণিপুরনা মাঙখিবদা মণিপুরীশিংগী ওইগদবা মরাইবক অদুগা পেরেল্লেল অমা পীরিঃ

লমফেল,
নঙনা জেল ওইরক্লবদা অসুম অসুম
লৈনিংগনি করম্না,
শাৎনিংগনি নুংঙাইনা,
মিয়াৎ তারবী ফাদোক্লুম
নঙগী চেকপলনুংদা,
লৈশক হেনবী কোম্বীরৈ

*মুঃ মুঃ লাঃ ৪৪*

মীৎযেংসিমক *শিরোই লীলি*দা ফোঙদোক্লবসু শৈরেংসিদদি মখোয়বু মাঙহন্নবা হোৎনরিবশিংগা লাম্ছেংনবকপগী, শীংনবগী ফজবা অমা মাগী কবিতাদা হাপচিল্লকই। মাগী শৈরেং অহুমমকসিদা *কোম্বীরৈ, শঙাই* অমদি *শিরোই লীলি* অসি এথনিক পীপলসকী সিম্বোল ওইনা উৎপনি। মপাঙ্গল লৈরবা মফোঙদোক্তা *কাইখুমফি*দা লমদমসিগী মীয়ামসিবু রিজন ওফ টেরবদা লৈঙাক্লবা, নোংমৈনা ৱায়েননবা হোৎনরিবদুবু *কাইখুমফি* না রিপ্রজেন্ট তৌরগা লমদমসিদা হিংলিবশিংবু কুপশিন্নবা হোৎনরকপগী মায়োক্তা শুমাঙ থেলোং, লবুক-লম্মাংশিংদা শান্নদুনা লৈরম্বা অঙাংশিংনা কাইখুমফিগী মায়োক্তা লাম্ছেংনদুনা শীংনরকপদুনি।

শান্তিগী পাউজেল সিম্বোলিক ওইনা পীরিবা ফজরবা শৈরেং অনীদি *লমশাঙ চৎপা* অমদি *ঐগী লম্বী* হায়বসিনি। অকোনবগী শৈরেং অসিদা পৃথিবীদা লৈরিবা খেন্নবা জাৎ, কুচু কয়া লৈরবসু মীওইবা পূম্নমক অমত্তনি পূক্লীংগী চৈনা-চৈথেং, কপ্পা নোকপা মীওইবা পূম্নমক্কী পুন্সিদা ফাওরিবনি অদুনা অমনা অমদা নমথদবা চপ মান্নবা থাক্তা হিংমিন্নবা পাম্বগী মীৎয়েং ফোঙদোকই। *লমশাঙ চৎপ* না হিংসাগী মৈশা কনখৎলক্লিবা, নিউক্লিয়ার লানগী থৌরাং তৌদুনা লৈরিবা সমাজদা হিরোসিমা অমদি নাগাশাকি অদুগা অমুকসু গ্রেটব্রালনা টুরিষ্টশিংগী মফমদা নিউক্লিয়ার ৱারগী কিনিংঙায় ওইরবা মতৌ উৎলিবা অমদি শান্তি পাম্বগী ৱাফম ফোঙদোকই। অগষ্টকী ৬, ১৯৪৫ দা অমেরিকানা এতোম বোম থাদবদা উৎ ওনথ্রবা হিরোসিমা সহর, মী লীশিং ৮০ হেনবনা শিখিবা লীশিং কয়ানা শোয়নাইহনখিবগী থৌদোক নীংশিংনবা মফম পিস পার্কতা লৈরিবা মূর্ত্তি সদাকো শাশাকি হায়বা বোম তাবা মতমদা চহী অনীতা ঙায়রিবা, মতুংদা চহী ১০ লৈরগা নাবক্তুনা লৈখিদ্রবীসিনা হোসপিটালদা লৈরিঙেদা চেনা কাংঙ কয়া শারম্বদু নীংশিংদুনা কাংঙ পায়দুনা লেপ্লিবী সদাকো উবদা লানফম অমগী অকিবদু মাগী শৈরেংসিদা সিম্বোলিক ওইনা ফোঙদোকইঃ

নকশিনবা কিদুনা
পিস পার্কতা লেপ্লিবী

মণিপুরী শৈরেংগী শক্লোন অমা/৮৪

সদাকো-দা পীরন্নগা চৎখি

চেগী কাংগু অমমম

*অঃ লাঃ ৯৯*

*কবিনা শীজিন্নরিবা সিম্বোলশিং অসি অয়াম্বনা পোৎশক, মীশক অমগী মহুৎ শীন্দুনা শীজিন্নবদগীদি আইদিয়া নৎত্রগা কন্সেপ্ট অমগী মহুত্তা শীজিন্নবনা মপূং ওই।* কবিগী অহানবগী শৈরেং *লাইরিক অনী—তেঙ্গালি কারবা পোদোন* অমদি *শো চবূনদা* ভাব তানা *সিম্বোল* শীজিন্নবগী মওং থেংনদে। কবিনা ১৯৯৩দা *অফ্রিকা* ফোঙলকপদগীদি সিম্বোল মওং তানা শীজিন্নবা হৌরে। হায়নীংলিবা বাফম্বু হকথেংননা হায়বগী মহুৎ সিম্বোলিক এক্সপ্রেসন্দা মতীং লৈনা ফোঙদোকই। য়ুমলিংদবশিংগী য়ুম লাইরিকসিদসু সিম্বোল মরাগু কায়না শীজিন্নরবসু সিম্বোল খাইদগী নীংথীজনা ফোর্সফুল ওইনা শীজিন্নবা ঙম্বদি *অফ্রিকা* হায়বা শৈরেংগী লাইরিকসিদা য়াওবা শৈরেংশিং—*ইচে, চোরফোন মচুগী ইন্নফি, অফ্রিকা* অমদি *পৃথিবী* অসিনচিংবনি। সিম্বোল শীজিন্নবা মতমদা সিম্বোল অমবু শৈরেং শৈরেংগী ওইনা মান্নদবা অর্থদা শীজিন্নবা খরদি *চীং মচা মচা* হায়বা শৈরেং অমদা *হি* বু ফত্তবা ফোর্স নৎত্রগা এক্সপ্লোইটরগী অর্থদা শীজিন্নরগা *মহাক্কী মফমদা* হায়বা শৈরেংদমুক এক্সপ্লোইটেদ গ্রুপকী মীওই অমনা মীয়াম্বু অৱাবগী ঈপাক্তগী লাম্থোকপিবা ঙম্বা সেভিয়র অমগী অর্থদা শীজিন্নে। *নোং* বু অফবা অমদি ফত্তবা মিনিং অনীমক্তা শীজিন্নে। মসিনা অপাবদা চয়েৎনরকপা, করিগুম্বদা সিম্বোলশিংদুনা হায়নীংলিবদু ময়েক শেংনা খঙহনবা ঙমদবা, ওবস্কুর ওইরকপা শৈরেং খরদা থেংনৈ।

# বিরেন্দ্রজিৎকী শৈরেংদা নীংতম্বগী ৱাখল্লোন

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম আইটিজগী অথেংবদা থোরকপা মশক নাইরক্লিবা কবিনি। মহাক্কী শৈরেংগী লাইরিক অহুম ফোঙথ্রে, মদুদি—১। সিবু হৌনরিব্রা ইমা (১৯৯১) ২। ফাদোক অমগী শৈরেং (১৯৯৫) ৩। লাম্হেংনরিবা লাম্মী (২০০০) অসিনি। শৈরেংগী মপূং ওইবা হীরমশিংদি -নীংতম্ববু ঈথৌলাংজবা; নীংতম লানফম অসি থোরকপগী মরম উৎপা; লানফমগী চৈথেং ফংলবশিংগী শোক্লবা পুন্সি অমদি নীংতম লানফম অসিগী ওইরকপা য়াবা ফল উৎপা অসিনি। মণিপুরী জাতিগী নীংতম্বা পাম্বগী ৱাখল্লোন নৎত্রগা মীৎয়েং উৎপসি মাগী অহানবা শৈরেং লাইরিক সিবু হৌনরিব্রা ইমা হায়বদুদা থাবা হৌখিবা কবিগী কল্পনাগী লৈরাংদু সেন্সিব্লিটি থৌবা কবিনা কন্সিঅস ওইনা নীংবদা থৌবা ৱাখলগী পরীং অদু মওং তানা চুং-ফিরাল চানা পুথরক্তুনা মকা ফম্না শাৎকায়রক্লে হায়বা তাই। কবিগী মীৎয়েংদা হেন্না চেৎশিলকপসিনা পুখৎলক্লিবা হীরমসি পংহায় হায়বা নত্তে, মশাগী অচেৎপা মীৎয়েং শাগোন্নরিবদু উদবা য়ারক্তে, কবিনো হায়বিবসি খন্দবা ঙমহল্লক্তে, মসিনি অপাবশিংগী মফমদা পীরিবা ৱাখল খন্ননবা মচাক অমদি। অসিগুম্বা মরৈবাক্লা নীংতম্বা পাম্বগী খোঞ্জেল অসিমক্তি কুনশুবা চহীচাদা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী য়ূম্ফম থোনবদগী শাগোন্নরক্লবনিঃ

> মতমগী শৈরেংদা ঈগী মতৌগুম্না অমত্তা ওইনা পুন্দুনা লৈবা, চপ মান্নবা
> মশক অমদি নীংতম্বা পাম্বগী সমাজবু নৌনা মশক খঙলকপগী, বন্দি ওইনা
> হিনীংলক্তবগী মুর্ত্তি অসিনি।[১]

মী অমা হায়বসি য়ূম্ফম ওইরিবা সমাজ অদুগী পোত্থোক অমনি; সমাজ হায়বিবসিনা মীওই কাঙলুপ অদুগী অপূনবা শক্তি অমনা শাগৎলকপনি অদুগা সাহিত্য হায়বসিনা মফম মতমদুগী ফীভমদুদগী নাউপুদুনা পোক্লকপনি। মী হায়বসি সমাজগী পুন্সিবোল অমদি মফম মতমদগী খাইদোক্তুনা থম্বা য়াদবদু W H Hudson না উৎলি—*every man is belong to his race and age* কবিদি মশাগী খৃৎশেম হৈবগী মশক্লা কলাগী পোত্থোক অদু—*not of an age but of all ages* হায়বদুসু ওইহনবা ঙম্মীবনি। সাহিত্য হায়বসি মপাম্বোংগী শোক তারিখকী সেক্যুয়েন্সতা রেকোর্ড তৌবদু নত্তে; থোক্লিবা থৌদোকশিংদুগী মকমদা থৌদোকশিংদু থোকখিবা অমদি থোক্লগদৌরিবশিংদুগী মবমদসু নৈনৈ। Aristotleনা মাগী **Poetics**তা বি সি গী মতমদনা ৱাফমসি হায়রম্লবনি। Robert Duddley না সাহিত্যবু হৌখিবা অমদি লাক্কদবা অনীগী মপূং ওইবা পুক্নীং ইথিল (essential spirit)অদুবু মচু তনা ফোঙদোকপনি লৌখি। John Ruskinনদি সাহিত্যবু—*spiritual history of a nation* নি

---

১. লোংজম জয়চন্দ্র, *অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশাগী ওইবা মশক*, মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, (সম্পাদকশিং)ড নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ অমসুং ডা থোকচোম ইবোহনবী সিংহ, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, অহানবা থোরকপবা: ২০০১, লা: ১২৩

ফোঙদোক্লম্মী। অইবা হায়বসি সমাজগী ওইরিবা মতমগী নুংশিৎ নুংশাদা শ্বর হোন্দুনা চাউরকপা, মতীং লৈনা হিংলিবা মীশক অমা ওইনা সমাজগী থবক থৌবমশিংদা রেসপোনসিঅবল লৈবা মীশক অমসু ওইবা তাবনি; অইবা মশাদু সমাজদগী খাইদোক্তুনা লৈবা য়াবা নত্তে। অফবা সাহিত্যাদি যুগকী নমথবিববা, তুহৎ নৈহৎপিরবা মীয়ামগী পুক্লীংদা ফোঙদোকপা ঙমদনা লৈরিবা কয়াদু নীংথীজনা মরীক চুম্না ময়েক শেংনা ফোঙদোকপা ঙম্বদুনি। নমথবিরবা মীয়ামগী শোক্লবা নুংগী য়াবা (authentic voice) ফোঙদোকপিরমদনা শক্লাইখিবা করম্বা যুক্তা করম্বা কবি পোকখিবগে?

কবি বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগী শৈরেং অয়াম্বগী হীরম ওইরিবা নীংতম্বগী ৱাখল্লোন অসিমক্তি মহাক্কী গ্রোথ অপতা য়াওখ্রবা জাতিসিগী সোসিঅল হিষ্ট্রিনা পীরকপনি; পাল্লিবনা মনীংতম্না হিংজবা জাতি অমগী অনৌবা ইতিহাস অমা শাগৎপা। বিরেন্দ্রজিৎতি নীংতম্বগী হক মৎপিখ্রবা জাতিসিগী মীয়ামগী মরূপনি। চক মরিদা খেন্নবা মমিংশিংদা খঙনরম্বা শাগে সলাই কয়ানা পূনশিল্লগা ওইখিবা ঙসিগী *মণিপুর*সি খৃঃ ৩৩শুবা চহীচাদগী মনীংতম্না নিংথৌ পান্দুনা মশাগী লৈঙক্লোন, শেম্মীৎলোন অমদি নাৎকী মচলশিংগা শাগোন্নরক্লবা খুন্নাই ওইরকই। খৃষ্ট কী ১৮শুবা চহীচাদগীদি মণিপুবগী মরাইবক থীবা মতম য়ৌরকখি। মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮) মহারাজগী মতমদা রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপা শান্তিদাসনা নিংথৌগা তান্নদুনা রামান্দি ধর্ম্মবু নমদুনা শন্দোকপনা মীতৈশিংগী অরিবা লাইনীং মাঙহন্নবগী পরীংদা–উমংলাইগী কোনমায়শিং খোমজিন্দুনা মোংবহনবদা ফুমজিনখিবা অমদি অরিবা লাইরিকশিং খোমগত্তুনা কংলা উত্রা মমাঙদা মৈ থাবগী থৌদোক *পুয়া মৈ থাবা* (১৭৩২) পুন্নমকসিনা মণিপুরী জাতিগী শক্তম মরূ ফংনা মাঙহননবা হোৎনবদসু জাতিসিগী শক্তমদি মপূং ফানা মাঙহনবা ঙমখিদে। খৃষ্ট কী ১৮১৯-২৫ ফাওবা অৱা (হৌজিক্কী ম্যেনমার) গী মখৃত্তা চহী তরেৎ খুম্ভাকখি। রমান্দি ধর্ম্ম লৌরুবদগী সংস্কৃতিগী কন্না লান্নংলিবা মতমসিদা নোংপোক এসিয়াদা মপাঙ্গল কনখৎলক্লিবা লোইলম শন্দোকপা বৃটিশকা মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহগা রাজনীতিগী ওইবা মরী লৈনবা হৌরকখি। মতমসিদনি লৌনম চাউবা বৃটিশনা নিংথৌগী অয়াবা য়াওদনা মণিপুরগী স্কোয়ার মাইল ৭,০০০ কী লম *কবো তম্পাক* ব্রহ্মাদা পীথোকখিবা, মদুগী স্টাইপেন ওইনা চহীগী লুপা ৬,০০০ খ্ ১৯৪৭ ফাওবা বৃটিশ সরকারনা ফংখি। মৈদিংঙু সুরচন্দ্রগী মতম য়ৌরকপদদি অচেংবা ঙাইদুনা লৈরিবা বৃটিশনা নিংথৌ মচাশিংগী য়ানদবদা হিদোংশিল্লকপদগী মীয়াম হৌরক্তুনা বৃটিশ ওফিসার মঙা হাৎখিবগী থৌদোক্তগী বৃটিশনা মায়কৈ অহুমদগী লান্দারক্তুনা খৃষ্ট ১৮৯১ দা বৃটিশকী মখৃত্তা মণিপুরনা মশাগী মনীংতম্বা মাঙখি। লানফমদুগী ক্ষেতিপুরন ওইনা লুঃ ২,০০,০০০ অমদি চহীগী ওইনসু লুঃ ৫০,০০০ কাঙ্গৎ ওইনা পীবা তারকপগী অৱাবা মায়োক্লরিঙৈ সরকারগী থৌশিল শোয়বদগী খৃষ্ট ১৯০৪ অমদি ১৯৩৯দা অহানবা, অনীশুবা *নুপী লাল* থোকখি।

অসুম্না লাকপনা বৃটিশকী মখুত্তগী খৃষ্ট ১৯৪৭ দা মনীংতম্না ফংবা চহী ফাম্রিগুদা বোধচন্দ্র মহারাজবু শিলোংদা কৌরগা ভারত সরকারগী মীহুৎ ভি পি মেনন অমদি অসামগী গভনর শ্রী প্রকাসকী মমাঙদা মণিপুর ভারত্তা মর্জ তৌরে হায়বগী সহি নমদুনা তৌহনখি হায়বগী নুংঙাইহনবা কোত্ত্রিগুদা নেহরুনা খৃষ্ট ১৯৫৪ দা কবো তম্পাক ব্রম্মাদা পীথোকখিবা; আমর্দ ফোর্সেস (ইস্পিসিঅল পবার) এক্ট ১৯৫৭ থমখিবা; পুম্নমকসিদগী ঈখেং মরক্তগী নীংতম লালহৌবগী ওর্গনাইজেসনশিং পোক্লকখি। কংলাদা লাম্নী থমজিনবা পুম্নমকসিনা মীতৈশিংগী থম্মোয়দা মীখা পোনবগুম খলহল্লিগুে;মনম মনম শীঙ্খিবা ঈখেং মনম কোত্ত্রিগুে মপূং ওইনা মণিপুরগী ওইবা লম য়াওনা গ্রেটর নাগালেণ্ডগী মঙ মঙলিবা এন এস সি এন (আই-এম)গা ভারত সরকারগা জুন ১৪, ২০০১ দা বেক্কোক্তা লমখৈ লৈতনা সিজ ফয়ার লাউথোরকপগী ময়োক্তা হৌরকখিবা মীয়ামগী ঈহৌদা মণিপুরী এসেম্নিগী বিল্ডিং অমদি সরকারগী ওফিস কয়া মৈ থাদোকখিবা, মসিগা মরী লৈননা মীওই ১৮গী পুন্সি মাঙখি। ওইরক্লিবা ফীভমসিদা ইন্দিয়ান য়ুনিয়নগী মনুংদা মণিপুরনা মশাগী টেরিটোরিঅল ইন্টিগ্রিটি ঙাক্তুনা ইজ্জৎ লৈনা হিংবা ঙম্নরোই খনবদগী জাতিসিগী মীয়ামগী পুক্লীংদা মনীংতম্না মণিপুর অমা পাম্নরকই। ইন্দিয়ানশিংনা ঐখোয়গী প্রোব্লেম খঙবিররোই খনবগা লোয়ননা মতম অমদা মীপাল তাংদনা মরোমদোম মনীংতম্না হিংজরম্বা পুন্সিরোলদুদা হঞ্জিনবা পাম্নরকই। পুন্সি হায়বসি নীংতম্বা ফংলগা নৎত্রগা লৈরগা লোইনমক লৈ নৎত্রগা ফংই। নীংতম্ববু লৈত্রবদি করিসু লৈতে, নীংতম্বদি মী অমগী হিংবগী বেসিক কন্দিসননি; মসিবু লৈত্রবদি পুন্সিদা অতোপ্পা অমত্তগী মমল লৈতেঃ

> It is freedom which is the foundation of all essence by surpassing the world towards its own possibility.[২]

নীংতম্বা অসিতবু ফংননবা ইতিহাসতা জাতি কয়াগী মীওইশিংনা পুন্সিবু বলিদান কৎনখি। অসিগুম্বা নীংতম্বা অসিদি Rousseau না—*Man is born free but he is in chain everywhere* হায়খ্রবনি। মফম, মতম অমদি মহৌশাগী মফমদা মীওইবনা ফাদোক ওইরবসু মীওইবনা মীওইবগী মথক্তা নমথবগী লৈঙাক চথরকপগী মায়োক্তদি নীংতম লালহৌ তৌরকপা শোয়দবনি। Lord Byron গী *On the castle of Cylone* দা নীংতম্বগী স্পিরিটপু মপাঙ্খোংগী শক্তি অমত্তনা নমথবা ঙমদবা, হকচাংনা কৈশুমশঙদা ফাদোক তাদুনা লৈরবসু মপুক্লীংনা অথীংবা পুম্নমক্তগী নাঙ্খোক্তুনা উচেক্নম্না মরৈবাক থুংনা কোয়পাই পাইখিবদু উৎলি। **Hemingway** গী নোভেলেট **The Old Man and the Sea**গী কাউঙমদ্রবা পরেং খরা নীংশিংই - ***A man can be destroyed but not defeated*** [৩] নীংতম্বগী ঝাখলসি খনবা শুংয়ামক য়াদ্রবা, খলহৈদ্রবা খম্লুবমক্তদা আইনগী ওইবা মীৎয়েংদা মরাল অমা লংশিঞ্জরবগুম

---

২। **Jean Paul Sartre, Being and Nongthinguess**, trans, Hazel, E Burnes, p 438

৩। Ernst M Hamingway **The old man and the Sea**, Surjit Publications, Delhi, 1996, p 103

খনবা মীওইশিংনা মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা আইটিজগী অথেংবদা থোবকপা অইবশিংবু লালহৌবদা সপোর্ট তৌবা, সেপ্রেটিজ মুভমেন্টতা ইথিল পীবশিংনি হায়না ফাওবা মরাল শীবগুম্না হায়। অদুবু করিগুম্বা ফুরূপ অমনা মীখা থাগ্রবদা নমথবিববশিংনা লিবরেট তৌনবা হোংনবদা মখোয়না ঙমজবা পাম্বে অমা শীজিন্নবদা অচৌবা মোরেল গ্রাউণ্ড লৈবনা মখোয়বু মালেমদা নীংতম ঈহৌ ওইনা ইকায় খুম্নে। বাফমসি য়ুনাইটেদ নেসন্সনসু য়ারিবনি। বাখল হায়বসি খন্দবা ঙমদবা, সিদগী হেন্না খনবা য়ারোই থিংবা য়াদবনা নীংতম্বগী বাখল খনবদা অরানবনি খল্লিবশিং মখোয় মশামক্তা মতমগী মমাঙদা মশামক্কী বাখল্লোনদু অরানবনি হায়জরখিগনি;মসি মতম্না পুরকদবনি। সমাজ অমদা হিংলিবা আদীবাশীশিংনা মশাগী টেরিটোরিঅল ইন্টিগ্রিটি ঙাক্তুনা মশাগী দিটরমিনেসন লৈনা হিংজগে হায়বসি তাঙবা য়াবা বাফমনি। জাতিগী শক্তম্বু হৌজিক্কী মতমদা মরুওইনা লৌনরক্লিবগী মরমদি মশাগী ষ্টেটস অমদি রিকগনেসনগী বাফম হেন্না এলার্ট ওইবা হেঞ্জিল্লকপদগীনি। মীওই কাঙলূপ অমনা মনীংতম্না হিংদুনা লৈবদা বাফম অনীখক মরু ওইরি—অহানবদা, মতমগী পরীংদা ফুরূপ অদুগী মীওইশিংনা মাগী সর্কমস্টেন্সতা পলিটিকেল্লি মশাবু কঞ্জবা ঙম্বা; অনীশুবদা, মতমগী পরীংদা মীওই কাঙলূপ অদুগী মশক তাকচরিবা মখোয়গী পারী-পুরীগী নাৎকী ওইবা মচলশিং (cultural heritage) অদু নীংথীজনা চেকশিন্না য়োক্তুনা, কন্দুনা থম্বা চঙলি। ফুরূপ অমগী মমল লেপ্পা হায়বসে নাৎকী ওইবা মশাগী মমল অদুগী য়ুম্ফমদগীনি। অসিগুম্বা সমাজসিদা হিংলিবা ঙসিগী মীয়ামগী বাখল মীৎয়েং ফোঙদোক্তুনা কবি বিরেন্দ্রজিৎনা শৈরেং ইরকই। নীংতম লানফম অসি হৌরক্ল বগী মরম ওইরিবা লমদমসিগী নীংতম্না হিংজরম্বা পুন্সিরোলদু তপ্পা তপ্পা মাঙহনখিবদু উৎলকইঃ

> লোইশিনহনবা ঙমখিদ্রবা নাকেন্থাগী অহিংসিনা
> মহূ চাউবা লিন ওন্দুনা
> য়েৎশিগ্রে মরৈ মরৈ
> ইমাগী হকচাং কয়াৎ শীনবা থুংনা ;
>
> *ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ১৭*

মীৎয়েং অসিমক মথক্কী লাইরিক অসিমক্কী *অমুবা নোংহৌ* হায়বা শৈরেংদা শংবানরবা অতিয়াবু নীংতম্বগী সিম্বোল ওইনা শাগৎলক্তুনা মনীং তমজরম্বা লমদম অসিবু অচৌবা শক্তি অমনা দোমিনেট তৌদুনা মনীংতম্বা মাঙহনবদু উৎলিঃ

> হিংচা-য়াইতন্নবা নোংহৌসিনদি
> লেপ্তুনা য়োৎশীল্লক্লি
> শংবান্নরম্বা অতিয়াসিবু
> অহাঙবা মচী 'মফাও খাক্লমদনা।
>
> *লাঃ লাঃ লাঃ ৬ ·*

মীখা পোন্দনা, মীপাল তাংদনা মশাগী পোখোক্তনা ৰাস্ত-পাদনা কোন্নরম্বা, মনীংতমজরম্বা পুন্সি অদু মাঙখিবগী নূংনাংবা ফোঙদোরকই:

মতম অমদদি
মতমপাক শীন্না চেল্লীবা
নঙগী য়াল্লবা ঈচেলশিং অসিদগী
ফংজবা ঈরিক্তনা
ফুগায়না শাৎচরম্মী আশাগী লৈ কয়া
পুন্সিগী লৈখোক্তা
হয়েংগী মঙলান্না লৈনা ওইনা য়োল্লদুনা।

*ফা: অ: শৈ: লা: ৬২*

অসিগুম্বা মীৎয়েংসি কবিনা মাগী অতোপ্পা শৈরেং অমদমুক ফোঙদোরকই:

মতম অমদদি
লৈকা ফন্না শাৎলম্মী নুমিৎনা
নঙগী লাইবক্কী লৈখোক্তা,
লৈনাশিংদো কম্থৎতুনা কেলহনখি কল্লকচাউবা খূৎনা।

*লা: লা: লা: ৮*

মরৈবাক্কী লৈমায়দা মনীংতম্না নীঙাইদনা তুমদুনা লৈরিঙৈদো:

সহর অমদি খুঙ্গংগী ফক্লাংশিংদা য়াল্লিবা
ঈগুম ঙাংলবা বেন্নরশিংগা কোন্ননা।
খক্লাইদ্রবা ইমাগী পিরীক্তনা চোৎলবা
বেন্নরশিং অদুদগী চেম্থরকপা অঙাংবা মচুমদুনা
তারকপদনি ইমায়সিদা
ঐনা খঙহৌদনা মীৎকপ থোকখিবা।

*ফা: অ: শৈ: লা: ১৬*

লোইনাইদ্রবা নাকেম্থানা য়োমশিন্দুনা থমগ্রবা, নাকেম্থাগী কল্লবা পাম্বোমশিংনা থবায় কয়াবু উনা ৰানাগুম থদক্তুনা শান্নরি। মীকপ থোক্লকপা মতমসিদা মীকপ থোক্লবা মখোয় খরগা লোয়ননা য়েন্নীংথাবু মরমদমদা অমুক্তং পুরক্লবা হোৎনবগী লম্বীদা চৎলিঙৈদা চারাম্নরবা মোংফমশিংনা মখোয় কয়াবু মখূৎ লাক-লাক্তুনা চিংশিনখি। মসি মনীংতম্বা ফংনবা লাম্থেংনরিবশিংবু হাপ্তোকপিবগী মতৌদুনি। মরৈবাক নীংজবা মচাশিংনা মতম অমদা মরৈবাক্লা নুংঙাই য়াইফরম্বা; ঈংনা চীক্লা হিংজরম্বা; পোম্বী চেক্লাশিংনা নুংশিবা ঈশৈ শক্লম্বা পূন্নমক্তু নীংশিংনবা হুজিন হুজিন হোৎনরবসু তারকই—শুপ্লতংগী মোংফমনুংদা অনীংবা অপাম্বা ফংদনা য়াতাহনগ্রবা, পেনখিদ্রবা থবায় অমগী মীকপখোল। মীৎমাঙদনা তাদুনা

লৈরি—তুহৎ-নৈহৎপিরবা পুন্সিগী খমথেংনা কায়-তোয়রবা শক্তমঃ

নমদুনা শারাক তম্বীরিবী
মফি থোংদ্রবী নুপীগী হকচাংগুম
. . .
নীংখায়দুনা তারিবা খাংপোকশিং
নখোয়গী নরক্তনি শকখিবা ঈশৈ
নখোয়গী নরক্তনি।

*ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ২০-২১*

মচাশিংনা খণ্ডলক্নে *তুলিবা মৈরি* ওইনা পূক্লীংদা লৈরিবা অশাওবা, পেন্দবা পূন্নমক নাউগুমদুনা ঈংথহন্দুনা তুকশিন্দুনা অসুম লৈগদবা মতমদু নৎত্রে, মৈরি অসি মনীংতম্না চাকহনবা, লালহৌ অমা তৌবা চুন্নক্নে খল্লক্নে। লোনশিনগ্রবা থোঙগুম সমাজগী প্রোরেমশিং অসিবু খঙশিন-উশিল্লুদনা মীখা পোনবগী অমম্না কানুংদা বন্দি ওইনা মঙাল মচেৎ অমত্তা ফংদনা লৈবদু তোক্তুনা থম্মোয়গী থোঙ অদু মনীংতম্না, মকা লাম্না হাংদোক্তুনা য়েংবগা লোয়ননা সেন্সিটিভ ওইনা লৈবাক্কী অৱাবসি উবা ঙমগদবনি খল্লকই। মতম কুইনা অকাউবগী শুক্লবা উমংদা য়াতাদুনা লেল্লুরবা মতুংদা নীংতম্বগী লানফম অমা শোক্লবদা ঈ শীন্থবা পাল্লকইঃ

ঙাংশং ঙাংলবা অতিয়াদা
ঙাংশং ঙাংলবা উচেক্কী জগোই
কয়াদা ফজত্রবা
ঙসিতমক খঙলকই
অঙাংবা মচুগী ফজবা,

*ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ১৪*

কবিনা ইজনীংবা শৈরেংশিংদি অনদিষ্টব লাইভ অমদা মনীংতম্না অথীংবা লৈতবা পুন্সিশিংদুগী মরমদদি নত্তে; মহাক্না লোইনাইদনা থৌনা হাপ্তুনা ইনীংলিবদিঃ

তুফাং খপ্না পাইরম্বদে
মশা শাগন থুদেকপিরগা
পোন্নুংদা ফাজিন্দুনা থম্বিরবা,
মীৎয়েংতনা নোংমদোন তম
পীক্লবা মচীন্না
পোনগী ফক্লাংগা শীংনরিবা
চেক্লাচাশিংগীদমক।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৭*

শুপ্নম লীচৎনা মনীংতম্বা মাঙহনবিশ্রবা মনীংদি তমজনীংলিবা মখোয়গী পূক্লীংগী মৈচাক মহাক্কী শৈরেংনা ফোঙদোক্কনি লেপই। মরমদমদা মনীং-মখা তম্না, য়েখাই-খিনগাইবা লৈতনা হিংজনীংলিবা পুক্নিশিংবু মমল খঙদনা নৈখাইরকই:

অদুবু ঙসিদি
অসুক নিংতম্না হিংজনিংবা
পূক্নি কয়াসিবু
নেৎথৎপিবে চবেৎ চবেৎ
মতমগী চাউরবা খোঙপাক্লা।

*সি: হৌ: ই: লা: ৭৯*

মীনাই নাইথাঙগী কোলুদা চপখাইবিদুনা মখোয়গী মনীংতম্ববু শীংনরিবা তুহৎ-নৈহৎপিবরশিংগী মফমদা নীংতম খোঞ্জেলবু মরোল অহুম নীকহন্দুনা লাউনবা অমসুং নীংতম্ববু শীংনরিবশিংবু মাঙহন তাকহল্লু হায়বি:

চুশীলো মৈ
তাঙ্গোই ওনখিনবা
নীংতম্ববু মখোঙ মখূৎ পুক্নিল্লিবা
মালেমগী কৈশুমশঙ পূম্বা
নীংতম্ববু অমুক হন্না ফাগী তাহন্দনবা।

*ফা: অ: শৈ: লা: ১২*

মুদ অসিদা মখা চত্থরকই:

কাওখায়য়ু থুগাইয়ু
কৈশুমশঙগী চেকপল
থদৎলু লংশেকউ
কল্লবা য়োৎহিলং ফলাং।

*ফা: অ: শৈ: লা: ১১*

অসিগুম্বা খোঞ্জেল অসি ভারত স্বরাজ আন্দোলনগী মতমদসু বিদ্রোহি কবি অমদগী তাখি:

Break this iron gate of the prison house;
Pull down into pieces the blood bathed
Platform of stone;[৪]

৪। Gopal Holder, Kazi Nazrul Islam, Sahitya Academy, third printing 1999, p 31

কবিসিনা মখা তানা মশাগী বিদ্রোহ কহিনো মথেক শোংনা যোঙদোকখিঃ

And I shall rest, battle-weary rebel, only on the day
when the wails of the oppressed shall not rend the air
and sky,
and the scimitar and the sword of the oppressor
shall not clang in the fierce arena of battle –
That day my rebel self, weary with fighting,
shell rest appeared.[5]

মশাগী মরমদমদা, মপা-মপুগী ইখোলদা শাজবা য়ুম্ফমমক্তদা লৈদুনসু মপুক্লীং লুপ্লক্তবা, মশাগী য়ুম্ফমমক্তদা মীতোপ ওইরকপা, মশাগী অধিকার ঙাক্তুনা টেরিটোরিঅল ইন্টিগ্রিটি ঙাক্তুনা হিংবা ঙমজরক্তবগী ফীভমদু মশামক্কী কাঙলূপকী মীওইশিংদা উরকইঃ

শঙাই,

লেপ্তুনা পীকশিল্লক্লবা কৈবুলগী ফুমথক্তা
নহাক ঙসিদি লৈতাবা খঙদ্রে,
মিপাইবা অকিবা লাংতক্লবতনা
লাঙ্গোই চল্লে নঙবু নসাগী য়ুম্মক্তদা।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৬৬*

*শঙাই* হায়বসি লমদমসিদা নক্তনা পৃথিবীগী অতে লমদম অমক্তদা ফংদবা জাতিসিগী ওইবা শা অসিবু লমদমসিগী আদীবাশীশিংগী সিম্বোল ওইনা শীজিন্নরকপসি য়াম্না চাশিন্নবতা নক্তনা মযোঙদোকসু চঙখোল্লি। শঙাইগী লৈফম কৈবুলগী ফুম্না তপ্না তপ্না পীকশিল্লকপদগী লৈফম লৈরক্তবা মদুগা শাগোন্ননা শঙাইনা তপ্না তপ্না মূৎশিল্লকপগুম লৈবাকসিগী ঙমখৈ ঙাকপা ঙন্নক্তবসিনা লমদমসি অমদি মীতে কাঙলূপসু *নোংইন* নৎত্রগা *কোম্বীরৈ* ওইনা লমদমসিদগী মূৎথ্রগদ্রা হায়বগী শাথীনা চিংনবদু কবিনা যোঙদোরকপনি। পঞ্জাবতা অচৌবা শক্তিনা শুদৎপিবদগী ঈখেং তারবা ফীভম শৈরেং অমদা উৎলকইঃ

How it came to pass
that I lie came to wounded now
drop by drop bleeding to death
my sturday veins drained

৫। Kazi Nazrual Islam, The Rebel and Other Poems, Sahitya Akademi, Delhi, 1st edition 1998 p 6

**stabbed every inch**

**I lie wounded**

**I am Panjab ...**[৬]

হায়বগুম কবি বিরেন্দ্রজিৎসু অচৌবা শক্তিনা নৈহৎপিবদা মগুক হাইগৎচবা ঙমদ্রবা মবমদমবু উরকই, অদুগা লমদমসিগী মীয়াম্না নীংতম্বগী লানহৌ অমা ঈখৌলাংলে খগুলকইঃ

ঐগী পোক্লকমসু ঈখৌ লাংলব্রনে অনৌবা মীবোল অমা

নৎত্রবদি করিগী গুইরুনি মমা চাম্ম-চাম্মনা

অহিং তাংলৌদা খুৎতা মৈরা পায়দুনা হল্লকখিদ্রবা মচাবু।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৬০*

কবিনা লাম্হৈংনরিবা লাম্নীগী ৱাহৌদোক্তা মাগী মীৎয়েং ময়েক শেংনা তাকইঃ

ঐগী শৈরেং অয়াম্বা গুসিগী সমাজদা হিংবদা তংদু লৈতাদ্রবা, অচৌবা শক্তিগী মখাদা তুহৎ-নৈহৎপিবগী চৈনা খাগুলিবা, নীংতম্না হিংবগী হক মৎপিখ্রবা, অরানবা চৎন-পথাপ কয়ানা মকোক হাইগৎচবা ঙমহন্দ্রবা, মগু-হাগুম হিংলিবা, ময়ূম্বু ময়ূমনি হায়বা ঙমসিল্লক্ত্রবা মীচমগী পুন্সিনা পীবনি।

লমদমসিদা পোক্তুনা লমদমসিগী মহৈ-মবোং চাদুনা, তৃবেলশিংগী ঈশিং থক্তুনা চাউজবক্লবা, চাউবা শারেপ ফারক্লবা মচা অমনা তক্তনা হায়জে *মরৈবাক্কীদমক কবিসু তৌবা ঙম্লবোইদ্রা?* মহাক্না খগুজে মহাক মরৈবাক্কীদমক পাগুখোক্কদবা থৌদাংগী লমন তোল্লিবনি। অদুনা লাইবিক্কী দেডিকেশনদা পীরিবা অমেরিকাগী ১৬শুবা প্রসিদেন্ট John F Kanedy গী ৱাহৈ - *Ask not what country can give you? But ask what can you give for the country* কবিনা লৌখৎলক্লিবা ৱাহৈ পরেংসিদা মশাগী পূক্নীং খবদি ফোগুদোক্লবনি। কবিনা পামজবিবা, অমনা অমদা নমথনদবা মনীংতম্না অমদি আশানা থল্লবা যেন্নীংথাদি মগুতা মগুাযবক্লে। মরৈবাক্কী মশাইগোন্দা ঙানু থঙ্গোং ওইনা তনৌ তনৌনা পোকচবকপা মচাসিনা মরৈবাকপু তশেং তশেংলবা ঈপাক অমগুম খগুদুনা, ঈপাকনুংদা অমুক লূপ অমুক ফাওগৎ মশাগী ওইবা পূম্নমক ফংলবগুম শান্নজরম্মী; মদুতদা মশাগী মৈচাক মৈশা পূম্নমক কোক্তুনা অঈংবা পুন্সি ফংজরম্মী অদুবু ৱাখল মপূং ফারক্লবা মতমদা তপ্না তপ্না খগুলকই—ঈমায অসে ঙা ফাবশিংনা নৈখাইখ্রবনি। মশাগীতা য়েংবা অচৌবা শক্তিনা খুদুম চনখ্রবা নীংখাইখ্রবা তোর্ব্বানগা মীৎচানবা ঙমখি। মশাগী লাইনীং লম্বী অমগা শাগোন্ননা লৈজবক্লবা জাতিসিবু ১৮শুবা চহীচাদা রামান্দি বৈষ্ণবিজম লৌরুবগী মহৈনা মীতে অসি আরিয়ান কাগুলূপকী মীওইনি হায়জিন্দুনা ইবা অরানবা ইতিহাস অমা চীনফা পুনবা হোৎনদুনা লৈবা, মখোয়না অশেংবা মশক, এথনিক

৬। Amrik Singh Punni, Bleeding Punjab and Feminism, Indian Literature, Dolly Publishers issue no 142, March-April 1991 Pp 151/152

আইদেন্টিটি খঙনবা হোৎনদবদা হায়বিঃ

মখোয়দি মমীৎ তাণ্ডবনিনা
য়েংলুদ্রে ইতিহাসকী লামায়দা,
লীকদ্রে পাৰী-পূৰীগী খোঙ্গুলসু

*সিঃ হৌঃ ইঃ লাঃ ৬৩*

অসিগুম্বা মবৈবাকসিগী লৈমায়দা মহাক্কী থম্মোযদি মতোল চোংগদবগী ঙাইদুনা লৈবিবা মকনিঃ

ওল্লগনি হৌজিক্কী অমংবা নোং
ওইববোই অমুক লশিংগী ঙানু থঙ্গোং
পাইখৎতুনা অহাঙবা অতিয়া মকোযদা
খীকথবগনি মীৎলুদগী অনৌবা ঈৰীকশিং
নৈখায়বিগ্রবা নঙগী ঈপাকপু
অমুক্তং তক-তকহন্নবা।

*ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ৩৫*

জাতি মযামগী মবক্তা মজাতিনা মতীং লৈনা হিংদুনা লৈনবা হোৎনবদা মচা অমা ওইনা মশাগী থৌদাং লৌগনি হায়বগী অচেৎপা ৱাবেপ লৌবদুনা হায়বকইঃ

ঐগী নুংশিববী মণিপুব
চৎলোই ঐদি মফম কৈদসু
নহাকপু থাদোক্লন্নগা।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৬৭*

মবমদম মবৈবাক্কীদমক লাম্ছেংবদা মবৈবাক নীংজবা মজাতিগী মীওই কয়ানা থৱায়না পোম্বা পীগ্রবা, মখোয় অমমমনা শিখিবদা পুক্নীংগী মচেৎ অমমম কেনখ্রবা কবিনা হায়বিঃ

থাদোকপা ঙল্লোই ঐ মফমসি,
মোংফমসি ঐ য়াম্না নুংশি
মসিদা হৌরি লৈ ওইনা
ঐগী কেনখ্রবা থম্মোইগী মচেৎশিং।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৭১*

কবিনা বিএলাইজ তৌরকই নীংতম্মবু কনানসু সনাগী সেম্পাক্তা হাপ্তুনা লাম্থোকপীবক্লোই অদুনা লালহৌ অমা তৌদুনা মশাগী নীংতম্মদি তাঙ্গগদবনি। *ঐ নীংতম্বা পাম্মী* হায়বা শৈরেং অমদা কবিনা খোঞ্জেল ময়েক শেংনা লাউবকইঃ

ঐ নীংতম্বা পাম্মী
নীংতমগনি,

সিবু কয়াম কায়বা ৱানো?

*লাঃ লাঃ লাঃ ৬১*

নীংতম্না হিংজনীংলকপা মীৎকুপসিদদি উবকই—মশাগীতা য়েংবা, ওইজবা থিবা মখোয় কয়ানা মমা লৈবাক নীংবগী মমিংদা তীনফা-কাকফৈ ওইদুনা নপ্পগা হকচাং কয়াৎশিংদগী ঈথেংবু য়োমশিন্দুনা থকপা অদুগা মচীন্দদি মবৈবাক্কীদমক মথৱায় থাদোকপ্পগে হায়না লৌনম তৌবিবা মচাশিংদা ওনশিন্দুনা হংলকইঃ

ঐদি হংনিংলি

মখোযসিবু নঙগী অশেংবা নচা ঙাক্তবনে?

*ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ৫০*

কবিনা লৌনম য়াওদনা হায়বিঃ

নুংশিবর্বদি নঙসু নবৈবাক

শান্থৌ হুমাং

পীযু ঈ নশাদগী

লমদমসিগী ঙসি অমদি হযেংগীদমক।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৫*

মবৈবাক নীংবা অথৌবা কযানা থৱায়না পোম্বা পীদুনা শাগৎলম্বা মবৈবাক্কী লংলবা ইতিহাসকী লম্বীদা মীওই কযানা হৌজিকসু নীংঙাইদনা তূমথদুনা লৈবি খল্লকই। *পঙথববা থৱাযশিং* দা লিন ওইনা অদুগা *বন্দি* দনা মশাগীতা যেংবা নৎত্রগা অকিবদগী বন্দি ওইনা লৈ। মখোয়গী মনীংতম্ববু খোঙনেৎনখিবগীদমক তাঞ্জা ঙাইদুনা অমুক্তং লমন খুন্নবা লৈবম্বদু অকিবনা ফাদোক ওইহনবগী শক্তম অমসু উৎলি। Rabindranath Tagore গী *Where the mind is without fear* গী ৱাখলগী যূম্ফমদা শাগৎখিবা অদুগুম্বা ভাবত অদুবা হায়না *নীংতম্লবা ভাবতকী নীংতম্লবা লমদম* শৈবেংদা হংলি। শৈবেংসিদা ভাবত যুনিযনগী মনুংদা মণিপুরী ফুকপকী নাগবিকশিংগী হক খোঙনেৎনবকপদা মহাত্মা গান্ধীগী লমজিংদা শাংলবা নীংতম ঈহৌ অমা অহিংসা নীতি অমদি কখোকপগী যূম্ফমদগী শেমখিবা ভাবতপু কবেন্নবিঃ

হায়বি ঙসিসু

ৱাশক্কী ঈখেংনা চামথ্রবা ফিবালসিনা

লোইলম শন্দোক্কনবা জাতি খুদিংমক্তা

লোইলম লৈঙাক শন্দোক্কনু।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৩৪*

মৈহুম মোবোক পাউর্জোল্লিবা নীংতম্বগীদমক লাম্থেংনবিবশিংগী মফমদদি ইন্দিযান যুনিযনগী ফিবালগী লৈঙাং, অঙৌবা, অশংবা মচু অহুমগী খেন্নবা অর্থদু ফংবা ঙমদে শুপ্পতংগী অমুবা

মচু নত্তনা।

মমালৈবাক্কী নীংতম্ববু পুরক্কদবা মচা অমবুদি মরৈবাকপু নুংশিজবা পুম্নমক্না তরাম্না ওকচনবা ঙাইজবা তাবনি। ময়াম্না ঙাইজরিবা মহাক মীয়ামগী মীকপ-মীরাওখোলদগী নাউপুদনা পোক্লকগা মীশেল খাঙদুনা ঙাইরিবা মখোয়গী মমাঙদা লেপ্লখিনি হায়বা কবিনা থাজবা থমলি। মরমদি মীয়ামগী খোঞ্জেলদি ঈশ্বরগী খোঞ্জেলনি। যুগ অমগী মীয়াম্না থোঙ হাংদোক্তুনা ঙাইজরিবা মহাকপু লাক্তবা হৌনব্রা? অদুবু লাক্কদৌরিবা মহাক্কীদমক কবিনা চেকশিন বা অমত্তং পাউমেঞ্জরি— *নোংলৈ নুংশিংনা মুখংপা ঙস্না মৈরা ওইদুনদি তহা তহা লাক্তনবা;* মুৎনাইদ্রবা মৈরি ওইদুনা লাক্লগা অমম্বদা লম্মাংনরবা মখোয়গী পুন্সিদা খম্নাইদ্রবা মঙাল ফংহনবিনবা হায়জরি। *অভিমন্যু* শৈরেংদা নীংতম লাম্মী অমবু মখুরা মতোন অমদি মচীন-মনাওশিংনা মহারথী ওইদুনা চক্রবিহ্ মনুংদা তমথীনা হাত্তোকপিবগুম লমদমসিদা অচৌবা লৈঙাকপু কন্নীংবশিংনা মাঙহন্নবা হোৎনরিবসিদগী থোঙ থোঙনাও পুম্নমক চক্রবিহ্‌দুগী নমখাইদুনা মায়পাকপগী ফিরাল পুদুনা থোরকপগী মহৈদু মমা ওইবীশিংগী মফমদগী হান্না তমখিনবা। অভিমন্যুনা মমাগী গর্ভনুংদা মীরোল্দুনা লৈরিঙৈদা মপা ইবুংঙো অর্জুনগী মচীন্দগী চক্রবিহ্ মনুংদা চঙননবগী বিদ্যা খঙখ্রবসু থোক্লক্লবগী স্তান লৈতবদগী চক্রবিহ্ মনুংদগী থোক্লকপা ঙমদনা মথৱায় মাঙবা তাখি। অদুবু নীংতম লাম্ছেংনরিবশিংনা মমা ওইবিশিংদগী থোক্লকপগী মহৈদু হান্না তমখিনবা হায়বিঃ

নৎত্রবদি
হঞ্জিন-হঞ্জিন হাৎখিনি অভিমন্যু নঙবু,
লোইলমগী লৈঙাক কন্নীংবা
মরৌচাউবা মহারথীশিংনা।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৩৭*

*শাহৌ ফরবা নুঙ* শৈরেংদা নুংগী সিম্বোল শীজিন্নদুনা ভারতকী লৈঙাকপু কন্নীংবশিংগা নীংতম্না মণিপুর অমা পামজবশিংগা মায়কৈ-মায়কৈ নাপাক-নাপাক লেপ্লদুনা অমনা অমবু য়েক্লবগুম লৌনদুনা ঈ মশেলগী মচীন-মনাওশিংনা নুং অসিবু ইন্নবদা মমল য়াম্লবা পুন্সিশিং অঙম অঙম মাঙহন্নবদু উৎলি। মসি মখোয়গী পুবারীগা মরী লৈনদ্রবা ভারতকী লৈঙাক্তা মঙক পংনোন্দা নোল্লিবা, মশাবু মশক খঙজদ্রবশিংগী মতৌদুনি। কবিনা মনীংতম্না সমাজ অমবু ঈখৌ লাংলিবা মীরোলসিদা মরৈবাক্কী মনীংতম্না সমাজ অমা পুরক্কনি হায়না থাজরম্না নীংতম লাম্নীশিংনা অমনা অমগী নীংতম্ববু খোঙনেৎনদুনা মচীন-মনাওশিংগী মরক্তা অঙম তান্নরক্তুনা অমনা অমবু য়েক্লবা ওইনা উনরক্তুনা তমথীনা হাত্তোক্লরকপসি উবদা শাথীনা নীংবা কায়রকই; অদুনা হংলিঃ

কদায়দনো পঙচৎতা চৎলিবা
নশাগী ঈতনা লূপ্লবা

চনপ-চনপ লাউরবা নখোঙশিংদুনা।

*ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ১০*

মীচমশিংগী পুন্সিবু শক্তিনা শীংনরকপবু য়ানীংদে- freedom fighter is to fight against colonial rule, oppression of the state unjustice, freedom fighter does not wage war on people. কবিনা হায়রিঃ

ৱায়েন হায়বসে প্রজাগীনি

চৈবাক পীবসু প্রজাগীনি, অদুগা নীংতম্বসু।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৬৪*

নীংতম ঈহৌ অমদা থন্নম্বা থাজবা পূম্বা মাঙহল্লকপগী মতৌ; ঈ মরীগী মচীন-মনাওশিংনা য়েক্লবগুম হাত্তোক্লরকপসিনা মনীংতম্বা সমাজ অমা মখোয়না পুরক্কনি আশা তৌবা ঙম্লক্লেঃ

শা-ঙাগী লীচৎনা মাঙওইনদুনা

ঈগী ঈরম থদৎনবগী লাল্লোংসিদা

থৌনা ফবা শক্লিবা নখোয়না

কনাগী করম্বা লৈঙাক্লোননো শেমগদবা,

কনাগী কবম্বা নীংতম্বনো পুবক্কদৌরিবা।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৬৪*

কবিনা মখা তানা হংলি—মচীন মচাওগী লানফমসিদি মমা লৈবাক্লা পামফম থোক্তে, মমা লৈবাক্লা পামগদৌরিবসিদিঃ

মীৎকপ থোক্লবা থম্মোয়গী মপূ অমত্তংনা

মমাবু খঙলবা মচাগী শাজৎতা

শুপ্লতগী খোঙথাং অমত্তং থাংলম্বদুনি

*ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ১০*

নমথবগী লৈঙাকী মায়োক্তা হৌরকইবা লালহৌসিদা লান্নংলবা মীয়াম্মা মখোয়গী পুন্সিবু নুংশিনা নাউকোঞ্জরিবা, মখোয়গী তনীক তনীক্লবা পুন্সিদু উহল্লিঃ

অহিঙ অমত্তসু লৈতানা

তৃমখুল তাঞ্জবা ঙমদ্রবা

মীশিংগী লাংতক্লরবা মনাকোংশিংনা

মপান্দা মীশেল খাঙদুনা ঙাইরি

মায়কৈ কদোমদগী লাকপা

কাপ্লবা নৎত্রগা পোখায়বগী মখোল

*ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ৮১*

লানফম অসিদা মচা অমদি মপুরোইবা শেৎন-খাইনহন্দুনা নৌরবী মীতে নুপীশিংগী মরাইবক্তা

অমুবা চন্দোলবু নমদুনা তৈশিনবিবগী ওহ্নোক্লা থম্মোয় শোক্লবা মতৌ উবা ফংই *লাল* হায়বা শৈরেংদা। বোম পোখায়বা, নোংমৈ কাপ্লবা, খুদোংথীবগী মরকসিদসু লমদমসিগী মীয়াম্না চারা থিবা থোক্লকপদু *ইম্ফালদা* ফোঙদোক্লিঃ

অদুনা লাক্লি মখোয়
চৈথেং অমদা খঙহৌদনা কেনখিবা য়ারিবা
তনিক-তনিক্লবা থবানমিচাকপু
থম্মোয়নুংদা চেৎনা কোঙ্গিন্দুনা।

*ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ৬৪*

লমদমসিদা মীয়ামগী পুন্সিনা অমন্না নত্তনা মঙালগী মচেৎ অমত্তসু উবা ফংদে, তাবা ফংলিবদি কন্না শোক্লরিবা লানফম অমগী খোঞ্জেলদনি। অসিগুম্না ফীভমসিদা মীয়ামগী মরক্তা য়াওরিবা কবিনা খোঞ্জেল থোক্লা নীংতম ঈশৈ শক্লীংই; মখূৎনা অপীকপা মৈরা অমত্তং থানগৎচনীংই অদুবু ঙমদে। পূম্নমক অসি লমদমসিদা হিংলিবা জাতিসিগী মী পূম্নমক্লা করিসু তৌবা ঙমদনা মঙলাক-হরাক্লবগী ফীভম অমদা লেনবা মশক্তুনি। অদুবু কবিনা থাজে মায়থীরবা থাশিনা লান্নীং হনখিবদা থাজনা লানঙম ফিরাল চিংখৎলমখিগনি, ঐখোয়গী নীংতম্বদু নোংমা শোয়দনা ফংগনি। অদুবু অদুগুম্না মনীংতম্বা সমাজ অমদি পুন্সি অমা ফংনীংলবদি মদুগী লম্বীদি ইশাগী কম্মগী ফলনা পুরক্কদবনি। পুন্সিদি শীংনবদুনি, লাইবক্তা তম্লকপা হায়বা লৈতে। পুন্সিদি মায়োক্লবনি। কবিনা থাজে তিঙ্খং লৈতবা ইনান-নান্না চৎপা য়াবা লম্বী অমা লৈরম্বা তারবদি মদু অশিবগী লম্বী খক্তনি। অদুবুঃ

চৎলিবসিদি
অশিবগুম লায়না চৎনবা নৎতে,
অহিংবগী চীংদোনবু মতোল লোম্লনবনি
পাংথোক্লম্লবা থৌদাং কয়া।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৮০*

অসিগুম্না লম্বীসিদা চৎপদা থেংনবা পূম্নমক মায়োক্লগনি হায়বা পূক্নীংগী অচেৎপা ফিরেপ লৌরকইঃ

থেংনরুগনি নোংজু কয়া
মাইয়োক্লরুগনি নুংশাগী মৈশা
নৎত্রগা কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎ।

*লাঃ লাঃ লাঃ ২৭*

*নঙগী মায়কৈদা* শৈরেংদসু খোঙশাল্লিবা লম্বীসিদা *উনখাক পুবা নুংশিৎ/ইঙেনগী পিরক্তা হৌরকপা ঈচাও/মালেমগী মৈ ইক্লবা মৈশা/লৈকংলাগী মৈশা* পূম্না মথং মথং লাহ্নোক্লগা মীরোলসিনা পামজরিবা সমাজসিগী পম্বুংদু য়ৌগনি, অদুনা কবিনা হায়রিঃ

ঐহাক শোয়দনা লানগনি

মীৎকুপ খরগী তুং
অমম্বগী মথাদা য়াহীপথ্রগদবা
য়েংখৎপগী লোইবা নাইদ্রবা
চীংশাং নাপোমসিবু
অমুক্তং য়ৌরক্লবা নঙগী ননাক।

*ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ২৬*

নীংতম্বা ফংননবগী মৈরক্কী লম্বীসিদা নোংমতসু খুৎশম্নদ্রবা, মৈবিনা চাকথেকপা ঙম্বা লশিং মফোলগুম্বা মচাশিংনা লৈবাকসিগী নীংতম্বা পুরকপা ঙম্নরোই খল্লকই, নীংতম্বা পুবক্কদৌরিবশিং অদুদিঃ

অশংবা ফৌবালগী লৈনম্লক্তা শারেপ তম্লকপা
নুঙথং লাঙ্গোলগী ঈশৈনা চবা নোংখন্নরকপা
লৈখোম্না ফিজেৎনদুনা মৈবক্তা য়াওল্লকপা
অহিংবনি শীংথাবীদ্রবা নচা কয়া,
শিন্নবমগনি মখোযনা শোয়দনা
মৈ ঈশিং চঙদনা খুৎশম্নববা খুৎশিংদুনা
অমুক মাঙবা নাইররোইদবা নীংতম্বদুবু নফমদা।

*ফাঃ অঃ শৈঃ লাঃ ৯*

লৌমী-শিম্মীশিং, লমদমসিগী অশেংবা আদীবাশীশিংগী অমত্তা ওইবগী লীচিংনা লমদমসিগী নীংতম্বদু পুরক্কনি তাকপনি।

নীংতম লালহৌ হায়বসি খুৎলায় পায়বগী ঈহৌ অমা তৌবখক্তনা য়ারোই, কবিনা হায়রি—য়ামদ্রবদা ঐখোয় ইশানা ইশাগী হিংবদা চঙবা পোৎলমশিং পুখোক্তুনা মীপাল তাংদনা ইরোমদোম লেপ্পা ঙম্ননবা হোৎনগদবনি অদুতদা সেল্ফ ডিটরমিনেসন লৈনা নীংতম্না হিংবা ঙমগদৌরিবনি। অদুনা ঐখোয়গী পাক-চাউরবা লবূকশিং শংহন্দুনা মহে-মরোং থাদুনা, গ্রিন রিভোলুসন পুরক্কদবনি। ইশা ইরোমদোম লেপ্পা ঙমজনবগীদমক শেল-থুমগী ফীভমদসু মনীংতম্না লেপ্পা ঙমজনবা হোৎনগদবনি হায়রিঃ

ঐদি কৌরিবনি
নোংমৈগা য়াওন্নথ্রবা মখোয়ফাও
নোংমৈতা নৎতনা লাঙ্গোনসু পায়রনবা
ঐখোয়গী লৌবুক্তা
ঐখোয়গী ফৌগী চরোংশিংনা মনীং তমজনবা।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৬২*

ভারতকী নীংতমগী লালহৌগী মতমদা মশানা খঙদনা তম্থাই তূমদুনা লৈরিবা ভারতবাসিশিংবু

অশেংবা মঙালনা চাইথোক্লবা অয়ূক অমদা মীৎকপ থোকহল্লম্বা বিদ্রোহি (rebel) কবি হায়না শকখঙনব্রবা কাজি নজরুল ইস্লামগী মতাংদা হায়খিঃ

............ to wake up the people, to shake into ride awakening those who would like to escape from or evade the challenging realities of life.[৭]

লানফমসিদা নীংতম লাম্নী অমবু ফারগা টিকেন্দ্রজিৎ নৎত্রগা ওমর মুক্তারগুম ফাঁশি তৌদুনা হাৎখিবা য়াই অদুবুঃ

মায়য়োক্লবা লানফমদা শিববু
করম্না হায়গনি মায়থীববনি
শিবা ঙমলিবদুনি মায় পাকপা।

*লাঃ লাঃ লাঃ ৫৮*

লানফমসিদা নুপা থোক্লা মায়োক্লবদা শিববসু মাযথীবা নত্তে। লমদমসিগী মীয়াম্বু তুম্না মাঙহন্নবা চথরকপা জিনোসাইদ (genocide) কী লাল্লোংগী মায়োক্তা চঙশিল্লক্লিবা নীংতম ঈহৌ অসিবু থিংবা ঙম্লোই। মখোয কয়া হাৎখ্রবসু অনৌবা কয়ামুক নীংতম ঈহৌসিদা চঙশিল্লক্কনি হায়বা নীংতম্বগী থিংবা ঙম্লবোইদবা স্পিরিট অদু উৎলি। নীংতম্বা হায়বসিদি পোকপদগী লোয়নরক্লবা হকনি, শিবা ফাওবগী হাযবসিদা কবিদা চয়েৎনবা লৈতে। কবিগী শৈরেংশিংসি অশিবগী অকিবনা পুনশিন্দুনা থম্বা ঙমদ্রবা থৱায় অমগী শৈরোলনি। কবিগী মপূক্লীংদা অচেৎপা থাজবা থম্মীবা নীংতম লানফম অসিদা মহাক্লা শিখিবা তারবসু; নীংতম লানফমদা মশাগী পুন্সিবু বলিদান তৌবিবা মীওই অমগী ঈ হায়বসি অরেম্বদা হেক্তা মমল য়াওদনা মাঙখিবা য়ারোই, মহাক্কী ঈদু জাতিসিগী তনৌ-তনৌরিবা মখোয় কয়াগী মপূক্লীংদা লৈগনি খরনা মরৈবাক্কীদমক মফমসিদা হিংদুনা লৈগনি খরনা নীংতম্বা ফংনবগীদমক লাম্হেংনবা চৎখিগনি। মসি নীংতম্বা পামজবা থৱায় অমগী মুক্তিগী শৈরোলনিঃ

শিবা তারবদি ঐনা
তাহনগনি অরোইবা ঈরিক্কুনা
ঐগী নুংশিরবা অঙাংশিংগী থম্মোইদা;
ওল্লক্লবা খরনা লৈ
ঐগী মোংফমথক্তা কংনাইদনা লৈগদবা,
ওল্লক্লবা খরনা উচেক
ঐগী নীংজবা লমথৈদু য়ৌনা পাইরক্কদবা।

*লাঃলাঃলাঃ ৪৭*

---

৭। Gopal Halder, Kazi Nazrual Islam, Sahitya Akademi, Delhi, third impression 1999, p 37

# দিলিপ্কী শৈরেংদা পোক্লফম লমদম

Breathes there the man with soul so dead,
who never to himself hath said
' There is my own, my native land! '[১]

পোক্লফম লমদম হায়বসি লাইবৈবাক্কি হায়নরিবনি। মী অমগী খোয়রী নাউফম তাফম ওইরিবা, তাইবঙগী অহানবা মঙাল উজবা ফংঙিবা, নিংশা শ্বর হোনফম ওইরিবা, মখোঙনা মহাক্কী লৈমায়দা নেৎচবা ফংহনবিবিবা পোক্লফম লমদম্বু কনানা নুংশিদবা ঙমগনি। তাইবঙপানসিদা মহৌশাগী ফজবা খুৎশেমগী নীংথীবা মফম কয়া লৈরম্বা য়াই অদুবু মীরৈবাক্লা নুংঙাইবদি ৱাহৈনি, ৱারীনি। ঈরৈবাক্লা নুংঙাইবদি পৃক্লীং অমদি হকচাং অনীমক তুনা নুংঙাইবনি। মশাবু মশক খঙজবা মচা কনানা মমাবু মীবাইগনি। মীরাইবা তারবদি মহাক অদু মশাবু মশক খঙজদ্রবনি অদুনা পুক্সিগী তাংফম খুদিংমক্তা মতীং থোক্লা হিংবা ঙম্লরোইদবনি। মমালৈবাকপু চাওখৎপা নুংঙাইবা জাতি অমা ওইহন্ননবা হোৎনবা হায়বসি মচা অমগী পৃক্লীংগী মহৌশাগী লোয়নরক্লবা মরমচৎ ওইবতা নত্তে, মসিদা মশাগী ইজ্জৎ অমদি ইকাযখুম্নবা ঙাকচবা পামজবা মচা অমগী মফমদদি মশাগী মশক লেপ্পদা য়াওদবা যদ্রবা মবমচৎসু ওইরিবনি। মরৈবাক, পোক্লফম লমদম্বু নুংশিনা মমল যাম্না নীংজবা নীংতম্বা পাম্বা হায়বসি চাওখৎলবা জাতি অমগী পৃক্লীংগী মমল যাম্লবা ঈহৌনি। মণিপুরী শৈবেংগী ঈচেলদা অহুমশুবা মীবোল হাযবগসু শকখঙনবক্লিবা মরিফুগী অথেংবা মবিফুতবাগী অঙনবা মতমদা মশাগী মশক শেংনা মপূং মবৈ ফাবকপগী মতম ওইশিবা মোদর্ন মতুংগী শৈবেংগী ঈচেলদা মশাগী সিগনেচব অমগা লোযননা থোরকখিবা কবি দিলিপ্ ময়েংবম্গী হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা শৈরেং লাইরিকশিংদি -১। পৃথিবী নঙ্গী নরাইবক্ (১৯৯৩) অমদি ২। ফিরাল্ অমসুং উফূল্ (১৯৯৫) নি। মহাক্কী শৈরেং লাইরিকশিংসিদা কবিনা পোক্লফম লমদম ওইবিবা *মণিপুর* অসিগী মহৌশা খুৎশেমগী নীংথীজরবা চীং, পাৎ, তুবেল, লবৃক লম্ফাং, হৈ-লৈ, উপাল-ৱাপাল, ইতিহাসকী থৌদোক-ৱাথোক, মীশক মীওই, মতম শাংনদগী জাতিসিগা শাগোন্নবক্লবা নাৎকী মচলশিং পূম্নমক অমমমতা খুঙ্গ তুনা শৈথাজে। মশাগী পোক্লফম ওইরিবা, অইবা মশামক্লা শারেপ ফারক্লিবা লমদমসিগী মহৌশাগী নীংথীবা কযাসিনা লমদর্মসিদা পোকচবা ফংবদা কবিনা অপেনবা ফোঙদোকইঃ

অসংব মচুগী তুংনফম্ ওইবিব
লৌবুক্ লম্হাং চীংয়া তময়া
উপাল্ ৱাপাল্সিংন চাউথোক্চরিব

---

১। Sir Walter Scott, *Patriotism*, **Panorama a selection of poems**, Oxford University Press,(ed ) AF I Barrow and J Fuste 1996, p 26

চীংসাং পরেংসিং, সংবানব অতিয়াগী
মখাদ সংবানব মচুন লৈতেংব
য়েংখি য়েংখিব খুদিংদ
মীৎয়েংগী পেন্ব নাহিদব
থমোয়ন খৈন পেনজব,
পূকনীংন অচীক্পগ সানম্বফংব
ফোঙ্দোক্পতন ৱাৎলব
থমোয়দ ফাওবতন হেল্লব
হে ইমা !
নঙ্গী নচা ওইন পোক্চব ফংব
ঐখোয়সে কয়াদ লাইবক্ ফরবনো।

*পৃঃ নঃ নঃ লাঃ ৯৫*

মরৈবাক্কী মশাইগোন্দা উপাল-ৱাপাল, চীংয়া—তময়া পূম্নমক য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা শকফম ঙাক্ত্রা ওইঃ

অয়ুক্কী চীংখৈ হুল্লক্পদ
লীক্লান চোৎলব উনা ৱানাসিংন
নুমিৎকী অহান্ব মসেক্ন য়ৈবদ
মণি মুক্ত লৈতেংলব নুজাগুম্ নীংথিজব,

*পৃঃ নঃ নঃ লাঃ৯৬*

অসিগুম্বা অঙানবা মতম্গা মরাই চাইথরক্লবা নুমিৎ তারমদাইদা মরৈবাক্কী নীংথিজবা মশক শুম্হাৎনীংঙায় ওইবদু কবিনা উই ঃ

তারম্দাই নুমিৎকী সাম্লব মঙাল্দ
নঙ্গী মরোল্ নাইব চীংসাং পরেংসিন
অসুক্ নীংথিজবদি ইমা

*পৃঃ নঃ নঃ লাঃ ৯৫*

পীক্লা মগুণ চাওবা মমালৈবাক অসিগী মনীং তম্বা ঙাক্লনবগীদমক মচা লীশিং লীশিংনা ইতিহাসকী তাক্তক কয়াদা থৱায়না পোম্থা পীনখিবা মসিবু করিদা ঙক্লীংঙায় লৈবগে। অৱাগী মথৃত্তা মনীংতম্বা মাঙদুনা চহী তরেৎ খুম্তাকখ্রবদা গম্ভীরসিংহ, নরসিং, হিরাচন্দ্রনা য়েক্লবগী মথক্তা লান্দাদুনা নীংথি (ইরাবতি) তুরেল ৱাংমা লান্না অৱাশিংবু তাম্হোক্লুনা পেগোদাগী য়ুম্বীদা থাঙফম অমা হক্লুনা থমখিবা; গরিবনিৱাজনা তখেল, শমশোক মায়থীবা পীখিবা; ভগ্যাচন্দ্র মহারাজনা অঙাওবা শামু ফাদুনা লাইনা থাবা নিংথৌনি হায়নখ্রবা। পীকচরবসু লমদমসিগী মতীক-মগুণদি শীংথাদুনা লোইবা নত্তে। অসিগুম্বা লমদম অসিগী মচা ওইনা পোকচবা, মরাইবক ফরবা অথৌবশিংনা মরমদমগী নীংতম্বা ঙাক্লনবা, মজাতিগী ইকায়খুম্নবা

কন্নবা *নুমিৎ তাবা নাইদে* হাযদুনা মতীক উৎচবিবা বৃটিশকী লাল্মীশিংগা নুপাখোক্লা লাম্হেংনদুনা পোক্রফম লমদমগী ইজ্জৎ কনখিবা ইতিহাসকী সনানা ফূদোংলবা তাঙ্কক অমা নীংশিংজেঃ

থৌনা লৈন মীখা পোন্দন
লৈবাক্কী অমসুং জাতিগী ইকাইখুম্নব ঙাক্ন
হিংনব তাক্পীবম্ব
শম্নুং সন্না তানখ্রবসিং
নখোয়গী মাব খোংগুল্
মুৎপ নাইবগোই।।

*পৃঃ নঃ ন, লাঃ ২১*

[illegible] মশাগী নীংত্রম্বা মাঙখিবা *অ[illegible] নীংতম লাল*, এপ্রিল ২৩, ১৮৯১ গী খবা [illegible] গী থৌনা [illegible] শিংনা মায লৈদবা [illegible]নফমদা খবায খাখ য়া [illegible] নীংতম্বব [illegible] অমাদ [illegible] শৈ.বং[illegible]

[illegible]শিংগী [illegible]
[illegible] খোংজো[illegible]
সেংলব থম্মোযদগী খোবক্প
অঙাংব ঈতন তবপন্ কৎখ্রব
মবৈবাক্কী নীংতম্ববু ইকাইখুম্নশিব
মীখা পোনবগী মহুৎ থবাযনা পোনথা ওইখ্রনি
অথৌবসিংগী থৌনা

*পৃঃ নঃ ন, লাঃ ১৯*

নীংতম লানফম অসিদা ঈবৈবাক্কীদমক থবাযনা পোন্থা পীদুনা থৌনাযনা লাম্হেংনশিনা ইতিহাসকী মশক মমিং নাইবা অমদি [illegible]দবা লাল্মীশিংগী মফমদা শ্রদ্ধা[illegible]লি [illegible]।

[illegible] অথৌব
[illegible]লৈঙদদি নঙ্বু ফানব
[illegible]সঙদ থম্নব, নঙ্গী
[illegible]খল্গী ইথিলবু থিংনব
[illegible] থিখ কৌইতান্ তানখি।
নঙবু সাথীব যেক্নবনি লৌখি।
[illegible] সিবব মতুংসিদদি
ম[illegible]ন [illegible]বীবক্নো
মবা [illegible] থিদুন নহাক[illegible]।

*পৃঃ নঃ [illegible] লাঃ ৮০*

হায়রদুনা পোক্লফম লমদমগী মশক থিহল্লিবা মশা মশাগী শক্তি অমদি সুবিধা তান্নবা কাঙলূপশিংগী মরক্তা কাঙলূপ খায়দুনা মমল য়াম্লবা থবায় অমবু মাঙহনখিবগী পেন্দবা উৎলি। অনৌবা মতমগী মণিপুরী জাতিগী ইতিহাসতা অথৌবা লময়ানবা জননেতা হিজম ইরাবতপু মতমদুগী কংগ্রেস সরকারনা ফানবা হোৎনখিবা। মঙোন্দা চার্জ তৌরিবা মরালনা কৃষক সভাগী সেপ্তেম্বর ২১, ১৯৪৮দা মীফম অমগীদমক লাকপা মীয়াম্বু থিংনবা মণিপুর পুলিসনা হোৎনরকপগী থৌদোক অমদা পুংদোংবমদা পুলিস পর্সনেল অমা শিখিবা, পুংদোংবমগী ঘটনাগী দায়িত্ব ইরাবতনি লৌখি। শৈরেংসিদা অপাননা ইরাবতগী মমিং পন্দ্রবসু মণিপুর সমাজগী ইতিহাসকী য়ুম্ফমদগী য়েংলকপদা পল্লিবা মীশক অসি ইরাবতনি হায়বা খরদং খম্থবদা হেক্তা খঙবা ঙমগনি। লৌমী-শিম্মী, তোল্ল-তারবা সমাজদা হম্থবা থাক্তা হিংলিবা মশাগী চাকথুং ফংবা ঙমজদ্রবশিংগীদমক থৌনা ফনা লেপ্পুনা মায়োক্লখিবা মীতৈ ইমাগী মমল য়াম্লবা, মমা নীংজবা মচাসিবু মতমদুগী লৈঙাকপশিংগী অরানবা ৱায়েন্না নমদুনা মরৈবাক্কা কায়নহন্দুনা ব্রহ্মাগী খুঙ্গং তাংবোদা খৃঃ ১৯৫১ গী সেপ্তেম্বগী ২৬দা শিহনখি। মমা নীংজবা মচাসিবু অরোইবা মতম ফাওবা নুংশিজরবা মমাগী মতম্বাক্তা অবোইবা তৃমখুন তানবা ফাওবা ফংহনবিখিদে। মমা নীংজবা মচাসিনা মমাগীদমক মমাগী মনাক্তা লৈবদগীদি মমাগীদমক মমাবু থাদোকপনা হেন্না মমল য়াম্মী হায়বসি খঙখিবগুম তৌই। অসিগুম্বা অথোইবা মীশক অমগী থবায়বু মমল খঙদনা মাঙহনববু নুংঙাইতবা ফোঙদোকই। হিংলিঙৈগী মতমদনা মহাকপু মাঙহন্নবা হোৎনখ্রগা শিরবা মতুংদনা মহাকপু থিদুনা—তোপ কাপ্পুনা, লৈ খৃজোক চাইদুনা ইকায় খুম্নবা অসিদগীদি লনাইগী ৱাফম্না হেন্না মরুওইহন্দুনা জাতিসিগী মমল য়াম্লবা পুন্সিশিংবু মাঙহন্নীংদে।

ময়েক শেংনা মশাগী পুন্সিরোল, কলা, সংস্কৃতি, মশক মচু থোক্লা লৈরম্বদু ১৮শুন. চহীচাদা রমান্দি বৈষ্ণবিজম লৌরুবদগী মশাগী মশক-মচু থোক ওম্থোক্তুনা মশাবু মশক খঙজদবা মওং ওইরকখিবা, মদুনা মশাগী মতীক মথৌনা ময়েং তাখিবা উৎলকই ঃ

ঐখোয়গীসু অথৌব মচা কয়া লৈরম্মী হায়
অদুবু অনৌব ধরম অনৌব চৎনবী কয়া
সাফু কনন সিৎচিল্লক্পদগীদি
থৌনাসু য়াওনা হুম্দোক্খ্রমালে।
চহী তরেৎ খুন্তাক্খ্রেদন।

*পৃঃ নঃ নঃ লাঃ ৮৫*

কনবদা থৌবদা জাতিসিগী মীয়াম্বু মীতৈ নোংশা হায়নরম্বা, ফুরুপসিগী মতীক-মগুণতনা অকোয়বগী জাতি ময়ামগী মরক্তা মতীং লৈনা হিংজরম্বা পুম্নমক মাঙথরক্তুনা মীপাল তাংদুনা হিংহন্নবা হোৎনরকপা; মশাগী লমখৈ ফাওবা ঙাকচ-শেঙ্গবা ঙমদবা ফীভম য়ৌরকপা নোংপোক অমসুং নোংচুপ্পগী চঙশিল্লকপা মীওইশিংনা উশিৎ-থওইদনা জাতিসিবু শীংনরকপা, মখোয়না মফমসিগী *নিংথৌ ওইরবনি মখোয়গী য়াথং ইনগদবনি* হায়রক্লবা

অসিগুম্বা মতমসিদা জাতিসিগী হিংনবগী লম্বীদি ঃ

মসা খঙ্‌দন অসুম্‌ অসুম্‌ চপসিল্লক্‌লি সারংগী ফক্‌লাং মরী ওল্লদুনা
চীংমায়সিংন। খজিকত্‌ মঙায়রে চৎফম ফাওব
লৈরক্‌লরোইদব নোংসাগী।

হৈনখিগদর হিংব মদুদসু .....?

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ১৫ –১৬*

কবিনা মালেমদা হিংলিবা শা-উচেক, হৈ-লৈশিং ফাওবা য়োকখৎনবগী হোৎনরক্লিবা মতমসিদা, মালেমদা অতাঙবা শা ওইরিবা *সঙাই* অমদি লৈ *সিরোই লীলি* য়োকখৎনবা হোৎনরদুনা *সঙাইগী মথবায় কল্লু, সঙাই হিংহল্লু* অমদি *সিরোই লীলি য়োকখৎল্লু অতাঙ্‌ব শানি* হায়না পূক্লীং থিংজিন্নরবসু ঃ

অদুবু কনাসু লাউদে
মী কাঙ্‌লুপ মচা অমন
অচৌবগী ইথিল্‌দ মুৎথিগদৌবদদি
কল্‌হৌসি হায়ন।

*পৃঃ নঃ নঃ লঃ ৬৭*

মসি লমদমসিদা হিংলিবা য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লবা ইন্দিজিনিঅস পীপলসগী হিংবা শিবগী শাথীনা চিংনবদু ফোঙদোকপনি। অইবনা হায়রি—জাতিসিগী মরাইবক হাযবসি মশানা শেমজগদবনি, মীতোপ কনানসু লাক্তুনা শেম্বীরগদবা নত্তে। পোক্লফম লমদম মীতৈ লৈমনদি মচাশিংনা চাউরক্লগা নুংঙাইজগনি আশা তৌই। মমাগী অৱাবদি মচা নত্তনা কনানা খঙবিগনি। মমাগীদি মচাদা নত্তনা কনাদা আশা তৌগনি ঃ

নচাসিংন সারেপ্‌ ফারকলগ
নুংঙাইরক্‌থিনি ৱাখল্‌দ
আসান কোইপাই পাইদুন সান্নখি
নীংথিরব অয়ুক্কী আতিয়াদ
মঙ্‌লান্‌গী ৱাংলব দলান মথোল্‌গী
অপীক্‌প থোঙনাওদগী পাইথোরক্‌প
অত্তৌব খুনু ওইন।
অৱাববু নহাকন লৈ ওইন চিন্দুন সান্নখি।

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ২০*

অদুবু *মীনাই ওইবগী ঈশিং নুংশিংত চাউরক্‌লব* মহাক্কী মচাশিংনদি মহাক্কী অৱাবা উবা ঙমদ্রে। মপু ওইনা হিংবগী নুংঙাইবদু মপূক্লীংদা ফাওবা ঙমদ্রে। মখোয় মশানা মশাবু মশক খঙজবা ঙম্নরক্তবদগী য়েলহৌঙেদগী লমদমসিদা হিংমিন্নরক্লবা ইতিহাসকী অৱাবা তাংফম

কয়া থেংনমিন্নরক্লবা চীংমী তম্মী অনীগী নুংশি চাননা হিংমিন্নরম্বা ঃ

মখল্ কয়াগী উচেক মচাসিংন
ঐগী উনারকত পোথারে,
উসাসিংদ তোংলদুন নুংসিরব ঈশৈ শকলম্মী।
ঐগী উহৈশিং চারগ হরাওন সান্নরম্মী।
মকা লাম্লব ঈসৈসিংদু পূকনীং হূন ফজে।

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ২৫*

মচীন মনাওগী অমত্তা ওইবা পাঙ্গলগী পাম্বোমনা অদুগুঁ চহী তরেৎ খুন্তাকপদা, মণিপুরগী অরোইবা নীংতম লান্দা মায়োক্লমিন্নখিবদু কাউথোক্তুনা মেগী ৩, ১৯৯৩ দা মীতৈ অমদি মুসলিম্মা তমদা অদুগা অমুকসু চীংদনা নাগা-কুকি, কুকি-জৌমী কাঙলূপ কাঙলূপ খায়দোক্লদুনা তোখায় তোখায় তানবগী মতমসিদা নীংশিংই অমত্তা ওইনা হিংমিন্নরম্বা মতৌ। অদুগা ব্রাহংসিনা কোনশিল্লকই-*কৈদৌঙৈ তাগনি অদুঙৈগী নুংসিব ঈশৈ*। হৌখিবা হায়বসি লাক্লদবগীদি লমজিং মৈরানি। লাক্লদবা মতমগী মায়কৈদা ইতিহাসতা সনাগী মশক ওইখ্রবা অফবশিংদুতা লৌখত্তুনা হেন্না ফবা সমাজ অমা ওইহনবা হায়বসিনি ইতিহাসনা হৌজিক হিংলিবা পুক্সিদা পীরিবা খুদোলদি। ফত্তবশিংদুদি সমাজদা অমুক মফম হঞ্জিনহল্লকফম থোক্তে। মণিপুরগী মনীংতম্বা তাংফম তাংফমদা মাঙখিবসি ঐখোয় মশেল মচোয় মচোয় তানবদগীনি। চীংমী তম্মী অনীমক লমদমসিগী মী ওইনা কুইরবা মতমদগী খুন্দামিন্নরকপনি হায়রকই ঃ

লোক্তাক্নদি নুংঙাইজে অমত্ত ওইন পূল্লবগী
তুরেল্সিংনদি চাউথোক্চে তোঙান্ তোঙান্বগী
হৌরক্ফম্গী, ঈচেল্ন সান্নফম্গী,
নোংলীক্ ওইরিঙৈদ পূন্মিন্নরম্বদু কাউথোক্লদুন।

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ৩৯*

ঙসি লমদমসিদা লৈরিবা মখোয় কয়ানা মমালৈবাকপু মশা মশানা নুংশিবা হেল্লি হায়বা ক্লেম তৌনরদুনা অঙম তান্নদুনা অমগা অমগা হাত্তোক্লরক্তুনা লমদমসে চায়নপুং ওইরকপসিদা কবিনা হায়রি—পোক্লফম লমদম (native land)বু নুংশিবা হায়বসিদি *নত্তে হায়গদব চীন্বান্দ ফাওগদবনি থমোয়দত*। অসিগুম্বা মচীন মনাওগী লানফমসিদা *ঈগী তুরেল্ন ইমায় পান অকন্বা ইরাওখোল্গা লোয়নন* চেলহল্লকপা উবদা কবিনা পোক্লফম মমাদা হংলি—*নঙগী কবম্ব নুংসি য়াইবু মুন্নরিব*। লমদমসিগী চীংগী শরুকশিংদা নাগাশিংগী গ্রেটর নাগালেন্দ নৎত্রগা সাওথ নাগালেন্দ অমদি কুকিশিংগী হোমলেন্দ তানবগী মচেৎ মচেৎ তান্নবকপগী ফীভমসিদা পোক্লফম মমাগী নুংশোক্লরবা মশক শীংথারকই ঃ

মচেৎ মচেৎ কীন্থরক্লি চীংলোন মাপল্ন

মচোই মচোই তারি লোক্‌তাক্ ইসা মাপল্‌ন ।

অদুবু লেপ্‌লি নঙ্‌দি করিমত সোকতবগুম্‌ন
নসা পূম্‌বদ সিনথরবসু ঈখেং
জগোয়দি লেপ্‌ত্রি, ঈসৈসু তোকত্রি।

*ফি: অ: উ: লা: ৪*

পূম্নমকসিদসু পোক্লফম মমানদি কৌব্রু চীংজাওগুম খোঙফম লেঙদনা; জাতিসিগী শাগোম্নরক্লবা ফোক ম্যুজিকেল ইন্সট্রুমেন্ট পেনাগী শৈশক, পেনাগী তাম্বাদা থেক্লা নৌনা জগোয় শারিবদু কবিদা ফাওই। মমা নীংবা শাবশিংগী অঙম তান্নবগী ঈখেংনা মমাগী হকচাংদা চরৈ ওইনা থোনবিবদা য়াওবা ঙম্লোই হায়রি ঃ

য়াওব ঙম্লোই ঐ নঙ্‌গী পোৎলোইবদি ইমা
মৈ চূবসু ঙম্লোই নহাক্‌পু নুংসিমন্‌বদগী।

*ফি: অ: উ: লা: ৪*

চীংগী কাঙলূপকী ইরাংসিদা মীচম প্রজা কয়াগী ময়ূম-মকৈ উৎ ওইনা তুমহনখিবা, হিংবগী হক ফাওবা মাঙহনবিখিবদু শকপানবা খূৎয়েক (pictureque) তা মীৎচানহল্লি। অব্রা হংশোক লাংলবা পুক্সিশিংদুগা লোযননা থাদোক্লবা ঙমদনা চৎমিন্নহল্লি। অসিগুম্বা সমাজ অসিদি ঃ

থব্রায় য়াওদ্রব নূঙ্‌ চেক মরকত
সেগায়রব প্লাস্‌তিক্ খাউ ওইন তাররনি ব্রাখল্‌ন
নীংতম্‌বন অপূম-অসা ওইন তৈররনি মদুদ ।

*ফি: অ: উ: লা: ৬*

*করিগীনো তুমীন্ন লৈরিব হে কৃষ্ণ!* হায়বা শৈরেং অমদসু মচোই মচোই তানরবা লমদমসিগী মচীন-মনাওশিংগী হকচাং অঙম-অঙম্বা মতুপ মতুপ কক্লুনা হাতোক্লখ্রবা; গন্ধারী ওইনা মমালৈবাকপু উরকই ঃ

মচা (চাম) চামবু মঙক কক্‌তুন মতূপ্‌ মতূপ্‌ তাহন্দুন
য়েংহৈদ্রব মীহাৎত হাৎখ্রবদ মমাঙ্‌মক্‌তদ
কায়নী মৈচাক্‌ন ঙাওরবী গান্ধারী
মমীৎত মৈ ফ্রি-ফ্রি কারি সাউবন
চীংলোন্‌ মাপলগী চীংমায়দ লেপ্‌লদুন
লাউরক্‌লি .....

*ফি: অ: উ: লা: ৭*

মমালৈবাক্কী নীংতম্বগী বেনর পায়দুনা মমালৈবাক নীংবগী মমিংদা শোক্লরিবা লালসিদা ঈমু-নাইমু তানদুনা অঙম অঙম হাত্তোক্লরিবসি *কনান অচুম্‌বনো কনান অরান্‌বনো / সোক্‌নরিব লাল্‌ অসিদবু?* শক্তি লৈবা ফোর্সশিংগী মরক্তা মখোয় মশাগী হেন্না মনীংতম্বা তান্নরকপদা শক্তি লৈজদবা মীচমশিংগী পুক্সিনা ভিক্তিম ওইরক্লবদা মীচমশিংগী আশাদি

অমম্বগী অমম্বনিঃ

অঙনব ইতিহাস্কী তাংকক্ত
লৌমীসিংদুবু, কলাকারসিংদুবু নমথরগ
সাদান্বসিংন নিংথৌ ওইন পানখিবদগী
মীওইবগী অমম্ব অহীং হৌখ্রবনি।

হেনন মম্ব অহীংনি মাঙ্দ লেপলরিবন
ফাদোক্ তারব লাল্হৌবনি ঐখোয়গী নীংতম্বন।

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ৫*

মীনুংশি খঙদ্রবা, পূকচেল কনবা মখোয়শিংদুনা সমাজদা খূৎ লিংদুনা লৈঙাকলি। অদুগা অথোৎপা থম্মোয় চেনবা মীওইশিংগী মফমদি সমাজদা লৈতে হায়বা উৎলদুনা মীওইবগী হিংবগী অহানবা পোৎচঙ ওইরিবা নীংতম্বদু অসিগুম্বা শক্তিনা ঝারেপ্লবা সমাজদা আশা তৌনীঙায় লৈতবা মতৌদু উৎলি। ঙসি লমদমসিদা হিংলিবা পুন্সি মহিংসিদা ঐখোয় অনৌবা লানগী লাল্লোং অমা থৌনা লৈনা শেম-শাবা তারকই। অনৌবা জার অমদি নাৎসিগী অকনবা খূৎনা লামৈগুম্না নৌরিবা ঐখোয়গী পুন্সিদা শন্দোরক্লে হায়বসিনি ঃ

তাবর অথপ্পাদ য়েরিব সেনবুংগী মখোল-
অদুগ অনক্পদ য়েরিব পুংখোলসে?
তাও মুন্ন তাওনে,
অদুঙৈগী লোইলম্ লৈঙাক্প অদুদগী হেন্ন সাথীব
অনৌব লোইলম্ মপূন লাংগোই চল্লক্পগী
অকিব সকফম্দু উরদুন য়েরকপনি লৈবাক্লেমন!

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ১৭*

অসিগুম্বা লোইলম লৈঙাক (colonial rule)অসিনা নীংতম লানফম অমগী মশক্তা পুরকপদু উৎলিঃ

অতিয়াগী মপাল্ নাইদববু সীংনরদুন
অনৌব হৈপাল্ লৈপাল্ পাম্বী কয়া হৌরক্লি।
মচু মচুগী লৈরাং কয়ান লৈকা ফন্ন লৈশাৎ তমন্রি।
অপীকপ উচেক মচাসিংন অহাঙব অতিয়াদ
মনীং তম্ন পাইরি।
নৌনা সাৎলক্প লৈরাং কয়ান মচু মচুগী ফিরাল ওল্লক্লি।
ফিরালসিং অদুন নুংসিৎত পাইখ্রগ হৌরক্লি
তারু তারুব লম্দম্দ। অচৌব ফিরাল্গী মরুম্দ
ফিরাল্ মচাসিংন মাঙখ্রি।

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ৯*

শৈরেংসিদা সাহিত্যদা সুরেলিজম (surrealism) হায়বা অদু লৌরদুনা মীওইবগী বাখলগী অরেপ্পা লৈত্রবা ইতাও তাওবা বাখলগী ঈচেলদা শাফ্‌ পীদুনা সমাজগী চৎন-লোনচৎ, অচুম-অরানগী অথীংবা লৈতবা, মঙ তাইবঙগী খেন্নবা লৈতনা তুম্বা অমদি মীৎকপ খোকপা অনীগী মরক্তা লৈরিবা মথন্তনা মথন্তবু খঙজবা ঙমদ্রবা ফীভমদা লৈবা মীওইবগী বাখলদা অথীংবা শুংপী পীদনা ফোঙদোকপগী টেক্নিক লৌরদুনা শৈরেংসিদা নীংথীজনা ফোঙদোকই। শৈরেংসিদা মহৌশাগী মশাইগোন্দা চিন্ন-চান্ননা নীংতম্না হিংজরম্বা জাতিসিগী পুন্সিনা ফিরাল ওইরকই অদুবু *অচৌব ফিরাল্‌গী মরুমদ ফিরাল্‌ মচাসিংন মাঙব্রি* হায়রদুনা অচৌবা কাঙলূপশিংগী ইথিলদা অপীকপা জাতিসিগী মনীংতম্বা পুন্সিবোল মাঙখিবদু বাখলনা লামশিনবা ঙমহল্লি। ফীভমসিদা *মচীন্‌দ মৈ চীক্‌নীংলক্‌লব উচেক মচাসিংন নুমিৎ তম্‌ন পাইসিনখ্রি মৈ লৌরুনব* হায়বসিনা নীংতম লালহৌ অমা তৌনীংলকপা, মদুগী ইহুল পোল্লবশিংনা লালহৌ তৌরকপা উৎলি। অসিগুম্বা লালহৌসিনা *অতিয়াসু পুম্‌ঙাং ঙাংগ্রে ঈ মরীক্‌ন থুংন সনদোক্‌খিদুন অচৌব ফিবালগী মূচসু অঙাঙব ওনগ্রে* হাযবসি পিস (peace) লৈরক্তবা হিংসাগী মশক উৎলি *ঈ থোক্‌লব লমবীদ চৎলি মীয়াম্‌ন*। *অশোক্‌প দাগ্‌ ময়াম পুরদুন* (ফিঃ অঃ উঃ লাঃ১২) লানফম অসিদা ওইবল্লিবা শোল্লবা মশক অমা উৎলকই ঃ

> ফিঙৌ সেৎপী পরেং পরেং চৎলি মংগারকপ্‌গী লম্‌বীদ।
> তম্‌থীবব ভূৎ প্রেৎকী মকোক্‌সিংন
> মথং মথং ফাওগৎলক্‌লি অমম্‌বদ।
> সাথীবব মখূৎসিংন প্রোক প্রোক থেক্‌লি নৌরব
> মরাল লৈজদ্রব থবাযসিংগী মকোকপু।
>
> *ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ১৮*

মীৎয়েং অসি ফজরবা ইমেজশিং শেমগত্তুনা ফোঙদোকপা শৈবেং অমগী অতোপ্পা পরেং খরা য়েংবা য়াই ঃ

> খ্বাইরক্সদ য়ৌরুরগ হল্লকই
> অদুগ লৈ চাইথরৈ মথং মথং
> মোংফম অমগী মথকত
> পূমঙাং ঙাংব লৈ ঙাকত।
>
> *ফিঃ অঃ উঃ লাঃ১১*

*ফিঙৌ সেৎপী ময়াম পরেং পরেং* চৎপা উবদা কবিগী মীৎযেংদা শৈবেং অমগুম্না উবকই। খোঙচৎ অসিনা জাতিসিগী মীয়ামগী পুক্নীংদা শোল্লবা হোৎনবকই। ঙসি লমদমসিদা হৌরিবা লালহৌসি ইতিহাসকী শোয়খিবা তাঙ্কক অমনা পুরকখিবা, ফমজিনখ্রবা ঈখককুম্না ঈমায়সিদা অনৌবা য়াওনগী ঈহৌ অমা পুবকপা হাযবসি শোয়দনা মথৌ তারকই— *জাতি অসিনা তৃংকোইনা হিংবা ঙম্নবগীদমক*। মসি *থদৎপীখি* হায়বা শৈবেং অমদা ফোঙদোকই। কবিনা

মাগী শৈরেংদা সিম্বিয়র ইমোসন ফোঙদোকপদা নত্তনা টেক্নিকেল এক্সিলেন্সি হাপ্পুনা শৈরেংগী ট্রিটমেন্টদা থোইদোক্লা হেঞ্জিন্না হায়জিন্দুনা সেন্টিমেন্টেল ওইবা মরমচৎ অমা পুথোরকপগী মহুত্তা পুক্নীংগী ঈথক-ইপোমগী অরাংবা (emotional agitation) য়াওদনা, ঈংথবা ৱাখল অমনা লমজিংদুনা হায়নীংলিবা ৱাফমদু ময়েক শেংহল্লি। কবিনা ওবজেক্তিভ ওইনা, অপাননা মশা চোংশিন্দুনা য়াওশিল্লুদনা ওইরিবা ফীভমদুদা নুংগী ওইবা ফীভমদু ময়েক শেংনা পুথোক্লুনা মদুনা কয়ামুক শোক্লবগে হায়বা অপাবশিংগী থম্মোয়দা ফাওহনবা ঙম্মী। শৈরেংগী মপাঙ্গলদি সবজেক্তিভ ওইনা কন্না হায়বতনা কন্না তাদে। তপ্না হায়রবসু মদুনা থম্মোয়দা কন্না ফাওহনবা ঙম্লবদি শৈরেংগী অশেংবা মপাঙ্গলদি মদুদা লৈ।

অইবনা জাতিসিগী য়েলহৌঙৈদগী শাগোন্নরক্লবা চৎনবী, থাজনবী, প্রমান-পাম্বৈ, ঈশিং নুংশিৎ, হৈ-লৈ, শা-ঙা, পৃম্বা নুংশিনা পাম্মুনা লৌজে। মসিনা কাঙলূপসিগী মশাগী অশেংবা মরল ওইজরিবনি। অদুবু হোংলক্লিবা যুগকী য়াওনদা পূম্নমক শীংথাবিনবা য়াওদনা মাঙথ-মূৎথরকপগী নীংঙমদবা পোকচৈ। লেপ্তুনা হোংলক্লিবা মীওইবা সমাজ অমদি মহৌশাগী অহোংবা ঈশিং-নুংশিৎকী ফীভমসিদা চহী খরদংগা কাখত্তুনা তুং হন্না য়েংবা মীৎয়েংদগী উরকই ঃ

সিরোই চীংদু তুরিজম্ দিপারত্মেন্তন
সিরোই হীল্ তুরিস্ত পেরাদাইজ কৌদুন
নুমিৎ থোক্প য়েংফম্ লম্ কোইফম্ ওন্থোক্খিবদগী
সিরোই লিলিদুসু মীয়াম্ন য়েংমন্বদ ইকাইরমাল্লে
লোৎখ্রে। হৌখিদ্রে। য়াম্ন কন্ন হোৎনদুন
পাম্বী ৫/১০ দি ইন্তেন্সিব্ কেয়র য়ুনিৎকী
অনাবশুম্ থম্লি।

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ৪১*

ওল্লকইবা সমাজগী ফীভমসিনা কবিদা অনৌবা কল্পনাগী থৌরী লীশাং অমা থাদরকই। মদু পায়রগা কাখৎপা ঙম্মী। কবিনা *য়ুম্জাওগী সংমায়দ থেৎলম্ব থোইবীন ফি সারিঙৈদ খম্বন কোইরকলগ খুদোং ফান্বগী অয়েকপ লাই*না নোংখাং চাদুনা মাঙখিবা । লমদমসিগী ঈশিং-নুংশিৎ হোংলকপগা লোয়ননা ঙমু, ঙাক্রা, উকাবী, পেঙবা, থরাক, খাবক, ঙাতোননচিংবা ঙাশিং মাঙখিবা, নোঙ্গৌবী মূৎখিবা; লমদমসিগী মরুওইবা চীংশিং— নোংমাইজিং, লাঙ্গোননচিংবা তেমখায়খিবা; মরু ওইবা পাৎ-তুরেলশিং—লোক্তাক, নম্বুল মসি পূম্নমক্কা লোয়ননা নাৎকী মচল মোইরাং পবর্বনচিংবা মাঙখিবা অদুগী মহুৎ মীওইবগী খূৎশেমগী ওইবা মশক্ক শেমগৎপদা মহৌশাগী মপোৎ-মরল মাঙখিবগী পূক্নীংগী অশোকপা উৎলি। অদুগা মশানা মশাদা ওনশিন্দুনা হংলি—*করিগীনো নপী তৈথোক্লিবদি*, জাতিসিগী মহৌশাদগী শাগোন্নরক্লবা মচল পূম্নমক্তা কবিনা ঙাওজে। জাতিসিগী মীওই

কাঙলৃপ্পুসু নুংশিনা য়েংজবা মীৎয়েং উই। মজাতিগী চহী কয়াগী সংস্কৃতিগা পুন্না লাকমিন্নববা মণিপুবীশিংগী ফীজেৎ-লৈতেং ফাওবা কবিনা শীংথাবদা থাদোক্তে ঃ

তনৌববী মায়থোংনি কনাগুমবী অমগী
পূক্নীং হুন ফজবদু। অঙৌব বেসম্‌গী
ফুবীৎ লীৎলি। সংবানব-ইননফি লৈতেংলি
নীংথিবব সাবানদু। অদুগ থাঙ্‌জিং মপালগী
ফীগে ফনেক্‌নি সেৎলীবদুন। মোমোন্ নোক্‌ন লাকখি
লমদম্ অম তানন আসা কয়াগ লোয়নন।

*পৃঃ নঃ নঃ লাঃ৪২*

ঙসি লমদমসিদা মান্ননা যেংবা ঙমদবা লৈঙাকলোনগী অখূবা মীৎয়েংনা জাতিসিবু মালেমদা শক্তাক্লিবা শান্ন-খোৎনবগী হীবমদা কাঙলূপসিগী শান্নবোইশিংনা কাখৎচবদা খুবৌ থাংবা উবদা হায়বর্কই ঃ

একলব্যন খুবী কক্‌খিবদুনি সাথীবিবদি।
দ্রোনাচাবয্যন অদুক্ হনথকবিবন কবিগী ?
য়াখিবোই, লৈবাকসিগী সান্‌ন খোৎনবগী
নুংঙাইব পাউ তাগদব য়াম্‌ন ৱাৎলি

*পৃঃ নঃ নঃ লাঃ ৯২*

ইতিহাসকী অকল অথৌশিংগী মতীক-মগুণ অদুবু লোইনাইদনা থম্মোযনুংদা ইবাৎচৈ। সমাজগী ইতিহাসনা মায়োন হোংলকপদা *মাইকৈ তোযন হোংলকলিবা ঈচেল্‌সিদ* হান্নগী ভেল্যুশিং থুগাইবকপা উবদা জাতিসিগী অথোইবা মচাশিংবু মুর্ত্তি শাদুনা মীযাম তীনবা মফমদা থম্না কিবকই। অদুনা হায় ঃ

নিঙ্‌সিং খুভম্‌দু থম্‌বীযু থম্মোযনুংদ
উৎপীযু ইকাইখুম্‌নবসু শুংদত।

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ১৭*

মতম অমদা মীপান তাংদনা মঙাল চাউনা মশাগী মপূক চোল্লবা সংস্কৃতিগী ঈচেলগা লোযননা শেৎপা চাবা কোন্ননা হিংজবম্না নুংঙাইববা পুক্সিদু খঙজবা ঙমদ্রবশিংদা হাযবি ঃ

মখোযগী মচা মসুসিংদি খঙ্‌দ্রে
মঙাল্ কৌব অম লৈ হায়ব ফাওব।
পেবেৎকী ফুংগা ৱাবীদৌন নুংঙাইন তাবে
মপু মবেল্‌ন লীবীবদ মঙালগী ৱাবীদো।

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ৫১*

মালেমগী জাতিশিংগী মবক্তা মশাগী সংস্কৃতিগী সভ্যতাবু মশক খঙজবা ঙমদবদগী গটস লৈনা হিংজবা ঙমদবগী মীৎযেং কবিনা ফোঙদোকই। লমদম অসিগী মহৌশাগী শুক্ষৎনীংঙায়

ওইবা ফজবা পুন্সিনা অরেম্বদা মাঙবা উবদা হায়রকই ঃ

নঙ্গী সংবানব চীংসাংসিং
মনি ঙাক্তন থল্লী।
নঙ্গী ফজরব তম্পাকসিসু
সনা ঙাকত্ন ফুদোংঙি।
অদুবু নঙ্গী ৱারীদি ঙসিফাওব
লেমজনিঙই ওইহনব্রি, খুন্দারিবসিংসিন।
নঙ্গ মরী লৈনদবদৌন তৌই মখোয়।
মবল্দি লৈ হায়ববু য়াম্ন লায়বৈ মখোয়,

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ২৯*

অদুবু মশাগী অশেংবা মরল অমদি মদুগী মমল খঙজবা ঙম্বা মখোয় খরদি য়াওরি। মখোয়না মমালৈবাকপু মশক তাক্লকখিনি—*মখোয়বুদি থৌনা হাপপীয়ু* কবিনা নীজৈ। *চীংগী নীঙোল্* হায়বা শৈরেং অমদসু মশাগী জাতিগী মনাৎ থাদোক্তুনা মীগী মতৌ তম্বতনা চাওখৎপা ওইনা লৌববু য়ানীংদবা ফোঙদোকই। মশাগী মপোৎ-মরল খঙজদবদগী মীপাল তাংদুনা হিংবগী তুফক-তুফাই চনবা মতৌদু উৎলি ঃ

কবিগীনো চীংমী নীঙোল্ নুংসিবী
নঙ্গী মীৎয়েং নঙ্গী ৱাঙাং
নঙ্গী সাথেক্ নঙ্গী ৱাখলদ
ননীং ইতম্ তমজব্রিব
করিসু ৱাৎতেনে নহাক্কী।

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ ৩০*

অসিগুম্বা মওংসিদা কবিনা পোক্লফম লমদম্বু মমা অমগী মশক্তা হায়রি— *ইমা, নহাক্ য়াম্ন চোক্থরমালে মায়থোংদো ৱানা উরে* মশাগী মনাৎপু নাথৈদুনা হিংবা পুন্সি মহিংদা পেনবা ঙমদ্রদুনা মশাগী পুন্সিরোলদা মীৎয়েৎ থম্লকপদা থেংনরকই ঃ

লোইনমক্ অৱায়ব অপুম ঙাক্ত ঙায়রবর খলহল্লুরব ৱাখলসে
নুংঙাইরদুন নমবো থারগা য়েংলি।

ঐ নুংঙাইরকই চাউরব পূক্কৈ অম থেংনবদ
লোইনাইদ্রব পুৱারীগী।

ঐ সক্ তাক্নব করিমত্ত লৈতবদি নত্রে ....
চৎপগী লোইনাই খম্নাইররোইদব লম্বী অমদ
খোঙ্থাং অমতনি থাংজিল্লক্লিব
নুংঙাইবদি হৌরে সৈহৌ অমদ খোঙচৎ অসিগী।

*ফিঃ অঃ উঃ লাঃ২৮*

মশাগী সংস্কৃতিগী মায়কৈদা চঙশিল্লুবদা মমল য়াল্লবা চাউরবা পূক্কৈ খেংনবদা কবিগী পূক্লীংদা লোইনাইদ্রবা নুংঙাইজবা ফংজবা; কবিগী স্পিরিটনা উচেক ওইনা পাইখিদুনা হৌদ্রবা মতমগী লংলবা কলা সংস্কৃতিগী মণি-মুক্তা শোকচবা ঙম্বদু কবিনা থোইনা শেমজিন শাজিল্লুবা তৌদনা ইচম-চম্বা মফোঙদোক্তা উৎলি। মশাগী কলচরেল রূট খঙজরকপগী নুংঙাইবা ফংইবসি মশানা মশাগী জাতিগী মশক খঙজবা অমদি পূক্লীংগী মতীংদু ফংজবা ঙম্বদুনি। এঙ্গোলো ইণ্ডিয়ানগী শক্লাইরবা কবি অমনা মহাক্কী শৈরেংগা পোক্লফম লমদমগা অনীগী লৈনবা মরীগী মরমদা হায়খিবা অমা নীংশিংবা য়াই—*I try that poetry, relate to the landscape both on the physical and on the plane of the spirit.*[2] কবি অমনা ইরিবা পূন্নমক কবিনা হিংলিবা সমাজগদি নক্লবা মরী লৈনবা তাবনি। মী অমা ওইনা কবি হায়বসি পোক্লফমগী লৈবাক লৈহাও, সমাজগী পুন্সিরোলদগী শাগৎলকপনি। কবি অমনসু মরৈবাকপু নুংশিজবা ফোঙদোক্লুনা ইখি ঃ

> O land and soil, red soil and sweet-gum tree,
> so scant of grass, so profligate of pines,
> Now just before an epo's sun decline
> Thy son, in time, I have returned to thee
> Thy son, I have in time returned to thee.[৩]

লমদম অমগী মহৌশাগী ফীভম অমদি জাতিদুগী মশক অনীসি অচেৎপা মরী লৈনৈ। কবিনা জাতিসিগী মপূং ওইবা চীং, পাৎ, তুরেল,পাক-চাউনা শন্দোকইবা মহে মরোংগী লবূক-লম্মাংবু নুংশিনা উজে। জাতিসিগী শকখঙবিদনা লৈরুরবা মহৌশাগী ফজবা, কলা সংস্কৃতিগী বাংলবা মশক কয়াবু শীংথাবিনবা লৈতনা চাইখাইরিবসি খোমজিন্দুনা মীমাঙদা লেম্নজনীংই। চেম্ছরিবা নম্বুল তুরেলগী ঈচেলবু মমাগী খোল্লাংগুম্না উই। মপাল নাইদ্রবা অতিয়াদা উচেকশিংগা লোয়ননা মপূক্লীংনা মনীংতম্না শাখপ তম্মিন্নে। জাতিগী মতীক-মগুণ চাউবা মীশক, মীওইশিংগী বারীবু লোইনাইদনা শীংথাজে। কবিনা খেবচীংগী চীংথোঙদা ঙাথু থেংথুনা চেম্ছরিবা খোংজোম তুরেলগী ঈচেলদা উই—অকাউবগী ঈরোম্নুংদা লূপখিগে তৌরবা মজাতিসিগী মতীক মথৌনা অমদি মরৈবাক্কীদমক কখোকপা ঙম্বগী মশক।

---

২। Keki N Daruwalla, Two Decades of Indian Poetry (1960-80) Ghaziabad' Vikas Publishing House, 1980, P 21

৩। Claude Mckay, outcast, Black Poetry (ed) Dudley Randall, Broadside Press, fifth Printing, 1972, P 48

# বিব্লিওগ্রাফি

**মণিপুরী লাইরিকশিং:**

**অরুনা, নহাকপম,** *নোংথাংলৈমা অমসুং তাইবঙ,* চুংখাম যশবন্ত সিংহ, কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, লৈরক অচৌবা, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১, অহানবা ফোঙবাঃ ২০০১।

**ইবেহাইবী, ডা য়ুম্নাম,** *, মণিপুরী (মৈতৈ) লেজেণ্ড নৈনবা,* বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ ১৯৯৮।

**ইবোপিশক, থাংজম, য়ুমলেম্বম ইবোমচা, রঞ্জিৎ দবলিউ,** *শীংনবা,* অহানবা ফোঙবাঃ ১৯৭৪।

**ইবোপিশক, থাংজম,** *নোরোক পতাল পৃথিবী,* ভী আই পব্লিকেসন্স, অহানবা ফোঙবাঃ ফেব্রুবারী, ১৯৮৫।

— *ভূৎ অমসুং মায়খুম,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ নবেম্বর, ১৯৯৪।

— *ময়া দেশ,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ নবেম্বর, ১৯৯৯।

**ইবোতোম্বী সিংহ, শ্রীনিংথৌজম,** *জাতিগী থৌরম খরা,* শ্রীনিংথৌজম, মেমচা দেবী, এলাংবম লৈকাই, অনীশুবা খূৎনমঃ ১৯৮৬।

**ইবোচাউবা সিংহ, ডা ওইনাম,** *ফোকলোর বিজ্ঞান,* ইন্সটিট্যুট অফ মণিপুরী ফোকলোর, নাগামপাল শিংজুবুং লৈরক, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১, অহানবা ফোঙবাঃ মার্চ, ১৯৯৩।

**কুমার সিংহ, অরিবম (সম্পাদক),** *মণিপুরী ৱারেং,* দি কলচরেল ফোরম, মণিপুব, অহুমশুবা খূৎনমঃ সেপ্তেম্বর, ১৯৮৮।

**কুলচন্দ্র সিংহ, ঙারিয়াম্বম,** *মৈতৈ লাই হরাউবা,* অনীশুবা ফোঙবাঃ ১৯৯৮।

**কলাচাঁন্দ শাস্ত্রী, পদ্মশ্রী,** *অশংবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস,* চিরোম জুগেশ্বর সিংহ, ১৯৯৭।

**চন্দ্রমনি, অয়েকপম,** *সাহিত্যগী নৈনবা ৱারেং খরা,* রাইটর্স বুক ষ্টোর, পাউনা বাজার, অহুমশুবা ফোঙবাঃ সেপ্তেম্বর, ১৯৫৫।

**চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, অরিবম (সম্পাদক),** *মণিপুরী সাহিত্যগী পরম্পরা,* নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, কৈশামপাৎ, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ জুন, ১৯৮৬।

**দিলিপ্ময়েংবম্,** *ৱাহৈ অমসুং সুর,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ ১৯৯৫।

— *ফিবাল্ অমসুং উফূল্,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ ১৯৯৫।

— *পৃথিবী নঙগী নবাইবক,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ ১৯৯২।

**দ্বিজমণি দেবশর্ম্মা, শ্রী,** *সাহিত্যমীমাংসা,* শেখর ব্রাদাস, খ্বাইব্রহ্মপুর, ইম্ফাল, অহানবা খূৎনমঃ ডিসেম্বর, ১৯৭৬।

**নীলকান্ত সিংহ, শ্রী এলাংবম,** *মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ,* দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, ইম্ফাল, অহুমশুবা খূৎনমঃ ফেব্রুবারী, ১৯৯১।

**পদ্মকুমার, কাংজম,** *মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি,* কে পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ সেপ্তেম্বর, ১৯৯২।

**বাসি,** *কৃষ্ণচূড়াগী অঙাংবা মপাল,* ট্রাইমভরেৎ পব্লিশর্স, ইম্ফাল, মণিপুর—৭৯৫ ০০১, অহানবা ফোঙবাঃ আগষ্ট, ১৯৭৭।

**বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম,** *সিবু হৌনরিব্রা ইমা,* এম এল এস পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ মার্চ, ১৯৯১।

— *ফাদোক অমগী শৈরেং,* পি এস পব্লিকেসন্স অমসুং সনা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ ফেব্রুবারী, ১৯৯৫।

— *লাম্হেংনরিবা লাম্নী,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ ফেব্রুবারী, ২০০০।

**বীরেন, শ্রী,** *তোল্লবা শা-দুগী ৱাখল,* দি মণিপুর কোওপরেটিভ পব্লিসিং সোসাইটি লিমিটেদ, পাউনা বাজার, অহানবা ফোঙবাঃ সেপ্তেম্বর, ১৯৭০।

— *মসিনা ইম্ফালগী ৱারীনি,* য়ুনিভর্সেল লিটরেরী এসোসিয়েসন, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ জনুৱারী, ১৯৭৮।

— *সনাগী কৈরাক,* শ্রীমতী নোংথোম্বম নিংঙোল তৌরাংবম ওংবী রাসো দেবী, উরিপোক তৌরাংবম লৈকাই, ইম্ফাল, ৭৯৫ ০০১, অহানবা ফোঙবাঃ খৃষ্ট কুম ২০০১।

**বীরেন্দ্রকুমার সিংহ, লাইশ্রম(সম্পাদক),** *মণিপুরী খুন্নুং ঈশৈ খোমজিনবা,* সাহিত্য একাদেমি, নিউ দিল্লি, অহানবা ফোঙবাঃ ১৯৯৯।

**ব্রজেশ্বর, এস,** *অনৌবা মণিপুরী কবিতাগী শক্লোন,* সৌগাইজম পব্লিকেসন্স, বড়খলা কাছার, অনীশুবা ফোঙবাঃ ১৯৯৬।

**মণিহার, চোংথাম (সম্পাদক),** *ৱারেংগী শক্লোন,* দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, অহানবা খূৎনমঃ ১৯৭৫।

**মেমচৌবী ,** *নোংগৌবী,* অরাম্বম সমরেন্দ্র, অহানবা ফোঙবাঃ মে, ১৯৮৪।

— *অদ্রোগী মৈ,* অরাম্বম সমরেন্দ্র, সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল—৭৯৫ ০০১, অহানবা ফোঙবাঃ মার্চ, ১৯৯০।

— *সন্দ্রেম্বী চাইশ্রা,* অরাম্বম সমরেন্দ্র, সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল—৭৯৫ ০০১, অহানবা ফোঙবাঃ ওক্তোবর, ১৯৯৩।

— *ঐগী পলেম নুংশিবী,* অরাম্বম সমরেন্দ্র, সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল—৭৯৫ ০০১, অহানবা ফোঙবাঃ মে, ১৯৯৮।

— *বাকমা মাইবী অমসুং অতৈ বারেংশিং,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল—৭৯৫ ০০১, অহানবা ফোঙবাঃ জুন, ১৯৯৫।

আর জে মীতৈ, *শীংনদুনা চংকনি,* এন আর পব্লিকেসন্স, লোইতাং খুনৌ, ইম্ফাল— ৭৯৫ ০০২, অহানবা ফোঙবাঃ ডিসেম্বর ৩১, ২০০০।

লনচেনবা মীতৈ, *কৈনা চিংশিল্লক্লিবা লৈই,* পুগ্রম-চা শরত খুমন, অহানবা ফোঙবাঃ জনুবারি ২৬, ১৯৮৮।

— *য়েংলু য়েংলুবদা,* এম এল এস পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ ১৯৯১।

— *হি নঙবু হোন্দেদা,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ খৃষ্ট কুম ১৯৯৬।

— *থম্মোয়নুংদগী,* মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ খৃষ্ট কুম ১৯৯৬।

— *মণিপুরী শৈরেং নৈনবা অমসুং অতৈ বারেং শরা,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ খৃষ্ট কুম ১৯৯৮।

শরতচান্দ থিয়াম, *তেঙ্গালি কারবা পোদোন,* য়ুমজাও লুবাংচা অমদি এম জিলা মৈতৈ, অহানবা ফোঙবাঃ ওক্তোবর, ১৯৮০।

— *শো চবুন,* পি এস পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, ১৯৮১।

— *অফ্রিকা,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ ফেব্রুবারী ১৯৯৩।

— *য়ুমলিংদবশিংগী য়ুম,* রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবাঃ নবেম্বর ৪, ২০০১।

সনাজাওবা, নাওরেম, *মীওইবগী হক কুনশুবা চহিচা,* ন্যাসনেল রিছার্চ সেন্টর, কাঞ্চীপুর - ৭৯৫ ০০১, অহানবা ফোঙবাঃ ১৯৯৯।

সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ, রাজকুমার, *বসন্তগী বাঁশী,* বাহেংবম পদ্মাবতী দেবী, অহানবা ফোঙবাঃ ১৯৭৬।

— *ছন্দবীনা,* দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, ইম্ফাল, অহানবা খৃংনমঃ ডিসেম্বর, ১৯৬৯।

সুকুমার সেন, ডা, *বাংলা সাহিত্যগী ইতিহাস,* (হন্দোকপা) হিজম গুণ সিংহ সাহিত্য অকাদেমি, রবীন্দ্র ভবন, ৩৫ ফিরোজশাহ রোড, নতুন দিল্লী ১১০ ০০১, অহানবা ফোঙবাঃ ১৯৯৯।

হেমচন্দ্র, কোঞ্জেংবম (সম্পাদক), *৭০ দা হল্লকপা নোংলৈ,* ওইবশিংগী শীল্লুপ, অহানবা ফোঙবাঃ নবেম্বর ১৫, ১৯৭৯।

**চেফোঙ অমসুং সেমিনার পেপরশিংঃ**

**ইবোহনবী সিংহ, ডা থোকচোম,** সাহিত্য একাদেমি এবার্ড ফংলবা লনচেনবা মৈতৈগা উনরুবগী পাউদম, *সাহিত্যগী পাউ,* (সম্পাদক) রাজকুমার মণি, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, ২৯ শুবা মশীং, ফেব্রুবারী, ২০০২ ।

**দামোদর, লৈমপোকপম,** সমাজ রাজনীতি অমসুং সংস্কৃতিগী বাখল্লোন্না সাহিত্যদা পীবা ইথিলঃ শৈরেং, সেমিনারঃ *মতমগী মণিপুরী সাহিত্য* ('৬০ দগী '৯০ফাওবা) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

**মেমচৌবী, অরাম্বম ওংবী,** মণিপুরী শৈরেংগী ঈহৌদাঃ অনৌবা য়াওল (৮০ দগী হৌজিক ফাওবা) *সৈরেং,* (সম্পাদক) দিলিপ্ ময়েংবম্, অসৈলূপ, ইম্ফাল, অহানবা মশীং, আগষ্ট ১৯৯২-জানুবারী ১৯৯৩।

**আর জে মীতৈ অমসুং ইমোজিৎ নিঙোম্বম,** কবি লনচেনবা মীতৈগা উনরুবা, *য়েন্নীং* (সম্পাদক),বিদ্যা বাচসপতিময়ূম, মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা, ২শুবা ভোল্যুম, এপ্রিল, ২০০০।

**লনচেনবা মীতৈ,** পোষ্ট মোদর্নগী কুয়োম্না য়োল্লবা মণিপুরী কবি অমা, *সাহিত্যগী পাউ,* (সম্পাদক)বি এস রাজকুমার, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, ২৭ শুবা মশিং, ফেব্রুবারী-মে ১৯৯৮ ।

*মীতৈ অঙাংশিংগী খুনুং ঈশৈ* (সেমিনার পেপব), মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল, ১৯৯১।

**English Books ঃ**

**Barrow, A E T(ed),** *Panorama* A Selection of Poems, Oxford University Press, Walton Street, Oxford OX2 6DP, New York, Fifteenth Impression, 1994.

**B K Das,** *Critical Essays on Poetry,* kalyani Publishers, 1/1, Rajinder Nagar, Ludhiana–141 008, Reprinted, 2001.

**Boulton, Majorie,** *The Anatomy of Poetry*, Kalyani Publishers, 1/1, Rajinder Nagar, Ludhiana-141 008, Reprinted 2001.

**Butcher S H** (ed), *Aristotle's, Theory of Poetry and Fine Art*, Kalyani Publishers, H/O, 1/1, Rajinder Nagar, Ludhiana–141 008, B/O 23, Daryaganj, New Delhi–110 002, Reprinted, 1995.

**Cuddon J A** (ed), *A Dictionary of Literary Terms and Literary Theory*, Mayabloc-kwell, Doaba House–1688, Nai Sarak, Delhi–100 006, 1985.

**Dorson, Richard M** (ed),*Folklore in the Modern World,* Mouton Publishers, Paris, 1978.

**Dundes, Alan,** *Essays in Folkloristics*, Folklore Institute, 1978.

**Enright, D J and Ernst De Chickera** (ed), *English Critical Text*, Oxford University Press, 1962.

**Gould, Eric,** *Mythical Intentions in Modern Literature*, Princeton, Princeton UP, 1981.

**Gopal Haldar,** *Kazi Nazrul Islam*, Sahitya Akademi, Rabindra Bhavan, 35 Ferozeshah Road, New Delhi–110 001, Third Printing, 1997.

**Hemingway, Ernest M,** *The Old Man and The Sea,* Surjeet Publications, 7-K, Kohlapur Road, Kamla Nagar, Delhi–110 007, 1st Indian Reprinted, 1991.

**Hudson W H,** *An Introduction to the Study of English Literature*, A I T B S Publishers & Distributors, J-5/6, Krishan Nagar, Delhi–110 051 (India), 2nd Edition, 2000.

**Islam, Kazi Nazrul,** *The Rebel and Other Poems,* Sahitya Akademi, Rabindra Bhavan, 35 Ferozeshah Road, New Delhi–110 001, 1st ed, 1998.

**Long, William J,** *English Literatureঃ It's History and It's Significance*, Kalyani Publishers, B-1/1292, Rajinder Nagar, Ludhiana–141 008, 5th Indian Reprinted, 1977.

**Manihar Singh, Ch,** *A History of Manipuri Lıterature,* Sahitya Akademi, Rabindra Bhavan 35 Ferozeshah Road, New Delhi–110 001. First Published, 1996.

**Ommen, T K,** *Citizenship, Nationality and Ethnicity*, New Delhi–1996.

**Paranjape, Makarand** (ed), *Nativism: Essays in Criticism,* Sahitya Akademi Rabindra Bhavan, 35 Ferozeshah Road, New Delhi–110 001, 1st ed, 1997.

**Sartre, Jean Paul,** *Being and Nothingness*, Trns Hazel, E Burnes, London, Methew and Co Ltd 1957.

**Satchidanandan, K** (ed), *indıan poetry, modernism and after*, Sahitya Akademi Rabindra Bhavan, 35 Ferozeshah Road, New Delhi–110 001, 2001.

**Tiwari, Nidhi,** *Imagery and Symbols ın T S Elıot's Poetry,* Atlantic Publishers and Distributors, B-2 Vashal Enclave, Op Rajouri Garden, New Delhi–27, 2002.

**Tomba Singh, T,** *On folklore,* First Edition,March, 1998.

- *The Oxford Companion to Amerıcan Lıterature*, New York, Oxford University Press, 1965.

- *The Oxford English Dıctıonary*, Vol X, Oxford University Press Ely House, London, Reprinted,1971.

**Journals:**

**Bharatnagar, O P**, The Search for Identity in Commonwealth Literature, *Littcrit*, Vol 7, No 1, 1981.

**Daruwalla, Keki N**, Identity: Language, Literature, Writer, *Indian Literature*, (ed) H S Shiva Prakash, Vol LV, No 2, Sahitya Akademi, No 202, March-April, 2001.

**Fatima Sugarwala**, The Real and Ideal in Karnad's Play, *Quest*, 12/1, June,1998.

**Goodwin, Ken**, Some Problems of National Identity, *The Literary Criterion*, Vol XXX, No 1, 1987.

**Indra Nath Choudhuri**, Environment and Literature, "Aesthetic Determines Cultural Ecology", *Indian Literature*, No 193, Sept- Oct, 1999.

**Jeevan, Parvathy**, Towards Authentic Selfhood: Concept of Frued in the Novels of Arun Joshi, *Quest*, 12/1, June, 1998.

**Kamenesky, Christa**, Folklore as a political tools in Nazi Germany, *Journal of American Folklore*, LXXVIII, 1995.

**Smith, Stan**, 'Literally, for this': Metonymies of National Identity in Thomas, Yeats and Auden, *In Between*, Published by G R Taneja Department of English R L A College, University of Delhi, New Delhi 110 021, India, 1999.

# ইন্দেক্স